লাই গুরু (কুরু), পণ্ডিত কয়ানা মাঙলমচৎতগী চৎনরক্লবা চৎন-পথাপ লাইনিং লম্বীশিং কয়া অসিবু মাওহনবীদনবা য়েংশিনবীয়ু হায়জরি।

নুমিৎ থা থরানমিচাক্কী মঙালনা য়োৌবা ওমদ্রবা অশুকপা উমং অমা লৈ। হায়রিবা উমং অসিদি তাইবঙ হকচাংবুনি। শিংলি-নাওরী, লু-ভোং কয়া অমা মশা মরেং ফম্না হকচাং পোলাং ওইদুনা মতুগী মন্নুংদা থরায় মানা কায়দোংলগা অচঙবা অহিংবা তাইবঙ পুন্সি হায়বদু ওই। মফম অসিদগীনি মপু মহাক্না হোইদোরকুনা তেংপানবা অসি লৈশেম নোংশেমখ্রিবনি। অদুনা মপু মহাকপু য়াওদ্রবদি অচঙবা থরায় অমসুং পুন্সি হায়বদু ওইররোই। অশুকপা কয়াৎ লাংপুমন্নুংদা লোৎলিবা মপু মহাকপু নীংশিংজদুনা মহাক্না ওইহল্লক্লিবা তেংপানবগী লৈশেম নোংশেম্বনি। হরাওখিবা খুদিংবু নীংশিংদুনা থৌরম পাঙথোকপা অসিবু এখোয়না "উমং লাই হরাওবা" কৌবতনি।

অমরোমদা লৈমরেন ইশাইফু পুবিনা ইকৌবা হল্লকপা মতমদা খ্বাইগী মাঙ থানা চৎলি। মসিগী মনুংগী ওইবা ব্রাফমনা ইমা মহাক্তি পুম্নমক্কী মমানি, লেংঙি-পাল্লিবা থরায় পুম্নমক্কী মফমদা ইমা মহাক লৈ। অদুনা ইমা মহাকপু শৈথাবা মতমদা :—

"লুমাং শমজিন্না লাই কোয়রগা
ইমা কৌবদা, হাউ হায়না পাওখুম্বী,
লুতুং শমজিনা তাবুল লৈরগনা,
পলেম কৌবদা হাউ হায়না পাওখুম্বী
লরায় হামলনা লৈরগনা
পী ওই পা ওইবী...

ইমাগী মীংথৈ অসি মতেক অমত্তং মতাঙ অসিদা লৌখৎচবনি। ইমা মহাক্তি মপাম্ন ওইগে ঙম্বা, হিংলিঙৈদম্নু ইমা মহাক্না পুম্নমকপু কোনশিনবী, হয়েং থরায়না তাইবঙ হকচাং অসি থাদোক্লম্বা মীকুপ্পু দম্নু

থরায় মাবু ইমা মহাক্না য়াকয়ৈমক্তা হাপত্নুনা নৌরেল খুৎতা পায়ত্নুনা য়াকয়ৈ হিগারবপা মক্তনি। মতাঙ অসিদস্লু থরায়গী মফমবু ইমা মহাক্তনা পী হায়বগীদমক কোম্থায়োল হন্দুনা হোদোকলবা মপু মাগী মীয়েলবু য়াওয়বা (কায়দোংলবা) ঈশিং অদুবু ইমা মহাক্না য়াকয়ৈ হিগারকপনি। মসিবু হিগাবা হায়না কৌবতনি। অমুকস্তু লৈমরেল ইশাইফুগী চাউবা পীকপগী অয়েপ্পা অমা লৈগনি। অদুবু লাইগুমলবা ওজা কয়া, পণ্ডিত কয়ানা থম্বীয়মলবা মুংগী কাংলোন খণ্ডনদবনরা ওসিদি মসিগী চাওবা পীকপগী পান্দম পুম্নমক মাণ্ডশিল্লকপগুম্না উরে। ইহাইফু (ইকৌফু) স্তু অদুমণ্ডায় মহাক্কী কয়া চাওবা পীকপগী অকক্নবা লৈগনি। অদুনা কাংলোনবু কায়রবদি থৌরম খুদিংমক অচণ্ডবা ওইদ্রে। খুলগী ওইরগা খুল মহী লাংই, ইমুং-মনুং ওইরগস্তু ইমুং মহী লাণ্ডবা কয়া থোকপা লৈবনা অখণ্ড-অহৈ কয়া অমদি অহল-লমন, ওজা-গুরু পণ্ডিত কয়ানা অসিগুম্নবা লাম্না চৎখিগদবা লম্বী অসিবু য়েংশিনবীনবা নীংশিংজবতনি।

শমপৎনা থরদং পনবা য়াই, লাই হরাওবা মতমদা হকচাং কয়াৎ নৈনবা, লাইনীং লম্বী, য়ুম্বাললোন করম্না, লৌ লিংবা, পাম হাইবা, মৈলোবা, লং নাইবা, ফি শাবা অমস্তুং য়ুম শাবা অগিনচিংবা কয়াবু নৈনৈ মসিমক ঐখোয়গী চৎনয়োল পথাপনি। অদুনদি চৎনয়োল কয়া অসিবু মাণ্ডহনবীদনবা মরী লৈনবা ওজা গুরুশিংনা য়েংশিনবীনবা হম্না হম্না ফোণ্ডদোকচরি।

মতাং অসিদা নৈনবা মুংণ্ডাইনবা প্যাওরো অমত্তং শৎকৎলগা শমপৎমা নৈনজরি :—

রাকোম্লো রাকোম্লো
চীংদা তাবা রাকোম্না
তমদা তাগে মহায়য়ে
তমদা তাবা রাকোম্না

চীংদা তাগে মহায়য়ে
ব্লাকোন্না ক্বাসে লিকাসে
ব্লাকোন তনোই নোই।

মসিবুনি লাই হরাওবা মুং-পান অনি থোকই হায়রিবসি পাওরো অসিনা তাকলিবদি— মীওইবগী হকচাংদা মমল য়ামলবা য়াই অমথক য়াওরি, হায়রিবা য়াই অসিনা হকচাংদা থম্না লৈরবদি পুন্সিহল্লি, লায়না তিলনা অমত্তা লৈতে, পুন্সি মুংশোংনা লৈহনলি।

অসিগুম্ববা মমল য়ামলবা য়াই অসিনা থরায় পানবা খুদিংবুম্ শন্দোকই, অসিগুম্বা য়াই অসি মীওইবগী হকচাংগী মফম অনিদা লৈ। অহুদি অমনা খোয়দৌ মখা খুদোল অনিমখায় চংথরগা অমনা কোক্কী উফমদা লৈ। অস্মুম্না থক্তা অমা খাদা অমা লৈরিবা অসিবু তমদা তাবা ব্লাকোন অমস্কুং চীংদা তাবা ব্লাকোন হায়না পাওরো তৌই।

মীওইবদা হায়রিবা য়াই অসি ব্লাংলবদি নীংথিনা থবকগুবা ঙমদে, ফজবা ব্লাখল খনবা ঙমহনদে, পেং চোইরকই। হায়রিবা য়াই অসিনা মতীক চানা লৈরবদি নীংথিবা ব্লাখল অতোপ্পা অমনা খনবা ঙমদ্রবা মমল য়ামলবা ব্লা কয়াগী মকোন ওইরকই অহুনা মহাকপু ব্লা কয়াগী থোরকফম মকোন্নি হায়হুনা "ব্লাকোন" কৌই।

মীওইবনা মসিবু ঙাক-শেন্না ঐ মশক খঙনা চংতুনা য়াই অসিবু চোইথোকখিদনবা চেকশিন্না য়োক্তুনা থম্বা ঙমলবদি মখাগী অসিনা অস্মুম কাখৎলক্তুনা কোক্কী উফম য়োরকই মসিবু তমদা তাবা ব্লাকোন্না চীংদা তাগে হায়হুনা পাওরো তৌবনি। হায়রিবা য়াই অসি তপ্পা-তপ্পা কাখৎলক্তুনা কোক্কী উফম য়োরক্কদৌরিবনি। মসিবু "তমদা তাবা ব্লাকোন্না চীংদা তাগে মহায়" অস্মুম্না পাউরোনবনি, করাম চাউবা মীওইবগী ব্লাখলনা য়াই অসি মফম মতম খঙদনা চোইথোক্তুনা মাঙহনজে, অস্মুম অস্মুম চোইথোকলবদি মমৈদদি অস্মুম মথক্কগী চিংথরকই মসিবু থক্কগী হায়বদি চীংদগী ব্লাকোন্না তমদা তাবা হায়বতনি।

অতুনা মমল য়ামলবা য়াই অসিবু রাখল পুক্লিং অমি তোইথোক-হন্দনা চেংনা লুনা মহাকপু মাঙখিদনবা নাহোকখিদনবা থম্বা অসিবু করিগুম্বা-পোং অমবু ঐখোয়না চেকশিন্না পুন্দুনা থম্বগুম মহাকসু চেকশিন্না রাখলগী লীচিংবা ফাহনা থমলমি হায়না মহাকপু "রাকোন্না কাশি লিফাশি" হায়রকতনি।

পোং অমবু লীমা য়াইরীনা চেকশিন্না নাহোকখিদনবা পুনবগুম রাখলগী লীচিংনা মহাকপু পুন্দুনা থম্বা ভমলবদি রাখল অসি মপুং ফারকই, মীংনা উবা ফংদ্রবা মপালগী তাইবঙপান অসি নত্তবা অওকপনা থল্লবা চুংগী তাইবঙ অমা উবা ফংলকই। থনুং লাইমীং অহুমগুবা মীং হায়বগু পায়ৱলকই। অতুনা রাখল কয়াগী হৌরকফম ওইরিবা অসি য়াই মহাক্না মলবদি মভাল কয়াগী হৌরকফম ওইরিবা মফম অসি মশা নোইরে হায়তুনা "রাকোন তনোই নোই" হায়না পাউরৌনরম্বনি।

অস্মা রা কয়াক্সি মকোন রাকোন অসিনা মশা নোইরবদি থনুং লাইমীং অহুমগুবা থোংলোন অসি হাংলকপা মীকুপতুদদি মপানগী তাইবঙ অসি নত্তবা চুংগী অওকপা তাইবঙ অমসু লৈরি-হায়বসি উবা ঙমলকই। মমল য়ামলবা মপোক ওইরকই। অতুনা মপান তাইবঙদা হরাও-তয়ামলিবা চুংঙাইরিবা অসি নত্তনা মসিদগী হেন্না চুংঙাইবা লৈরি হায়তুনা মসিবু "থোইনা হরাওবা লৈবনিদা" হায়না পাউরৌ তৌরম্বনি।

অতুনদি ঙসি লাই হরাওবনা তম্বীরিবা অসি মীংইবা ঐখোয়গী লীচং-শাজৎ, মরুওইবা লাইনীং লম্বীগী অহকপা খুদম কয়া অসিবু চেকশিন্না শীজিন্নতুনা অরানবা লম্বীদা রাইহোক য়াওদবগুম মাঙখিদনবা পাবিরিবশিংদা হঙংচরি।

# ৱাহৌদোক

য়েহৌৱোভেদগী লৈজরক্লবা ইনাৎ ( জাতি ) অসিগী উমংলাই হরাওবা অসি তৎন-থানবা লৈতনা ওসিন্নু ময়েক লানা লৈজরিবা শক্তম অমনি। লাই হরাওবগী মথল করামরুম লৈ। মখোয়শিং অহুদি— ১। কংলৈ হরাওবা, ২। মোইরাং হরাওবা, ৩। চকপরোল হরাওবা, মথল অহুম অসিমা। মথংদা অস্রো হরাওবা, শেকমাই হরাওবা, ককচিং অমসুং ওগ্ন্ হরাওবা অসিনি। হরাওবশিং অসিগী মথল তোংঙাল-তোংঙালি। মথলশিং অসিগী মমুংদগী অহানবা ওইনা "কংলৈ হরাউবগী" শরুক অসিবু লৌখংচবনি। অশেংবা ইনাৎকী শক্তম অহুতবু কঞ্জনিং-লুবনা তুংলমচংকী মীরোলশিং অমসুং মহৈরোই করাদা মতেং থরদং ওইরবসু পীবা ওমগত্রা খনলুবনা লাইহ্রিক অসি পাংত্রবা ননাই ঐহাক্না পুন্সিগী অহানবা ওইনা "কংলৈ উমংলাই হরাউবা" হায়না মীংথোক্লদুনা খ্বাই তরাগী মফমদা পুথোকচবনি।

মসিদা অরাং-অপা অমদি অরান-অহুই করাশিংবু অখণ্ড অহৈ, লাই-গুরু, ওজা করানা তাকপিরকপা অমদি পীবিরকপা পাউতাক করাবুসু ননাইনা হরাউনা লৌজগনি লোইননা মথংগী খুৎনমদা চুমংথোকচনবা হোৎনজগনি।

লাইহ্রিক অসিগী মরমদা পেনাগী মরোল অমসুং সুরশিংবু পীবিছুনা মতেং পাংবীরকপগীদমক সাং লমদেংদা লৈবা শ্রীরাংথেমযুম থম্বালঅঙৌ সিংহবু হন্না হন্না থাগৎচরি।

অসিদগীসু হেন্দোক্লুনা সাং উরিপোক সোরবোন থিজেন্দা লৈবা শ্রীকোইজম থোইবা মৈতৈনা লাইহ্রিক অসি ইবদা মতেং পীবিছুনা লাইহ্রিক অসিবু মপুং ফাহনবীবগীদমকসু শিংবা ওন্নরোইদবা লমন তোনশিজরে হায়না লৌজরি।

মথংদা সাং থিংঙোম লৈকাইদা লৈবা শ্রীওজিং সিংহনা লাইরিক অসি ইবা অমসুং শ্লোক শাবা, শগোলবন্দ সলাম লৈকাইদা লৈবা মুতুম মণিগুন মীতৈনা শ্লোকশিং অসি শাবদা অরা-অনা থিবিদনা-শিন্নদুনা লাং-বিবগীদমক ইচা অনিবু থাগৎচরি।

অরোইবদা, লাইরিক অসি পুথোকপদা শ্রীএন, জি, কুলচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবা, শ্রীএন, ইবোচৌবা সিংহ, পণ্ডিত রাইমা, শ্রীকে, ঐচ, প্রকাশ সিংহ, ডাইরেক্টর জে, এন, মণিপুর ডান্স একাডেমী, শ্রীটি, ঐচ, বাবু সিংহ, প্রিন্সিপাল জে, এন, মণিপুর ডান্স একাডেমী, শ্রীরাঃ কুঃ অচৌবা সনা সেনিয়ার গুরু মণিপুর ডান্স একাডেমী, ভদ্রলোকশিং অসিনা লাইরিক অসিবু নম্বা লোইরকপদা মমুৎতানা নৈনবীদুনা মোতশিং কোৎ-দোকপীরকপা অসিগীদমকসু ওজাশিং অসিবুসু থাগৎচরি।

লাইরিক অসিবু নম্বদা অথুবা মতমদা পুথোকপা ঙম্বা হোৎনবি-খিবা S. I. Printing Works শিংজমৈ বাজার, অসিবুসু থাগৎচরি।

—অইবা

শ্রীওাংখম কুমারসিং মাইবি শংলাকপানা মখৈ উমংলাই হরাউবা হায়বা লাইরিক অমা ইথোকুনা তুংগী মিরোন্দ থরদ'দ ওইরবস্থু কান্নবা ফংগনি হায়বলি মসি তাক্লবগী মওং অমা লাইরিক অমিনা উইহল্লি অদুবু মুংঙাইরবগী মতুংদা অরাবা অমা: লৈবা হৌনবনা অয়াবদি থাংবা কক্লবা জাবনি উকাশিংনা তাকপি তম্বীরকপশিংবু নিংশিংহুনা ইথোকপা লাইরিক ওইনা পুথোকপা হায়বসি অরাইবা থকক নত্তে অস্থুম্না হোং-নজরিবা নিপা অসিবু ঐখোয়না থাগংত্তবা ওমদে। মতুংদা অসিগুম্বা লাইরিক কয়াস্থু লাই হরাউবগী মমদা মেনখৎলকখিনি হায়বগী থাজবা অমা লৈ। লাই হরাউবগী লাইরিক মশিং য়াম্নবদা থোইদোক্না লাইগী থৌরমদা কান্নগদবনি মরম অসিনা অসিগুম্বা হোংনজরিবা মীশক অসিবু মণিপুর পণ্ডিত লোইশংনা উমংলাই ৩৬৪ মকী মফমদা শ্রীকুমার মাইবী শংলাকপবু থৌজাল লনকুবিবা নিজরি।

শ্রীএন, জি, কুলচন্দ্রসিং পণ্ডিত অচৌবা
মণিপুর পণ্ডিত লোইশঙ
তাং ১২-৯-৮৮ ইং

শ্রীঙাংবম কুমার সিংহ মাইবী শঙলাকপনা কংলৈ উমংলাই হরাওবা হায়বা লাইরিক অমা, থায়না ওঝাশিংনা তাকপি-তম্বীরম্বশিংবু ইথোক্লুনা তুংগী নহারোল অমদি ছাত্র, ছাত্রিশিংনা রিছার্স তৌনিংবা য়াওরকপদা কান্নবগী মচাক য়াওরবা, লাইরিক অসিবু ঐথোয়না থাগৎতবা ওমদে। নিপা অসিনা মতুংদা অসিগুম্বা লাইরিক কয়াম্সু লাই হরাওবগী মরমদা ইথোকলকপা য়াবগী থাজবা খরস্সু লৈ। লাই হরাওবগী মরমদা লাইরিক অস্মুক্কী মতিক পুথোক্লরক্লবদা, অস্মুক্কী মতিক কান্নবা লাকনি। মরম অতুনা অসিগুম্বা লাইরিক অসিবু মণিপুর পণ্ডিত লোইশঙনা উমংলাই ৩৬৪ মক্কী মফমদা শ্রীকুমার মাইবী শঙলাকপবু থৌজাল লনকুবিবকপা নিজরী।

শ্রীএন, ইবোচৌবা সিংহ
পণ্ডিত য়াইমা
মণিপুর পণ্ডিত লোইশঙ
তাং ১২-৯-৮৮ ইং

শ্রীওাংবম কুমার মাইবীনা কংলৈ উমংলাই হরাওবগী মরমদা চহি কয়া চুপ্পা মৈত্রবাক্কী লাইওইখ্রবা গুরুশিংদগী ফংজহৌবা লাইরোল তিনলোম্নচিংবা কয়া অত্থুবু জগোয়গী খুৎথেক্কা কোম্বনা ছাপা তৌথুনা "কংলৈ উমংলাই হরাওবা" হায়বা লাইরিক অমা পুথোকপিরকপা অসি মণিপুরগী লাই হরাওবগী জগৎতা মমল য়ামলবা খুদোল অমা শোয়দনমক ওইরগনি। হৌজিক চৎনরিবা কংলৈ হরাওবা অসিগী মরমদা জগোয়গী খুৎথেক অমদি পেনাগী মরোল ঈশৈগা কোম্বনা নোটেসনগী মওংদা পুথোরকপা লাইরিক অসি হন্দক্কী অসিনা অহানবনি। অতৈ লৈহৌরিবা মোইরাং হরাওবা, চকপা হরাওবা অসিনচিংবগী মরমদসু শ্রীকুমার মাইবীনা খোমজনবীথুনা চংখোল্লবা লাইরিক্কী মওংদা পুথোকপীরক্কনি হায়বগী আশা অমসু ঐহাক্না তৌজে।

কংলৈ উমংলাই হরাওবা হায়বা লাইরিক অসি মৈতৈ লৈবাক্কী উমংলাই চহুম হুমফুমরি (৩৬৪) গী মফমদা কৎচবা অসিদা য়াইফ মঙ্গল কুবিনবা খুরুমজে।

খুমন্থেম প্রকাশ সিংহ
ডাইরেক্টর,
জে,এন, মণিপুর ডান্স একাদমী,
ইম্ফাল।

তাং ১৬।৯।৮৮ ইং

শ্রীঙাংবম কুমার মাইবী, জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমী অসিগী এসিষ্টেন্ট ভিজিটিং গুরু ওইনা থবক পুবিরিবা ওজাসিনা কংলৈ উমংলাই হরাওবা কৌবা লাইরিক অমা ফোংদোকুনা মণিপুরগী লাই হরাওবগী মরমদা খংজবা খরদং লৈবাক মীয়ামদা ফোংদোকপিরকসি যাম্না থাগৎনিংইঙাইনি। মতুংদসু অসিগুম্বা লাইরিক কয়া ফোংবিরকনি হায়না আশা তৌজৈ। লাইরিক অসিনা অপাম্বা তুংগী মীওইশিংগী লমজিং লাইরিক অমা ওইগনি হায়না আশা তৌজৈ। ওজাগীদমক্তা শ্রীগোবিন্দদা মঙ্গোল ওইননবা প্রর্থানা তৌজৈ।

টি, ঐচ, বাবু সিংহ
প্রিন্সিপাল,
জবাহরলাল নেহরু মণিপুর
ডান্স একাডেমী

শ্রীকুমার মাইবী মতম অমগী কোন্নুং মাইবী লোইশংগী শঙাকপী অমদি অশুপ্পা ওইরম্বা, হৌজিক্তা জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমীগী এসিষ্টেন্ট ভিজিটিং গুরু ওইনা থবক্ তৌবীরিবা, ওঝানা য়াম্না রানা হোৎনহুনা চহি কয়া চংনা ওঝা কয়াগী মফমদগী তানজরুবা মহৈ কয়াবু লাইহ্রিক ওইনা ইথোকপিহুনা মণিপুরগী লাইহরাওবগী হিরমদা চাওরবা শেন্নং অমা খায়রে হায়না নিংজে। মতুংগী পুন্সিদস্থু অশুম্বা লাইবিক্ কয়া ইবিরকপা য়ারি; অমুম্না হোৎনমন অসি থাগৎ-নিংঙাইনি। অসিগুম্বা ইনাৎকী ওইবা লাইহ্রিক য়াম্না তাংনা থোকপা মরমনা লাইবিক অসিনা তুংলমচংত্রা জাতি অসিগী মীওই কয়াগী খঙনিংবা কয়াগী মতেং ওইবগনি। ওঝাগী পুন্সিদা উমংলাইগী থৌজাল লনকুবীরমসনু।

রাজকুমার অচৌবা সনা
সেনিয়র গুরু
জে, এন, মণিপুর ডান্স একাডেমী
হেড অফ ডিপার্টমেন্ট অফ লাইহরাওবা

# য়াওক্ম তাকপা

**লাইচিং জগোইগী মথং-মনাও তাকপা :—**

---

# কংলৈ উমংলাই হরাওবা

## লাই হরাওবা

লাই হবাওবা হায়বা অসি লৈকাই নত্রগা খুঙ্গং অত্তগী য়াইতোং-খমদোং, লাই শেলুংবা, অহল লমন, লাবোই শীংলোই. লৈবোই-চৌবোন. পাখং-লাকপা. নিঙোল লাকপনচিংবা, ইমা-ইবেল-নচিংবা তিন্দুনা য়া থন্নে। অমুন্না খন্নরবগী তুংদা য়ানবে অমসুং হবাওবদা লেপনবে।

লাই শেলুংবা অমসুং চৌবোন অনিনা লোইশংগী অমাইবা-অমাইবী, পেনা খোংববু লোইশংদা পাওদমবা মখোয়গী থৌদাং ওইখ্রে।

খুঙ্গংগী অহল-লমনশিং, নহাবোল পাখং, য়াইতোংবা, মথোক কাবকপা খুম্বক-খুনখাগী ওন্নমক পুন্না থোকতুনা লাইগী লাইশং শাবে। লাইশংগী অকোইবদা খাংপোকশং শাখ্রে। মতম অত্তদা লৈকাই অমদি খুঙ্গং অত্তগী ইমা-ইবেল, ইচেম-ইচল, ইচাশিংনা অন্নাং-অপা, লৈত-লাইব পুন্নমক তাশিন-খোমজিনবা লোইনখ্রে।

### লাই হরাওবা হৌবা য়াবগী নুমিৎশিং

২নি, ৩নি. ৫নি, ১১নি, ১২নি, ১৩নি, ১৫নি, ২১নি, ২২নি, ২৩নি, অমসুং ২৫ নি পানবা— হায়ন্নিবা থাবানশিং অসিদা অফবা লাইচা য়েংতুনা লাই-হবাওবা হৌগনি।

### লাইগীদা য়াওগদবা পোৎলমশিং

লাই হরাওবদা চংবা পোৎচং, লৈগদবা পোৎলমশিং ওন্নমকনা লাই সেলুংবা অমদি খুলগী ইমা-ইবেলশিংনা লৈগনি।

**লাইগী প্রোংচং :** - লাইয়িংথৌ ইবুংঙোগী— (১) ফৈজোম ১ (২) ইন্নফী ১ (৩) কোকয়েৎ ফী ১। লাইরেম্মগী— (১) ফনেক ১ (২) ইন্নফী ১ (৩) খ্বাংশেৎ ১। লৈমরেল ঈশাইফুগী— (১) ফনেক ১ (২) ইন্নফী ১ (৩) খ্বাংশেৎ ১।

**অতৈ-অতৈ লাইগী কীরোল :**— (১) লেংগোন ফী ১ (২) ফয়াল থানবা ফিবাং ১ (৩) অঙাংবা ফী ১ (৪) মথক্তা খন্নবা ফীরাং ১ (৫) লাই খুন্নবা ফী ১ (৬) ফীজং শাননবা মবাক পাকপা ফী ১ (৭) অপুনবা খুদৈ ৫ (৮) ফীরাং ৪ (৯) লাইবৌ ফী ১।

**অতৈ পোৎলম :**--

(১) কোনথারোল সনা লুপা পু ৩ (২) লিকোন ৩ (৩) ঙান্নু মরুম ২ (৪) হৈ মনম নাইবা ৫ (৫) নিংঙেল থুমজা মাইঙৌবী ৩ (৬) ঈশাইফু থোংজাউ পুল ১ (৭) পুল মথুম ১ (৮) ঈহাই পুল ( চফু ) মচা ২ (৯) নহাই পুল ২ (১০) চফু-উয়ান (১১) ঙমু অচংবা ৩/৫/৭ (১২) শবেং ১ মতুগা কোন্নবা ঙাপাং ৭।

**হৈরম-লৈরমগী পোৎচং :**—

(১) লফোই চং থোকপা ৭ (২) চং থোক্তবা ৫ (৩) হৈনিং হৈক্রু, অরাথবী চুনচিংবা হৈকল-লাকল (৪) কবোক অথুম-অহাউ (৫) শিংপাক য়েংকোন-ওইকোন (৬) খোইজু লাইখাম (৭) লংথিং লংতুম ১ (৮) পৈয়া খবা (৯) ঙাখা-পবেং ১ (১০) ফৌ (ফৌদাং থুমোক ১ (১১) ঙান্নু ১ (১২) য়াংকোক ১ (১৩) চেং উতোং ১৩ (১৪) লা-লাতোন ১৭ (১৫) উতোং ৯,৭ (১৬) পৈশা তচোইবা ২৭ (১৭) হৈবী মনা (১৮) য়াম (১৯) কবোক নাচল ৭ (২০) ঙারি-ঙাতাই-থুম-মোরোক অসি খৈবিক শোক্তবা য়াদবা পোৎলমশিংনি।

মরু ওইনা নোংমগী, মুমিৎ-মুমিৎকী ক্বা ১৩ অমসুং মনা ১৩ চংঙি।

লাইগী থৌরম কাইদনবা শিনবীবা লৈকাইগী প্লাৎলাকপনা নহা-হোল পাখংশিংদা থৌদাগনি। মরমদি, নোংম-নোংমগী মুপা ৬ অসি লাইগী থৌগল থাগনি। নিঙোল লাকপনা নোংমগী নিঙোল, মৌ লাইগী থৌদা থাগনি।

**লাই থৌরমদা চংবা মীওইশিং :**— মুপাগীদা, (১) লাই পুবা মুপা পাখং ২ (২) থাং পায়বা মুপা পাখং ২ (৩) চোং পায়বা মুপা ২। পুন্না মুপা ৬ অসি য়াওগনি।

মুপীগী মাইকৈদগী :— (১) লাইপুবী লৈশাবী ৪ (২) সেন-পোৎ ফিদা পুবী মৌ ২ (৩) পাংশোই নাইদবী মৌ অমা, হায়রিবা অসিনা লৈমরেন পুন ( ইশাইফু ) পুগনি। পুন্না মুপী ৭ অসি য়াওগনি।

লাগী-লৈগী মরম পুন্নমক লৈরোই হনজবনা লাইগী লৈ হেকলুরগা লাইদা লৈ লাংগনি। লাবোই হনজবনা নোংমগী লা মতোন ৩/৬/৯ অসি কাইদনা পিগদবনি। শীংলোই হনজবনা নোংমগী কাইদনা শীং মপুল ১ থাগনি। লারোই অমসুং শীংলোই অনি অসিগী থৌদাং, মথৌ-মওমদি লাই হরাওবা লোইরগা পান্না অনিনা মুকনা ষাত্রা শান্নগনি। পান্না লমজেল চেনগনি। মুং-শুক হুনগনি, তেকপা কাইবা য়াদবা লাইগী থৌরমনি মসিদি।

## লাই হরাওবা হৌবগী মরম

লাই হরাওবা অসি হয়েংদি হরাওরগনি হায়রবদা ঙসি অয়ুক্কা লাইশং ব্রাই তৈথোক্কনি, লাইশংগী অকোইবা মফম থুদিং লূনা-নাননা থমগনি। মুংথিলগী মতম ওইরক্লবদা, লাইবু থেমদুনা নৌদুনা অক-ক্তত্ত্ব শেন্নী শাবিগদৌরিবা লোইশংগী লাইবু ঙমবা কুরু (গুরু) অহুম হায়বদি— অমাইবা, অমাইবী অমসুং পেনা খোংবা, অহুম অসিনা লাইবুংদা

য়ৌরক্লবা মতম অদুদা লৈকাই খুল অদুগী য়াইতোং খমদোংশিং অদুনা লাইগী চংগদৌবা পোৎলমশিং অদু ওন্নমক লাইশং অদুদা পুথোক্কনি।

## লাইফী শেৎপগী মরম :—

লাই শেলুংবা অমসুং চৌবোন অনিনা, পোলাং ২ শাগনি, লুপা ১ মুপী ১ ওইগনি। শান্নিবা পোলাং ২ (অনি) অসি লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা অনিনি। মসিবু চাংথ্রং পোলাং হায়না কৌই।

(১) মাইচৌনা ( পণ্ডিত ) লাইয়িংথৌগী ফীজেং তমগনি অদুগা খৈয়োম য়োমগনি।

(২) অমাইবীনা লাইরেম্বীগী ফীজেৎ-লৈতেংবু তম্বীগনি।

অসুম্না ফিজেৎ-লৈতেং লোইরবদা পুক্লিংনা নিংগনি মদুদি—

"য়েংবগী পেনবা নাইদেদা
ফজবদা অওকপগী মশকনি,
ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিমকনা
সনা ফম্বাল মথক্তা—
লুপা কোন্দুম তাবগুম
সনাগী কোন্দুম তাবগুম,
শজিক অনি থোকপগুম
থবা অনি পানবগুম
ফমদেংলেদো।"

## লাই হৌগদবা মুমিৎ

লৈকাই খুঙ্গং অদুগী খুনথক-খুনথা, খুন্নিং-খুনমাংগী অহল-লমন, ইমা-ইবেল অমদি য়াইতোং খমদোংনচিংবা লাইবুংদা লোইনা তিল্লরে।

## মতাং অসিদা অমাইবীনা তৌগদবা থৌদাং :—

চফু শেমগনি, শেমগদৌরিবা চফু অসি মপাল অকোইবদা লানা থেকথগনি। চফু অনিনি, লাইয়িংথৌ অমসুং লাইরেম্বীগী; থেকথ-গদৌরিবা লা ২ অসি অমনা অউপ্পনি অমনা অরোংবা ওইগনি। মুপা-মুপী খায়না থেকথগনি। ময়ায়দা লাকোন ১ য়ুংগনি, অহুগী মতোন্দা লাশেৎনা থেকথরক্কনি। থেকথরিবা অহুগী ময়ায় চুম্না লাংথ্রে লৈপোপ ৩ গা, লৈ মচু ১ গা থেৎকনি। থেৎলিবা লৈ অহুদি তেংবানবগী মপু কুরু (গুরু) নি হায়না লৌগনি।

চফুগী অকোইবদা থেকথরিবা লাহুনা মালেমগী মরানি খনগনি। চফুনা মালেমগী মশক লাক্কনি। অহুদগী হিরি অনি তিংগনি, লংজা ৯ গী অমা, ৭ কী অমা। লংজা ৯ না লাইয়িংথৌগী, লংজা ৭ না লাইরেম্বীগীনি।

অহুদগী খুতুম অমা শাংবা চৈ নত্রগা পৈয়া অনিদা লংজা ৯/৭ অনি অসি তোঙান-তোঙান য়েংশিনগনি। য়েংশিনবা লোইরবা মতুংদা লাচেং অহুম-অহুম পুন্না তরুক শেমগনি। অউপ্পা ৩ অরোংবা ৩ অসিনি। লাইয়িংথৌগীনা অউপ্পা লাইরেম্বীগীনা অরোংবা লাশেৎনা (লানা) লোনগনি। লাচেং ৩/৩ অসিগী মরক-মরক্তা লৈপোপ ৯/৭ না খনন-খননা হাপকনি। লাইয়িংথৌগী লৈয়োমদা লৈপোপ ৯ অনি, ৭ অমা হাপকনি। লাইরেম্বীগী লৈয়োমদা লৈপোপ ৭ অনি, ৫ অমা হাপকনি। অমসুম্না মথং মনাও কাইদনা হাপচিল্লবা তুংদা লা অহু নিংথিনা থেক্কনি অমসুং লংজা ৯/৭ না কাইদনা পুনগনি। ল. য়েংলিবা চৈ অহুনা লৈয়োম অহুদা থেৎচিনগনি।

অমসুম্না শেম-শাবা লোইরবা চফু অনিবু লাইয়িংথৌগীনা লাইয়িংথৌগী লাইরেম্বীনা লাইরেম্বীগী মপা-মপাদা লাইগী কম্বাল থক্তা খুনিং অমা পাকপা লম অমা শাংবা কী অমমমনা য়োমলগা থমগনি। মসিদা য়োম্লীবা কী অসিবু হিগাউ কী হায়রগা খংনৈ।

## লাই হৌবগী পোৎলম

থৌরাং তৌতুনা থম্লবা পোৎলমশিংবু মথাগী অসুম্না শিনদোক্কনি। য়াংকোক অমদা— খৈয়োম ২, হৈবীমনা, শিংজু, য়াম, চেং উতোং ৯/৭ কবোক নাচল ৭, হৈরম ৭ লৈরম ৭ অমসুং হৈশোই অসিনচিংবা হাপকনি। লাইগী খুনেৎ-খুদা ৪ লাগা কোম্লনা হাপকনি।

লাইচোইগী ঈশিং মপানগী লাইগী পোৎলম্না তোঙান্না পুখম অমদা থৌরাং তৌগনি। পোৎলমশিং— লফোই চংথোকপা ১, ক্বা ১, মনা ১, চেং খরা অমসুং হৈজাং ১ অসি চংগনি।

## লাইগী থৌরমদা চংগদবা মীওইশিংগী ফীজেৎ তাকপা

পাখং লাকপনা লাইগী থৌগল নুপা ৬ (তরুক) অসি পুথোক্লগনি। নিঙোল লাকপনা মৌগা-লৈশাবীগা পুন্না ৭ পুথোকলক্কনি। মখোয়-মখোয়গী শেৎলিবা ফীজেৎশিং অতুদি মান্নদে।

**খেন্নবা ফীজেৎকী মওং :—** (১) লাই পুবা নুপা অনিনা ফী তিংথোক্লগা খাওন ওনগনি। লোইননা অঙৌবা ঙাক্তগী ফৈজোম-ফুরিৎ, কোকয়েৎ অমসুং ইন্নফী অসিনি।

(২) চোং-থাং পায়বা নুপা মরি অসিদি লেংয়ান ফীনা খ্বাংয়েৎ ওইগনি।

**নুপীগী মাইকৈকদনা :—** (১) লৈশাবীগী ফীজেৎ, লাই পুবীগীনা চহি ১০ গী নিংঙোল ফনেক খোইদোম শেৎকনি। ফীদি ইন্নফি অঙৌবনি। লৈশাবীনা মশিং মরি।

(২) মৌনা মশিং অহুম ওইগনি। সেনপোৎ ফীদা অমসুং লৈমরেন পুবীনি। ফনেকতী রাংনা শেৎকনি খ্বাংশেৎ শেৎকনি। কোক খুম্না ইন্নফী ইনগনি। লৈমরেন ইশাইফু পুবীদি ফৈজা অমা লোইনগনি। মরুওইনা ইশাইফু পুবীদি লাই শেলুংবগী নুপী ওইগনি, অতোপ্পা য়াদে।

## লাই লৌখৎপা চৎপগী মতম অমসুং মতুগী থৌরাং :—

লাই লৌখৎপা চৎলমদাইগী মতম অসি য়াম্না নিংথিবা পুংফম অমনি। মতম অসি য়াম্না মুংশিবা অমসুং পুক্নিং হুবা মতমনি। লৌরাংগী মতমনি, মুমিৎনা চীংয়া থাংনা লোইরোই-লোইরোই হায়থরকপগা লোইননা চীংয়া-তময়া কোরি চেল্লকপা মতমনি। মহৌশা লাইরেম্বী ইমানা মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা পুক্নিং মকা লামহনবগী ইহুল অমসুং ইনোৎ পীরকপা মতমনি।

মতাং অসিদা লাই লৌখৎপা অমসুং ইকৌবা চৎনবগী থৌরাংগনি। থৌরাংগী মওংদি মথাগী অসুম্না শীনগনি।

লাইশং মমুংদা খুনেৎ-খুদা শেল থারে। লাইগী থৌগল য়াওগদবা মুপা-মুপী শুনা তীললে অমসুং চংলকলে। লাই পুবা অনিনা হিগাউ শারগা ইহায় চফু ২ অহু খোইদৌ মপাদা পমতুনা কোল্লে। অতৈ মুপা-শিংদা, থাং, লাইপোং, চোং, পে পীরে।

অতুদগী মুপী ( মৌদা ) শেনপোৎ ফীদা পীরে। অতোপ্পা মুপী ২ দা হৈরুক খুদোল অমসুং খৈয়োম উতোং য়াওবা য়াংকোক পীরে। অমাইবা ( পণ্ডিত ) দা সনা-লুপা কোনয়াই পীরে। লাইগী থৌগললোই খুদিং মাগী মাগী লেপফম থোকপা লৈফম থোকপা মফম তামদি মপা মপাদা লৈনরে।

মতাং অসিদা শেল্লুংবা অমসুং চৌবোন ২ না লাই ইকৌবা চৎলসি হায়না ময়ামদা য়াথং পীগনি। অতুদগী লৈবাক মীয়াম হায়বদি লাইগী থৌগল য়াওবা লাকপা নহা-অহল, মুপী অঙাং থাক্তনা মাগী-মাগী ফমফম অমসুং লৈরমবা মফমদগী চংশিন্নরক্লে।

মতাং অসিদা পেনা খোংবা, পুং য়ৈবা ( পুংজাও ), সেন য়ৈবা, বাশি খোংবা শুনা লাইমাংদা লেপলে। অমাইবা ( পণ্ডিত ) অমসুং অমাইবীমু

য়াওরে। মতাং অসিদা নিংশিংজবা অমনা মাইবীবু শাবাইবী হায়রগনু থংনৈ।

অসুম্না থৌরাং পুম্বা লোইরবদা ইকৌবা চৎনবগীদমক মাইবীনা লাই-মাংদা "চুমশা" জগোই শারগা লাই পুত্থনা চৎকনি। মত্তুদা পুং-সেন, পেনা বাশি য়াওনা চৎকনি। চুমশা জগোই শারিঙৈদা খোংবা পেনাগী খুৎলোন অমস্থং মরোলদি মখাগী অসুম্না খোংগনি।

**চুমশা মরোল :—**

থাবা ( তানথা ) ১, হাইদোকপা ( ফাক ) ১।

| + | | | | O | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| রৈ | — | রৈ | । | রি | রে | — |
| রে | রি | রে | । | রি | রৈ | রে |
| রে | — | রৈ | । | রি | রৈ | — |
| রে | রৈ | রৈ | । | রে | রে | রে |
| রে | — | — | । | — | — | —। |

লাই ইকৌবা চৎপা অমস্থং ইকারকপা অকা-অকুম চৎপা অনিমক্তা পেনা খোংবনা "লমইন" মরোল খোংনা চৎকনি।

**লমইন মরোল :—**

| + | | | | O | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| রেরৈ | রিবৈ | রৈ | । | রৈ | রৈ | রৈ |
| রেরি | রির | — | । | রি | রৈ | রৈ |
| রেরৈ | রিরে | — | । | রিরৈ | রিরৈ | রিরৈ |
| রে | — | — | । | — | — | —। |

**ইকৌকম মফম :—**

ইকৌকম মফম ঈশিং মপান য়োরে। মাইবীনা লা মচেৎ ৪ থারে লোইশনা মত্তুগী মথক্তা খুনেৎ খুদা শেল ৪ হাপলে অমস্থং মাইবীমা লাই

পুবা অনিবু কৌশিন্দুনা মতুগী মথক্তা লেপহল্লে। মতম অসিদা মাইবনা লাইজ-ঈশিংদা কোনয়াই হুনখনি। অসুম্না সন্না-লুপা হুন্দুনা শোনবা লাইরোল অসিবু "কোনথারোল" হায়না কৌই।

কোনথারোল লাইরোলগী লাইশোলদি মখা অসুম্না হায়গনি :—

হে ঈমা ঈবেম্মা ঈরাই লৈমা
ঈখৈবোন নামুংবী ঈখৈরেন নামুংবা,
কৌরৌ নোংথৌরোন ৭ মক্তেগী কুমথবীরক-ও
মালেম লৈখাবোন ৭ মক্তাগীসু কাখৎপীরক-ও,
নদাইরেম নখুল-খুনবুকলেন অচংবনা
তোং পুন্সি মুংশাংনা পানজগে হায়বগী,
মাংলেম লৈম্না অঙাংবনা সনা মাইগা থা
কোবৌ নোংলুমপান অঙৌবনা
লুপা কোনগা চল্লবনে—
হৌফরো।

কোনথাবগী মতাংদা নিংশিংজবা অমনা কোনয়াই হুনবা মতমদা লম-লমতুগী অমম্তং খুঙ্গং-খুঙ্গংতুগী মতুং ইন্না কোনথাবোল মীংখৈ মান্নদে। লম-লমগী লম্মিংলোন থংনা হুনগনি।

অসুম্না কোনথাবা-কোনয়াই হুল্লবগী তুংদা খৈযোম লাক্কনি। খৈয়োম লাকপগী লাইবোলদি মথাগী অসুম্না হায়গনি।

**লাইরোল :—**

ঈখৈ নিংথৌনা থাদা লৈরে,
ঈরাই-লৈমনা য়াইদা লৈয়ে
ইতোম নিংথৌনা থক্তা লৈরে
ঈরেম্ম পুংদা পুখিবু

ঈতা পুংদা তাবিয়ো,
য়ারা কুরু ( গুরু ) শিদবগী
সনা কম্বাল্লাংদা লাকপনি।

অসুম্না লাইরোল অসি হায়ডুনা খৈয়োম লাকখ্রবগী মতুংদা মাইবীনা লাইজোই থাড়ুনা হৈশোই ইপান লাংগনি। মথংদা মাইবীনা লাই পুবা অনিদগী ইহায়কু লৌথগনি। খুং য়েংনা লাইয়িংথৌগী খুং ওইনা লাই-রেম্বীগী পায়রগা ইপান লাংগনি। চকু পায়রগা মাইকৈ মরিদা মথং-মথং জগোই শাগনি। অসুম্না শাবা জগোই অসিবু "চুকফারোন" জগোই কৌই।



ঈ-হাইকু জগোই

জগোই অসিগী হেক অহৌবদা লাইয়িংথৌ থাংজিংগী মাইকৈদগী শাবা হৌগনি। মাইকৈ মরিদা শাবা জগোইগী মমিং অমসুং খুংথেক মশীং অমদি মথং-মথং লাকপা লাইগী মমিং-শিং মখাগী অসিনি।

| মশীং | লাইগী মমিং | জগোই মমিং | খুংথেক মশীং |
|---|---|---|---|
| ১ | লাইয়িংথৌ থাংজিং | থাংচি ঙাংঙোই | ৯ |
| ২ | " মারজিং | চেংঙা চুকফারোল | ৭ |
| ৩ | " য়াংব্রেন | য়ুঙে চুকফারোল | ৭ |
| ৪ | " কৌব্রু | য়ুহা চুকফারোল | ৭ |

অস্নুম্না মাইকৈ ৪ শারবা তুংদা ঈশিংনে কংকালনে অনিবু পুন্না ৫ শুবদা "চুকপুন জগোই" শাগনি। অতুদগী ভক-লুকনা খোং লেপ্পা খুউ অনিমক লৈতানা ৬ শুবা ওইনা ইকৌ-ইতা-ইকং-লাংপুম জগোইনা কুরু (গুরু) দা চুকফারোল জগোই কৎচরগা লোইশিনজরে হায়না পুক্লিংনা পাউদমগনি। অরোইবগী জগোই অসিস্নু খুৎথেক ৯ ওইগনি।

**মসিদা খোংগদবা পেনা মরোলদি :—** চুকফারোল খুৎলোননি।

ভাম্বা—১ হাইদোকপা—১

| + | | | | | O | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| রির | রি | রি | রৈ | । | রে | রি | রি | রৈ | । |
| রে | র | রি | র | । | রৈ | র | রে— | | । |

অস্নুম্না মরোল অসিদা হন্না-হন্না খোংগনি। অতুদগী মাইবীনা লাইপুবা অনিগী ইহায় চফুদগী লৈয়োম-হিরিলং অনি পাংতিং মান্নন চিংথরগা খুৎ য়েৎনা পায়গনি, খুৎ ওইনা শরিক পাইহনা মাইবীনা ঈথক পুংলোন, ঈহৌরোল, মথংদা ঈচংলোন লাইরোল ঈহৌরোল শোন্দুনা শরিকা লোইননা ফীরুক খুমহনা ইকুম-ইতারোলগী-লাই-রোল শকনি।

**লাই পাও চেনবা :—** অস্নুম্না খাবী লৈনাও মোম্বীনা সরিক চোমজাউ পায়না লাইজ ইচংলোম্না মালেম্ লৈহৌরোলবু নিংশিংহনা অচিক-অশা য়োদবা মালেম চনিং লৈখে-লৈখা-রোলদগী ভম্পাকলোন লৈমাইরোলবু কমথানা কোরৌ মরোল ৯ অমদি মালেম লৈখারোল ৭



ঈকৌবগী পেনা খোংবা

অসিবু লংঙুং লংগুম্না পরিং হুম্নকপগী য়াবু নিংশিংনা লাইরোল মথং-মথং শেম্নাগনি। অহুদগী পাংথোক্লিবা থৌরম অমস্তুং থৌদোক অহুম্নী অম্না মুংঙাই খোম্নাদবা কয়াবু ভাইবং লাউজেল পীগনি- অসুম্না পীবা লাউজেল অসিবু লাই-লাউ চেনবা হায়না খংনৈ।

অসুম্না মাইবীনা লাইপাউ চেনবা য়াবা কয়া লোইরবদা হিরি-লংশিং অহু খুদনা অহুম-অহুমক শিংকহনি চোইনগা লাই খেংদোকনি। (অহুগা হিরি অহু লৈয়োমদা পুলহন্দনা নিংথিনা য়েংশিল্লগা ইহাইফু মহুংদা হাপচিনগনি। অহুদগী মাইবীনা লৈমরেল ইশাইফু পুবীদগী ইশাইফু পুন লোহুনা ঈশিং ইরাইনগনি শোকনি)। মতাং অসিদা ঈশিং মপানগী থৌরমদি লোইরে। অহুদগী লাই মমাই ওন্দুনা মথং-মনাও কাইদনা ঈকারকনি।

ঈকারকপগী মরমদি— হিরিদি ভাইবং খোইরিনি। লংলা ৯ না লাইয়িংথৌগী, লংলা ৭ না লাইরেমগী অসুম্না খংনগনি। লৈয়োমনা খোইবুংনে, চফুনা মালেমগী মওংনি। লা থেকথরিবা অহুনা মরানি, লা কোন্দুনা ময়াইদা চুম্না মুংলিবা অহুনা হায়বদি লৈথেং অহুনা মপু শিদবা (কুরু) নি। পজেংনা খোইবুং চৈনি, লৈয়োমনা অহুনা নাউকমনি।

অসুম্না তরংথক্তা লৈরপগী শকওং-মওং হৌরকপগী শক্তমনি। চফুনা কোইরে মথক্তা হাংলে-হাংবনা অতিয়াগী মওংনি। লৈপাকপু পোইরে কোই। মালেম হৌরকপগী মওংবু কিদম্বনি। অসুম্না শক্তম লাক্লবা অহুবু হিগাউদা হাপ্লগা ঈকাবা হিগাম্না হান্দনা লাইপুং তাম্না লাকনি।

অসুম্না হিগারকপদা পেনা খোংবনা ঈকুম্বদা খোংবা অহুগা মাম্লনা নমইন থোংগনি।

অসুম্না ঈশিং মপান্দগী লাইপুং ফাওবা লাকপগী লম্বীদা মাইবীনা থেংথাং অহুমক জগোই ওকনি।

অহানবদা— লাইওক জগোই শাগনি। জগোইদি "কংবোন" জগোইনা হৌরগা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা জগোইনা লোইশিনগনি।

২ শুবদা— "কংবোন" জগোইনা হৌরগা মথংদা "কংকুপ" জগোই শাগনি। অমুকম্মু অরোইবদা লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা জগোইনা লোইশিনগনি ।

৩ শুবদা— "কংবোন" অমস্নুং "কংকুপ" জগোই শারগা "কংজাউ" জগোই শাগনি। অরোইবদা লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা জগোইনা লোইগনি।

**মসিদা খোংবা পেনা মরোলদি**— কংবোন, কংকুপ অমস্নুং কংজাউরোল খোংগনি।

থাবা ( তানথা ) ১ ; হাইদোকপা ( ফাক ) ১।

| + | | | | | O | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| রিব | রি | রি | রৈ | । | রে | রি | রি | রৈ। |
| বে | ব | রি | র | । | রৈ | র | রে | —। |

অস্নুম্না মরোল অসিদা হন্না-হন্না খোংগনি।

লাই শুমাং য়োরে, মৈ ওকএ, ফৌদাং কাপ্লে, ভান্নু খোংগাল কাপ্লে. খোইজু লাইথাম ওকএ।

অসি হেক লোইবদা লৈমরেল ঈশাইকু পুবী, লাই পুবা অনিগী মাংদা লেপ্লগা লাই পুরিবা নিপা অনিদগী লৈয়োম অনী লোথোক্লগা ঈশাইকু মথক্তা তাইরেন মনা হাইদোক্লগা হাপচিল্লে। লাইয়িংথৌগী হিরিদা মাইবগা থানা নিপা ৯ পায়গনি। লাইরেম্বীগী হিরিদা মাইবীগা থানা নুপী ৭ পায়গনি। মক্তমতুদা থৌগল লাংগল কায়দনা পুল্লপ চংশিন-মিল্লগনি।

মতাং অসিদা মাইবনা হিজিং-হিরাউ শকনি ময়াম্না খুম্নগনি। লাইগী খোংজিন য়োরে, ঈশাইফুদগী লৈয়োম অনী চিংখৎলে লৈমরেল পুবী মহুংদা চংখ্রে। ময়াম পুম্নমক কাগুপনা চংলকতুনা লাই থরাই হাপ্লে।

অসিগী মতুংদা মাইবীনা অনম-অথৌগী পোৎ-চৈ শেমলে, মাইবনা অনম অথৌ কোকএ মথংদা পেনা শকপা শৈশকপনা লফুৎতা ফমদুনা ফম্মাং থৌগল ফংগনি। মসিদা শকদবা ঈশৈদি শিকপলোন, খুলং ঈশৈ, ওইরবসু খুদিংমক শকুনা থৌগল ফংজবা ঈয়া য়াই। অসুম্না পেনা শৈশকপনা ফম্মাং থৌগল ফংজরগা লাই হৌবা হুমিৎকী থৌরম-পরেংদি মতাং অসিদা লোইশিল্লে। অসুম্না হুমিৎতুমা লেল্লগা থংনবা মথংগী অয়ুক্কী থৌরম অমুক মখা চৎথগনি।

অয়ুক্কী থৌরম অহানবদা পেনা শকপনা হরাওরিবা লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বীগী মীংথৈ অমসুং খুন-খুন-লম-লমতুগী লম্মিংলোন থাদুনা লাইবু য়াকৈগনি।

## য়াকৈরোল

উম ......... হুম ......... ।
হৈয়ী .......... হৈয়া ..........
হৈয়ী-হৈয়া ...... হৈয়ুম ...... ।
হৈয়া-হে — হে ...... সুম ...... ।
হৈয়ী চাজুম হৈয়া চা
হৈয়ানা চাজুম হৈয়ী চা
হৈয়ী ময়েক ও মক ;
হৈয়া ময়েক ও নি
হৈয়ী হৈয়া-হৈয়ুম হাইনা
রাক-মনা ঈমুং-শিংথোং হৌরক্লগে।

নহাল-নোং রাক-মনা মালেম লৈশেম্লকপবু
লৈরোই ঈশৈ য়রাকলেনবু কাউদ-শৈ
খুংগী ইয়া ইথোনজেনবু
নিল্লবদা নিল্দ-শৈ
তাম্না হাউরৌ লৌখোং নিংঘিববু
ফুল্লবদা ফুল্দ-শৈ ;
শাজং ন্নিংথৌ শাজং লাংমৈলেম্বনা
পামু-পামফোই লৌ
শিংকা-শিংতম লৌ,
ঙগ্রী নংনা কোলো-ও
খেনচু নংনা পাউদোইয়ো,
খেনচু পাউদোই নানম শকঙৈগী
ঙগ্রী কোলোই লৈহৌরকপবু
ইরাক মাবু চৈনম ফদে
থৌকাউদনা শৈহৌজরকে।

হে ইবুংঙো ইবুথৌ মোইরাং থাংজীংগী মথুংম্নু-পাই
মরি-লিশিবা-মরাং-লাংশকনা
অহৈবা চোমজাউ য়াল্লদনা
থংমাই মার হনবগী
লাংগোই মোংশা অয়াংবগী
শামৈ অনি কাৱননা,
নদাইরেম্না পেনা থাদা কোব
চৈজীং য়েংলোম পাই
লফুং ফমজীংলাংদা ফম
থৌকাউদনা শৈহৌজরকে।

হে ইবুংঙো লৈম্নুং য়াবিয়োকনদি
নোংদা লাইরেল পাখঙবা,
হাইম্নু-খু-নদি হাউম্নু হন
লাইতোং-খু-নদি লাইতোং হন
লাইসনানা খুইয়োই তোমপোকপা,
খানা চাবনা মরম ১০৮ নি
হিংনা চাবনা মরম ১০৮ নি
মুননা চাবনা মরম ১০৮ নি
খাক্রিবা-সাক্রিবা কোম্রে শাইফি
য়াঙম-চাকচারকউ-পুথোরকউ
পাইমা শিল্লৈরোম্বনা
থোকাউদনা শৈহৌজরক্কে— ।

অস্নুম্না অয়ুক্কী থৌরম অহানবদা পেনা শকপনা খুন-খুনগী হরাওরিবা লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বীবু থা-থাহনা শৈথাহনা শকনি। লাই-লাইগী শৈথারোল অহুদি মতাং অসিদা হাপচন্রে।

অস্নুম্না পেনা শকপনা য়াকৈরোল লোইরবদা মাইবীনা লৈহুন তমগনি অহুগী মতুংদা লাইমাং ফয়গনি। মতাং অসিদা অয়ুক্কী থৌরম লোইশিল্লে।

## ন্নুংথিলগী থৌরম পরেং ঃ—

হরাওরিবা খুঙ্গং অমম্লুং লৈকাইগী খ্বাই তরা লাইপুংদা কাখৎলক্লে। অহল-লমন, ইপা-ইপল, ইমা-ইন্দোল, ইচল-ইচা, মরুপ-মপাংনচিংবা ওম্নমক হরাওবুংদা কারক্লে। লাই শেলুংবা, লাইপু. পাখং-লাকপা, নিঙোল লাকপা, লারোই শীংলোই অমম্লুং লৈরোইনচিংবা ফমনাইবা খুদিংমক মাগী মাগী ফমফম থোকপা ফমফমদা ফমগ্রে।

হায়রিবশিং অসিগী ফমফম ফীদাগী মওংদি ঃ— লাইয়িংথৌগী হায়বদি য়েৎলোমদা লাই শেলুংবা নত্রগা পীবা অহুগী মথংদা মাইবা

অয়াইবদা পেনা খোংবা ফমগনি। অতুদগী লাইগী গুম্মাং য়েংকী নাকল অতু ফমদৌ নিংথৌ অমম্তুং লৈকাইগী অহল-লমন খিখিকমচিংবা মথং-মথং ফমগনি। লাই থোংগানগী য়েংকী নাকন্দনা পাখং-লাকপা শীংলোই অম্তুম্না ফমগনি।

ওইগী লাইরেম্বীগী মাইকৈদনা লাই শেলুংবী মথংদা মাইবী মথংদা লৈমা সিজ, গুম্মাং পবেংদনা ফমনাইবী অমদি অতৈ-খিবিক ফমগনি। ওইগী থোংগানদনা নিঙোল লাকপা লৈরোই অসিনচিংবা ফমগনি।

অম্তুম্না খ্বাই তিল্লবদা মাইবা মাইবী অমম্তুং পেনা খোংবা লাইমাংদা থৌগল জগোই হৌরগনি।

**১বা জগোই :—** চুমশা জগোই অনোইবী শাগনি। পেনা মরোলদি মথাগী অম্তুম্না খোংগনি।

থাবা ( তানথা ) ১। হাইদোকপা ( ফাক ) ১।

| + | | O |
|---|---|---|
| রৈ — রৈ | । | রি রে — |
| রে রি রে | । | রি রৈ রে |
| রে — রৈ | । | রি রৈ — |
| রে রৈ রৈ | । | রে রে রে |
| রে — — | । | — — — |

চুমশা জগোই হেক লোইবগা লৈরোইনা লৈ লাংগনি। লৈ লাংলিঙৈদা মাইবীনা লাইবৌ-লা শেমগনি। মরকসিদা মাইবনা হোই লাউগনি। হোই লাউবা হেক লোইবগা—

লাই পুবা থৌগললোই অনি, থাং পায়বা মুপা অনি, চোং পায়বা মুপা অনি, অম্বার পায়বা অনি, লাইগী কাউসেন-সেনাপোং পুবী লৈশাবী মরি, লোইননা লাইগী ফীদা পুবী মৌ অনি হায়রিবা মীওইশিং অসি ভঙাই-ফদনা চংভি।

হায়বদি নিপা ৬ অমসুং নুপী ৬ পুন্না ১২ অসি কৌশিল্লগা পরেং অনি থোক্না কাঙপ লেপহল্লগা থৌগল পোৎ খুদিংমক মখোয়-মখোয়গী মখুত্তা পায়হনগনি।

**লেপ্পগী মওংদি :—** থাং পায়বা অনিনা মাং থাগনি। থাংগী তুংদনা লৈশাবী অনি অনি ইনগনি। লৈশাবী অসিগী মতুংদা লাই পুবা অনি লেপকনি।

মতাং অসিদা নিংশিংজনিংবা অমনা লাই পুবা হায়বসি করিনো হায়রবদি ; নোংমগী লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বী অনিগীদমক হায়তুনা হুল্লিবা লৈহুল অহুদগী লৈপোপ অমমম লোথোক্লগা, লাইয়িংথৌ লাইরেম্বী কাইদনা ইকৌবদা, য়োম্বা লৈয়োমগী মওংগুম হায়বদি অউপ্পা-অরোংবা কাইদনা লম ১ শাংবা ফীদা লৈপোপ অহুবু ময়ায়দা কিশি কিরগা লাই-পুবা অনিতুগী মঙকশমদা য়াল্লগা চেকশিন্না পুগনি। লৈপোপ কিরিবা কিশি অহুনা খোইদৌ থম্বাল মাপা চপ চানা তাহল্লগা খুৎ অনিনা পমতুনা চেকশিন্না পুগনি। মসিবু লাই পুবা হায়না কৌই।

লাই পুবা অনিগী তুংদা চোং পায়বা অনিনা চোং খানগনি। অসিগী তুংদা মৌ অনিনা ফীদা-সেনপোৎ পুগনি। অসিগী তুংদনা অমুরার পায়বা অনি চৎকনি। অসুম্না লাইগী থৌগল-লাংগল অমসুং পোৎ হাপ্পা লোইরবগী তুংদা মাইবীনা লাইবৌ-লা থাগনি।

**লাইবৌ-লা থাবগী মওং :—** লা লাতোন অহুম লোম্নগনি মতুগী মথক্তা ফীরোল অহুম ( ৩ ) থুপ্লগা হাপকনি। লা মতোনদি লাই-রোমদা ওনশিনগনি। মাইকৈ মরিদা থাংজিং, মারজিং, রাংব্রেল অমসুং কৌব্রুগী লৈহুন লৈপোপ অহুম-অহুম তমগনি। অসুম্না মাইকৈ ঙাকপা লাই মরিগী ময়ায়দা লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বী অমসুং মপু শিদবা ( গুরু ) গী লৈপোপ অহুম থমগনি।

ব্লাংব্রেল অমসুং মারজীংগী কারক্তা লাখোকলোমদা ভিনজং-কাইজংদবা লৈপোপ ৮ হাপকনি। হায়রিবা লৈপোপ অসিদি লাইয়িংথৌগী ৪ অমসুং লাইরেম্বীগীসু ৪ নি। লৈপোপশিং অসিনা লাইয়িংথৌ লাইরেম্বীগী খুরকলৈ ওইগনি।

অসুম্না নিংথিনা শেম-শাবা লোইরবা লাইবৌ-লা অহু লাই-গুমাং ময়ায়দা পুথোরকনি। ইহান-হানবদা থাংজিং কোবা লাইদা পাউওকনগনি, মথংদা মারজিং, মথংদা ব্লাংব্রেল অমসুং ইরোই লোইবদা অমাং কৌব্রুদা পাউওকনরগা লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বী অনিগী মপা চুম্না য়েংলগা হরাওরিবা লাইরোমদা লাতোন ওনশিল্লগা থম্বা অসিবু লাইবৌ-লা থাবা হায়না খংনৈ।



লাইবৌ-লা থাবা

অসিগী মতুংদা লাইবৌ-লাদগী লৈপোপ ৮ অহু লৌরগা মাইবীনা খুরক-লৈকা পেংকনি। মাইবা-মাইবী অমসুং পেনা খোংবা গুনা লাইবোমদা ওনশিন্না লেপকনি লোইননা পেনা খোংবনা পেনা খোংবা হৌগনি মাইবীনা লাইচিং জগোই শাবা হৌগনি।

লাইচিং জগোইগী পেনা মরোলদি ইচম-চম্বা চপতীং (শরা) দা খাংগনি।

**পেনা মরোল ঃ—**

| + | ৩ |
|---|---|
| রে — —। | ম্রি — — |
| রৈরে রৈরে রৈরে। | রে — — |
| রেম্রি রে —। | ম্রি — — — |
| রৈরে রৈরে রৈরে। | রে — — |



খুরুম্বা

**অহানবা তাংকক :— ( খুরুম্বা )**

হায়রিবা পেনা মঙ্গোল অসি খোংবগা লোয়ননা মাইবীনা জগোই শাবা হৌরগনি। জগোইগী মওংদি লাইরোমদা মাই ওনশিন্দুনা চপ তিংনা লেপকনি। খোঙগী খোঙনিং শম্নবদি য়াদে খুবীমুক লাপনহনগনি, মাংগী খোঙদোন অনিনা কাপ তংখাইমুক লাপনহল্লগা চপ তীংনা লেপকনি। খোংলক্লিবা পেনাগী মতুংইম্না খোঙ য়েংতগী হৌবগা য়েং-ওই অনিগী কপ্পাক শিল্লোন-শিঙ্গিন অনোপ-অতিং শান্নহুনা ঈথক-ঈপোম পিগনি অমস্তুং লাই খুরুমগনি।



লৈপেক জগোই

**অনিশুবা তাংকক :— ( লৈপেকপা )**

অহুদগী খুৎ অনিনা খুৎশা মতোনশিং হকচাংলোমদা ওনশিল্লগা লোংনা থেকতোকপগা লোইননা হকচাংস্তু তপ্পা-তপ্পা ফমথরক্কনি। খুৎ অনিমকস্তু মাংলোমদা উপশিল্লা পুরক্লগা তপ্পা হৌগৎলকুনা খুৎ অনিমক চিললোক্লনা লোং-খোক্কনি। তপ্পা হৌগৎলকপগা লোয়ননা খুৎ অনিনা খৈয়োম শানা লোইরোই পুখৎলকুনা লেপখৎতুনা পুমবুম পুখৎলক্লিবা খুৎ অনি কন্দোকুনা মাই মপা হেক য়োবগা খুৎ অনিমক

লোংনা লৈথোক্লগা থাগনি। মসিবু লৈপেক জগোই কৌই। ভস্মা হৌগং-ফমথা ভৌত্থনা অহুম্নক ভৌগনি।

## অহুমশুবা তাংকক :— (খুবাক জগোই)

মথংদা য়েংকী খোঙদোম্না মাংদা লৈপাক্তা নেংকনি। য়েংলোমদা হকচাং লৈথোক্লগা খুবাক ভমুক খুগনি। য়েংকী খোঙ হাম্নগী মফমদা হক্তিল্লকপদা খোঙ ওইস্থ খুং ওইস্থ য়েংনা ভৌথিনগুম ভৌগনি, ওইবোনদা খুবাক ভমুক খুগনি। মসিবু খুবাক জগোই কৌই। হংগং-হন্দা মাং-ভু অনিদা অকা-অকুম ভহুম্নক চংকনি। ভহুম্নক শুবদা মাংদগী খোঙ হন্না-লাইচিং জগোই লৌগনি।



খুবাক জগোই



লাইচিং জগোই

## মরিশুবা তাংকক (লাইচিং জগোই) :-

খোঙ য়েংকী খোঙদোম্না ওইগী গে ভ দোলগী মাংদা কাপ্না নেংপগা লোইনা য়েংকী খুংস্থ ওইগী খুং মপাদা চুম্না খ্বাংগী মাপা লাক্লা মাংলোমদা ভিংথোক্লগা খুংয়াই অমদি খুংনিংথৌ অনিগী ময়াই ভাং মপাদা খুবীনা নম্লগা খুবা অমদি খুংনাউবী অনিনা ভিংথোক্লগা খোইদৌ মপাদা চিংশিল্লকনি।

নসিবু লাইচিং জগোই কৌই। অস্থুম্না য়েৎনা অমুক ওইনা অমুক লাই চিংথুনা অহুম্নক শাগনি। অসিগী তুংদদি খুবাক জগোইস্থু অথুবী তারক্কে।



খুবাক জগোই

**মঙাশুবা তাংকক ( খুবাক জগোই ) :—**

লাইচিং জগোইগী অহুম্নক শুবদা য়েৎতা অমস্থুং ওইদা অহুম্নক লৈথুনা খুবাক জগোই শাগনি।

**খুবাক জগোইগী পেনা মরোল :—**

বিব বি বি বৈ । বে বি রি বৈ।
বে বে বি ব । বৈ ব রে —।

**তরুকশুবা তাংকক ( লৈতাই-নোংদাই ) :—**



লৈতাই-নোংদাই

লৈ লৈত্থনা খুবাক জগোই অহুম্মক হেক শুবদা ওইরোমদা ফমথ-বকপগা লোইননা ওইগী খুউ মথক্তুগী মখোন থোক্তুনা খুবাক খুত্থনা, খুনা-খুনা ওইরোমদগী য়েংলোমদা লৈত্থনা পুরকনি। খোঙম্মু লৈরকপগা লোইননা খজিক্তুং ফাকলপ য়েংকী খুবোমদা ওইগী খুউনা ননগনি। খুত্থনা পুবক্লিবা খুবাক উপ্না থারগা, অমুক খুত্থনা ওইরোমদা অমুক লৈগনি। য়েংলোমদা অমুক হল্লকপদা খুবাক জগোই অমুক লোগনি। অম্সুম্না শাবা অসিবু লৈতাই-নোংদাই জগোই কৌই।

## তরেৎশুবা তাংকক ( খুবাক জগোই ):—

লৈতাই নোংদাইগী মথংদা খুবাক জগোই অমুক লৌরগা অহুম্মক শাগনি।



খুবাক জগোই



কম্বোল জগোই

## নিপানশুবা তাংকক ( কম্বোল জগোই ):—

খুবাক জগোই অহুম্মকী মথংদা খুং, উক, মীৎ, লেং, খ্বাং, কৈ, খুউ অমসুং খোঙশা য়াউনা লৈত্থনা শাগনি। অম্সুম্না শাবা জগোই মদুং অসিবু কম্বোল জগোই কৌই। অসিসু য়েং-ওইদা অহুম্মক শাগনি।



**মাপলশুবা তাংকক ( খুবাক**

কম্বোল জগোইগী অহুম্নকতা খুবাক জগোই অমুক লৌরগা য়েৎ-ওইদা লৈতুনা অহুম্নক অমুক শাগনি।

খুবাক জগোই



কংকুপ জগোই

**তরাশুবা তাংকক ( কংকুপ জগোই ) :—**

খুবাক জগোই অহুম্নক শুবদা খুৎ অনিমক খ্বাং মাপাদা পুথরগা উপ্না খুৎ-শা মরি তিংথোক্লগা খুর্বনা হকচাংলোমদা ওনশিল্লগা খুবাক ময়াইবোমদা পুশি-ল্লকনি। খুৎশা ৪/৪ না খুর্বদা পায়শিল্লগা লোংথো-রকপদা খুৎশা মচা তানা অমমমদং থাদোরকনি, মসিবু কংকুপ জগোই কৌই। মসিস্থ অহুম্নক লৈতুনা শাগনি।



**তরামাথোইশুবা তাংকক ( খুবাক জগোই ) :—**

কংকুপ জগোইগী মথংদা খুবাক জগোই অমুক লৌরগ অহুম্নক অমুক নাক-য়েৎ লৈতুনা শাগনি। অতুদগী কংজাউ জগোই লোগনি।

খুবাক জগোই

## তরানিথোইশুবা তাংকক ( কংজাউ জগোই ) :—

কংজাউ জগোইগী মওংদি— য়েংলোমদা লৈবদা য়েংকী খুংনা লেংজুম মাপাদা তিংথোক্লগা ওইগী খুংনা খোইদৌ মাপাদা থম্লগা য়েংকী খুংনা জগোই শানা লৈতুনা লাক্লগা মাং মাপা য়োবকপদা য়েংকী খুং উপনা খুংশা মতোন কাপ-থোক্লা থারম্লগা ওইগী খুং তিংথোক্লে, খুং য়েংনা অমুক খোইদৌ মাপাদা থমলে লোইননা ওই-বোমদা অমুক লৈবক্লে। খ্বাং মপা য়োরকপদা জগোই থারম্লগা য়েংনা অমুক শিল্লে অস্নুম্না য়েং-লোম-মাইরোমদা অহুম্নক শাবা জগোই অসিবু কংজাউ জগোই কৌই।



কংজাউ জগোই

## তরাহুমদোইশুবা তাংকক ( খুবাক জগোই ) :—



কংজাউ জগোইগী হেক মথংদা খুবাক জগোই অমুক লৌগনি। খুবাক জগোই অহুম্নক শুবদা মথং খুতুম জগোই লৌগনি। খুতুম জগোইগী পেনা মরোলদি অস্নুম্না খোংগনি।

রেরৈ — রিরে। রেরৈ — রিরে।
মরোল অসিদা হন্না-হন্না খোংগনি।

খুবাক জগোই

## তরামরিশুবা তাংকক (খুতুম জগোই) :—

খুতুম জগোইগী মওংদি— য়েংকী খোঙদোন্দা ওইগী খোঙনা হেক থাবদা ওইগী খুংনা খোইদৌদা নপতুনা থমগনি। য়েংকী খুংনা মাংলোমদা সুকথরপ তিংথোক্লগা খুংশা মরি কোনশিল্লগা খুবীনা মরায় থেককংলগা খ্বাং নমলপ খোঙ অনি



খুতুম জগোই

চপ মান্নবা থীল্লগা লৈ-লৈহুনা শাগনি। য়েংলোমদগী য়েংকী খুৎ তিংথোক্লগা লৈরকপহুনা মাং মাপাদা খুৎ ওইনা অমুক তিংথোক্লগা য়েংনা খোইদৌ মাপাদা অমুক থম্নগা ওইরোমদা অমুক লৈরক্কনি। মাং মাপাদা খুৎ অমুক শিন্নগনি অসুম্না ওই-য়েং অহুম্নক গোঙ থীন্দুনা শাগনি।



খুবাক জগোই

**তরামঙাশুবা তাংকক (খুবাক জগোই) :--**

খুতুম জগোই অহুম্নক শুবদা খুতুম জগোইগী খোঙজোং অসিদা অহুম্মক খুবাক জগোই লৌ-গনি। অসিশু অহুম্নক শাগনি।

**তরাতরুকশুবা তাংকক (লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা জগোই) :--**

খুবাক জগোইগী অহুম্নক্তা খুৎ অনিমক মাংদা তিংথোক্লগা জগোই লৌহুনা শাগনি অহুমলক লৈহুনা শারগা মাংদা শানা-শানা খোংফম অহুম কাখৎতুনা অবোইবদা খুজেং লৈনা লোন্নহুনা লোইশিনগনি, মসিবু লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা জগোই কৌই।



লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা জগোই



লোইরে হায়দনা হকদা পাউদম্বা

# লাইবৌ মকোক



লাইরেম্বীগীনা মুপীনা অম্মনা য়েৎ ওই কায়হন্দনা চৎকনি। অম্মম তৌনা পবেং অসিদা মাইবীনা মাং থাবগা পেনা খোংবনা ওইওইননা নাকন্দা চৎকনি। মাইবদি মতাং অসিদদি য়াউববম্মু য়াউত্রবম্মু ইয়া য়াই। অম্মনা খবাক মখোল থোক্তনা খুত্থনা লাইবৌ-লাগী যেং-ওইননা অহুমক কৌরুবগা লাইগী মাপা যৌবকপদা মাইবীনা খুনিং অনি শম্মনা খুদোল ফাকলপ লেপ্লগা লৈগনি। চৎলিবা পুম্নমকম্মু মাগী-মাগী মাপাদা লেপকনি। অতুদগী পেনা শকপনা হোইরৌ-হৈয়া লাউনবগীদমক লাইবৌ-লাগী লাখোকলোমদা হাংবদি লাইবোমদা মাই ওনশিননা খুনিং অনি শম্মনা খুদোল ফাক্লপ লেপতুনা হোইরৌ লাউনবা ফেম শাগনি।

মতাং অসিদা মাইবীনা ময়ামদা—"হো লাইয়িংথৌ-লাইবেম্মা মদাইবেমশা।" হায়ত্তুনা কৌগনি। ময়াম্না "হাউ" হায়না খুমগনি। অতুদগী মাইবীনা হৌজিক হোইরৌ-হৈয়া লাউগদৌরে ময়াম পুম্নমক নখোং নখুৎ লেংগমুকো অম্মনা হাধগনি। ময়াম্মু হোয়-হোয় হায়বগা লোইননা মীপুম খুদিংমক মাইবীম্মু য়াওনা লেওদনা চুমনা লেপকনি। অতুদগী পেনা শকপনা হোইরৌ ময়েক অমম্লং হৈয়া ময়েক মথং মথং লাউগনি।



লাইমনাওদা লেপ্পা



**হোইরৌ ময়েক অমসুং লাউবগী মওং :**

**হোইরৌ ময়েক :—**

আ ...... হোইরৌ ...... আ
না ...... আ ......... আ
হোইবৌ .. হোইরৌ ..... আ
না ..... আ .. ...... আ
হোইরৌ হোইরৌ হে নকেদা-আ
লাইনিংথৌ-ও আ-আ
হোইরৌনে এ সে-সুম।

হোইরৌ-হৈয়া লাওবা

হোই ময়েক্কী অরোইবা "সুম" হাযরকপা মতাং অসিদা মাইবীনা, লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশাময়াম্মা হাউ হাযগনি। অতুদগী মাইবীনা মালেম লৈয়ারসে হায়না লাউগনি। ময়াম্মসু হোয হাযগনি। অতুদগী পেনা শকপনা হৈযা ময়েক মথা লৌথতুনা লাউগনি।

**হৈয়া ময়েক :—**

আ ...... হৈয়া ..... আ
না ...... আ ...... আ
হৈযা হৈয়া ...... আ
না ...... আ ...... আ

হৈয়া হৈয়াহে নগেদা অা ... আ
য়োইবুবিনে .. তা .. .. আ
হৈয়ানে এ ...... সে ...... সুম।



মতাং অসি য়োরবপদা খৈয়োম ভগোই শারিবা খুৎ অতু লাইবক মাপাদা লৈরি। খুৎ অতু য়েৎলোমদা থা-খ্বাং য়াউনা লৈথরকনি অমসুং ওইরোমদা অমুকসু লৈথগনি।

## শৈশকতি পেনা শকপনা:

"হৈয়াঁউদা ......... আ
নোইবদি ... এ ...... এ
মৈনা রাইনা নোইয়ে"।

মতাং অসি ফাওবা খোঙ ফুকনা লেংবা য়াদে।

"হে তাংনা শমঙৈগী নোইয়ে"

হায়বা মতাং অসিদগী খোঙফমদি লেংদনা হুকচাং কেনা ঈপোম নাইনা খোঙবা মরু লুকনা য়েৎকী খোঙদগী মফমদি লেংহন্দনা ফৈ নম্নপ ইপোম পীগনি। অসুম্না ওইরোমদা অমুক ঈপোম পীজুনা লেঙবা হৌরগনি। মতাং অসিদা হোইরৌ-হৈয়াগী তাংকক লোইরে মথং তারকপদি পেনা খুৎলোনসু হোংলগনি।

হোইরৌ-হৈয়াগী পেনা খুৎলোনদি শরিক মখোল থোকহনবা য়াদে লোইননা চপতীং (সরাদা) খোংগনি। মখাগী অসুম্না খোংগনি।

রে — —। রি —
রৈরৈ রৈরৈ —। রে —

রেরি রে —। রি —
রৈ-রৈ রৈরৈ রৈরৈ। রি —

অস্থুম্না হোইরৌ-হৈয়া লাউবদগীনা হকচাং লাংপুম শাবা লোইবা কাওবগী মতাং অসিনি খ্বায়দগী মরু শুইরিবদি। তাঙ্কক অসিদা শোয়খিবা-শামখিবা অমদি তেকখি-কায়খিবা য়াউরবদি ইশা-ইশাদা তেনবাম্নি, লাইথুংঙি, ঈ-মুংশিংকী মরীদা তাকায়বা লাকই হায়না অখঙ-অহৈশিংনা মতাং অসিবু খায়নদগী মৈনা-রাই তাংনা-শমডৈদগী চংনরকই। মসিবু হকচাং শাবা "অনোইরোল" কৌই।

অনোইবোলগী পেনাদি চৈজীং থক-খা সরিক মখোল থোক্লা য়ৈগনি অমস্মং মখাগী অস্থুম্না খোংগনি।

+ O
রে রে বে রি রি। রি রে রি রে॥

হায়রিবা অসিদা হন্না হান্না খোংগনি। হকচাং শাবা লোইত্রিব কাওবা খুংলোন অসিদা -খাংগনি।

অহুদগী মাইবীনা থয়োম জগোই শাগনি লোইননা পেনা খোংবন অনোইরোল শকনি। অস্থুম্না শকনি।

"হে তাংনা শমডৈগীবু নোইরক্রে।
হৈয়ি চকডৈগীবু নোইরক্রে।
আ হৈয়া চকডৈগীবু নোইরক্রে।
লাংবা খুমুং চকডৈগীবু নোইরক্রে।
আ কোইরৌ হৌডৈগীবু নোইরক্রে।
আ মালেম হৌডৈগীবু নোইরক্রে।"

হায়রিবা "মালেম হৌডৈগী" হায়বা মতাং অসিদগী খোঙ রেথন হান্না ফুতুম্না মালেমদা খোঙ থাবা হৌরগনি লোইননা চংপা হৌরগনি

খৈয়োম জগোই শাবগা লোইননা লাইবুঙগী মমাংদা কোয়না চংকনি। অম্লুন্না চংলকপনা থাংজিং মাপাদগী হৌতুনা অমুক লৈগনি। রাংব্রেল মাপাদা অমুক লৈগনি, হরাউরিবা লাইমাং য়োরকপদা কোক নোনগনি, মারজীং মাপা য়োরকপদা অমুক লৈগনি, অমস্লুং কৌব্রু মাপাদস্লু অমুক লৈগনি।



খৈয়োম জগোই

অম্লুন্না চংন চ ন লৈবনা অহুম্নক কোয়না চংকনি অহুম্নক লৈগনি। অহুম্নক শুবদা লাইমাও মাপাদা খৈয়োম জগোই কংকনি লোইননা লৈসি জগোই শাবা হৌগনি।

খৈয়োম জগোই অসি ফাওবদি অনোইরোল শৈশকস্লু মমৈ-মমৈদা "নোইয়ে" হায়বা ময়েক তাগনি। মরকসিদা লৈসি জগোই অম্লুম শারগা লাকপনা থাংজিং মাপা হেক য়োরকপদা মাইবীনাঃ— লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইবেমশা! ময়াম্না— হাউ; ইবুধৌ থাংজিংগী মশুমাঙদা খুল্লাউ-লৈচাউনবা নোইস্লু থুংথেক লোনা লৈরসে হায়গনি। ময়ামনস্লু হোয়-হোয় লৈরসে খুমগনি।



লৈসি জগোই

খৈয়োম জগোই হেক থাখিবদগীদি পেনা শৈশকস্লু মমৈদা "নোইয়ে" হায়না তান্নরোই। মরক-মরক্তা থর-থর য়াউরকপা নত্তনা, মপুংদি ওইররোই।

+ O

পেনাসু মথক্কীগুম "রে বে রে রি রে। রি বে রি রে।" অসুম্না খোংগনি।



অদুদগী মাইবীনা লৈসি জগোইগী হেক মথংদা হকচাং-কয়াৎ শাবা হৌরগনি। জগোই শানা শানা হকচাং শাগনি।

মাইবীনা :— হো লাইয়িংথৌ-লাইবেম্মা মদাইরেমশা!

নয়াম্না :— হাউ!



খোইদৌ শাবা



লরাই শাবা

মাইবী :—খোইদৌ মমি তমতুনা লরাই কোকলেন শারসে।

+ O

পেনা :—বে রে-রে রি রে। রি রে—রি রে॥

অদুদগী খুবী অনি ফন্দোক্লগা চীল্লোক্লগনি। খুংশা অতৈসু মতোল-মতোল শম্নহল্লগা থম্বাল শানা খোইদৌ মপাদা থমগনি। খুৎ অনিমক্কা খুৎফম অদু কায়দনা লরাইনা থমগনি। মসিবু খোইদৌ মমি তমলগা লরাই কোকলেন শাবা কৌই।

মতাং অসিদা পেনা শৈশকস্থ "সোয়ায়েল্লা নোইরক্কে" হায়গনি। অস্থুম্না হকচাং-কয়াৎ লাংপুম শাবা হেক হৌবগী "লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেশা" ময়াম্না হাউ হাযবা রাহৈ অসি কযাৎ শাগৎলকপা তাংকব খুদিংগী মাইবানা লাউগনি। শাগৎলক্লিব। হকচাং কয়াংকী মমিং পন-পন্দুনা লাউগনি, মযাম্নসু "শাবসে" অস্থুম্না খুমগনি। পেনা শৈশকস্থ মরক থেৎনা-থেৎনা অত্থমক শক্কনি।

হৌজিক্তি হকচাং লাংপুম শাবগী পরিং লাক্লে। মাইবীনা লাউবা মযামনা খুম্বা, জগোইগী মওং অমস্থং পেনাগী মতাং মথাগী অস্থুমনা চংথগনি।

পেনা—হৈয়ীঙৈদা নোইবদি।

মাইবী—কোকচী শানা নোইবসে।



কোবচী শাবা

মযাম নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—মৈনা রাইনা নোইয়ে।

মতৌ অস্থুম্না হকচাং কযাৎ শাবা খুদিংগী কয়াৎ মমিংদি হোংগনি মসিগী মবক্তা লৈসি জগোই হাপ্লদি কাযবোই: পেনাস্থ পরিং কাযদনা মথং মথং অস্থুম শকথরক্কনি।

মাইবী—হো চীবা শানা নোইবসে।



চীবা শাবা

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—হে ভাংনা শমঙেগী নোইযে।

+ O

বোব বে বি বে। বি বে বি বে।

মাইবী—হো লাইবক শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—মালেম মদাবু নোইযে।

বেব বে বিব। বিবে বি বে।



লাইবক শাবা

মাইবী—হো পীশুম শানা নোইসে।



পীশুম শাবা

ময়াম—নোইসে।

পেনা—মদাইমদা নোইয়ে।

+ O

বেব রে রি ব বিবে রি রে।

মাইবী—হো মীংচি শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—লমলেল মহৌচিঙদা নোইয়ে।

+ O

রে র রে রি র। রি রে রি রে।



মীংচী শাবা

মাইবী—হো মীং শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—মহৌ ফাইবোক চীংদা নোইয়ে

+ O

রের বে রি র। বিরে রি বে।



মীং শাবা

মাইবী—হো নথাং শানা নোইসে।

ময়াম - নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—মোইবী নোইতুম চীংদা নোইরে

+ O

রের রি রি র। রিরে রি রৈ।



নাথাঙ শাবা



মাইবী—হো নাতোন শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে ।

জগোই—লৈসি জগোই ।

পেনা—কোন্দে খুৎচুম মাইবনা নোইয়ে

+ O

রেব রে বি ব। বিবে বি রে।

নাতোন শাবা



মাইবী। হো নাতোন নাকচী শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই ।

পেনা—লাইকনচাংদা নোইয়ে

+ O

রেব বে রি র। বিবে বি বে।

নাতোন নাকচি শাব



মাইবী—হো নাতোন শুমাং শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈশি জগোই।

পেনা—পুইতিংঙা কাংকা চমুনা নোইসে।

+ O

রের রে রি ব। বিবে বি রে।



মাইবী হো চিনবান মথক মথা শানা নোইসে ।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—হে শায়োন চীংদা নোইয়ে।

+ O

রের রে রি ব। রিব রি রে।

মাইবী—হো য়া শানা নোইসে।
ময়াম—নোইসে।
জগোই লৈসি জগোই।
পেনা—য়োইবী তোইবী কৌবিবু
নোইয়ে

\+ O
রের রে রির। রিরে রি রে।



য়া শাবা

মতাং অসিদা মাইবীনা মারজীং মাপা য়ৌরে, জগোই লৌরগা লসে হায়রগনি।

মাইবী—হো খদাং শানা নোইসে।
ময়াম—নোইসে।
জগোই—লৈসি জগোই।
পেনা—তোইবী তংকা চপ্পুবু নোইয়ে।

\+ O
রের রে রির। রিরে রি রে।



খদাং শাবা

মাইবী—খজাই লেংওন অনি শানা নোইসে।
ময়াম—নোইসে।
জগোই—লৈসি জগোই।
পেনা—তংকা মুবী পোইতাঁংরাকপু নোইয়ে।

\+ O
রের রে রির। রিরে রি রে।



খজাই লেংওনশাবা


নাকোং শাবা

মাইবী—হো নাকোং অনি শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—থুয়োই ফুইদিং লাউবীনা নোইবদি।

+ O

রের রে বির। রিবে রি রে।

মতাং অসিদা মাইবীনা কৌক্রু মাপা য়োরে জগোই লৌরগা নোইসে হায়রগনি।

মাইবী—হো নাকোং চক্র শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—থাবী লেংনাউ মোম্বীনা নোইবদি।

+ O

রের রি রির। রিরে রিবে।

মাইবী হো লুখম শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—মপল লাইবু য়ু কৌই।

+ O

রের রি রির। রিরে রিরে।


লুখম শাবা

মাইবী—হো খৌরি তোংদম শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—তাউরোইনাইবু য়ু কৌই।

+ O

রের রি রির। রি রে রিরে।


খৌরি তোংদম শাবা

মভাং অসিদা থাংজিং মাপা য়ৌরে জগোই থুংথেক লৌরগা নোইসে ায়গনি। য়াহৈ অসি চিংথেক ৪ গী লাই-লাইগী মাপা য়ৌরকপদা ায়বনি।

মাইবী—হো লেংদোন শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে ।

জগোই—লৈসি জগোই ।

পেনা—হনবা লুকথংদবদা নোইরক্লে।

+ ●

রেরর রে রিরি। রিরে রিরে।



লেংদোন শাবা

মাইবী—হো লেংপাক শানা নোইসে।



লেংপাক শাবা

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—হমু লুকথংদবগী নহাকুবী সুদা।

+ O

রেরর রে রিরর। রিরে রিরে।

মাইবী—হো লেংজুম শানা নোইসে।



লেংজুম শাবা

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—লিলগাম লাইবু পঙ্ক তাইনা লাইথুংলে।

+ O

রের রে রির। রিরে রিরে।

মতাং অসিদা রাংত্রেন মাপা য়ৌবে নোইমু খুংথেক লৌরগা লৈসে হায়গনি।

মাইবী—হো য়েৎকী পাম্বোম শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।



পাম্বোম শাবা

মাইবী—হো ওইপী পাম্বোম শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—তোইবী তথকা চম্নুনা ...।

+ O

রের রে রির। রিরে রির।

মাইবী—হো য়েংকী খুনিং তাং শম্না নোইসে



খুনিং শাবা

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

মাইবী—হো ওইগী খুনিং তাং শম্না নোইসে।

ময়াম--নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—অমাই মরাংবু হৌবে।

+ O

বেরবে রিরা। বিরে রির।

মতাং অসিদা মারজীং মাপা য়ৌবে নোইম্নু খুৎথেক লৌরগা লৈসে হাযশনি।

মাইবী—য়েৎকী খুদাং খুবোম শানা নোইসে।



খুবোম শাবা

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই

মাইবী—হো ওইগী খুদাং খুবোম শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—হৈরেম ফুনিং শিংবীনা।

+ O

রের বে রির। রির রি র।

মাইবী—হো য়েৎকী খুজেং শানা নোইসে।



খুজেং শাবা

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

মাইবী—হো ওইগী খুজেং শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—খুঙ্গাম রাম্লিং শিংবীনা।

+ ∩

রের রে রি র। রির রি র।

মাইবী—হো য়েৎকী খুৎনম শানা নোইসে।



য়েৎকী খুৎ শাবা

ময়াম—হো নোইসে

মাইবী—হো ওইগী খুৎনম শানা নোইসে।
ময়াম—হো নোইসে।
জগোই—লৈসি জগোই।
পেনা—চামলৌ লাপোৎ পুনা ...।

রের রে রি র। রিরে রি রে।

মাইবী—হো য়েৎকী খুবাক শানা নোইসে।



য়েৎকী খুবাক শাবা

ময়াম—নোইসে।

মাইবী—হো ওইগী খুবাক শানা নোইসে।
ময়াম—নোইসে।
জগোই—লৈসি জগোই।
পেনা—শীংপোৎ ৫ য়াউনা-চেনগে চেনখিয়ে।

রের রি রির। রির রি রে।

মাইবী—হো য়েৎকী খুবী, খুদোনবী, খুৎয়ায়, খুৎনিংথৌ, খুৎনাউবা শানা নোইসে।
ময়াম—নোইসে।
জগোই—লৈসি জগোই।



য়েৎকী শাবা

মাইবী—হো ওইগী খুবী, খুদোনবী, খুৎয়ায়, খুংনিংথৌ, খুৎনাউবি
শানা নোইসে।



ওইগী শাবা

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—হে পাংগে পাংশিনখিয়ে।

+ O

বেব বি বি র। বিবে বি বে।

-হো য়েৎকী খুবাক ময়ি, খুজিল ৫ হাপ্পো, খুৎশা তা
শম্না নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।



য়েৎকী শাবা

মাইবী—হো ওইগী খুবাক ময়ি, খুজিল ৫ হাপ্পো, খুৎশা তা
শম্না নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈশি জগোই।

পেনা—মানবী নিংতেক মতুগা—কোবৌ লংমাই হম্বীগা।

+ O

বের বি বিবে। বির ব্রিব।

মাইবী—হো য়েৎকী খুংতোন ময়ি চক্র হাপ্পা নোইয়ো।

ময়াম—নোইসে।
জগোই—লৈসি জগোই ।



য়েৎকী শাবা

মাইবী—হো ওইগী খুংতোন ময়ি চক্র হাপ্পা নোইয়ো ।
ময়াম—নোইসে।
জগোই—লৈসি জগোই।
পেনা—লৈগী মরি পায়না নোংগী মরি থিনা ।

+ O
রের রি রি র। রির র র।

মাইবী—হো খুৎ য়েৎ-ওই অনি খুদোন লাংপুমও।
ময়াম—লাংপুমসে।

মতাং অসিদা কৌক্র মরমথৈ য়োরে নোইহু খুৎথেক লৌরগা ররসে হায়গনি ।

ময়াম—লৈরসে।
জগোই—লৈসি জগোইনা লৈগনি।

মাইবী—হো য়াংলেন শানা নোইসে
ময়াম—নোইসে ।
জগোই—লৈসি জগোই ।
পেনা—খিক মরকী খিকপদি।

+ O
রের রি রিরে। রির র র।



য়াংলেন শাবা

মাইবা—হো থবাক্কী হুমদাং হাপ্পা নোইসে।



ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

থবাক্কী হুমদাং শাবা

পেনা—শায়াই লাল য়াইবু খিকথংলে।

+ O
রেব রি বিরে। রিব ব র।

মাইবী—হো থবাক ডানফম শানা নোইসে।



ময়াম - নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—খিক মরক্কা খিকপদি।

+ O
রেব রি রিরে। রিব র র।

থবাক ডানফম শাবা

মাইবী—হো থোপ শানা লকা শানা নোইসে

ময়াম -নোইসে।

জগোই- লৈসি জগোই।

পেনা—হনবা হন্নু মকুন হে খিককি খিকথরে।

+ O
রের রি বিরে। রিব ব র।



থোপ শাবা

মাইবী—হো থরক খায়না নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—হনবা হন্নুমক্কা পোকপদি।

+ O
রের বি ব্লিরে। রিব ব র।



থরক শাবা

মাইবী—হো ময়োন হাইখ্রগা খুং শানা নোইসে।



ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—হে পোকি পোকএ।

+ O

রেব রি রিরে। বিব র র।

মতাং অসিদা ঈপুধৌ থাংজিংগী কংলৈ নগুমাং য়ৌবে, নোইস্থ্ রংথেক লৌরগা লৈসে হায়গনি।

ময়াম—লৈসে।



মাইবী— চনিং য়াফম শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

চনিং শাবা

মাইবী—হো কময়া অনি শানা য়েৎ-ওই কায়দনা নোইসে।



ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—মহৌ-মহৌ পোকয়ে।

+ O

রেব রি রিবে। রির র র।

কময়া শাবা

মাইবী—হো য়েং-ওইগী নিংজোল অনি শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—মহৌ ফাইবোক চাঙদা খাবী লেংনাউ মোম্বীনা।

\+ O

রের রি রিরে। রির র র।



নিংজোল শাবা

মাইবী—হো য়েংকী ফৈগন ফৈরু শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—তোইবী তংকা চন্নুনা।

\+ O

রের রি রিরে। রির র র।



ফৈগন ফৈরু শাবা

মাইবী—হো ওইগী ফৈগন শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই লৈসি জগোই।

পেনা—খিংলৌ নিঙনা তেন মপান্দ লাইবু য়ুকৌএ।

\+ O

রের রি রির। রির র র।



ওইগী ফৈগন শাবা

মাইবী—হো য়েংকী খুউ কাং শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই—লৈসি জগোই।

পেনা—লাইরেল লাইবু য়ুকৌএ।

+ ∩

রেব রি বির। রির র র।



য়েংকী খুউ কাং শাবা

মাইবী - হো ওইগী খুউ কাং শানা নোইসে।

ময়াম—নোইসে।

জগোই - লৈসি জগোই।

পেনা—তাউরোইনাইবু য়ুকৌএ।

+ O

রের বি রির। রির র ব।

মতাং অসিদা চীংঙু খোইয়ুম রাংব্রেনগী মরমথৈ যৌরে, নোইশু খুৎথেক লৌরগা লৈসে হায়গনি।

ময়াম—লৈসে।

মাইবী—হো লাইয়িংথো-লাইরেম্মা মদাইরেমশা

ময়াম—হাউ।

মাইবী—খুবোম শানা নোইরো।



খুবোম শাবা


য়েৎকী খুরাই শাবা

মাইবী—য়েৎকী খুরাই শানা নোইসে।
ময়াম—নোইসে।
জগোই—লৈসি জগোই।
*পেনা হনম্ন লককা থুংলে।*

+ O
রের রি রির। রি র র র।

মাইবী—হো ওইগী খুরাই শানা নোইসে
ময়াম—নোইসে।
জগোই—লৈসি জগোই।
পেনা—হম্ন লুক থেক্তবম্ন হম্ন লুক তেকলে।

+ O
রের রি রির। রি র র র র।


য়েৎকী খুবোম শাবা

মাইবী—হো য়েৎকী খুবোম শানা নোইসে।
ময়াম—হো শারে-শারে-নোইরে।
জগোই—লৈসি জগোই।
পেনা—নহা মুবী মুংদগী।

+ O
রের রি রি র। রি র র র।

ইবী—হো ওইগী খুবোম শানা নোইসে।
য়াম—হো শারে-নোইরে।
গোই—লৈসি জগোই।
পেনা—লিনগাম লাইকাম লাইহুবু।

+ O
রের রি রি র। রি র র র।

মতাং অসিদা মারজীংগী মরমথৈ য়ৌরে নোইহু খুৎথেক লৌরগা
াসে হায়গনি।

ময়াম—লৈসে।

মাইবী—হো য়েংকী খোংজেং শানা নোইসে।
ময়াম- নোইসে।
জগোই—লৈসি জগোই।
পেনা - হে পল্লা তাইনবু লাইকোক্লে।

+ O
রের রি রির। রি র র র।


য়েংকী খোংজেং শাবা

মাইবী—হো ওইগী খোংজেং শানা নোইসে।
ময়াম—নোইসে।
জগোই—লৈসি জগোই।
পেনা—তূবী ভাকয়েক চমুনা

+ O
রের রি রির। রি র র র।

মাইবী—হো য়েংকী খোঙমিং শানা নোইসে।
ময়াম—নোইসে।
জগোই—লৈসি জগোই।

+ O
রের রি রি র। রি র র র।


য়েংকী খোঙমিং শাবা

মাইবী—হো ওইগী খোঙমিং শানা নোইসে।
ময়াম নোইসে।
জগোই—লৈসি জগোই।
পেনা—অমাই মরাং হৌহল্লে।

+ O
রের রি রি র। রি র র র।

মাইবী—হো য়েৎকী খোঙনিং শানা নোইসে।
ময়াম—নোইসে।
জগোই—লৈসি জগোই।
পেনা—হে লৈয়োন চীংদা।

+ O
রের রি রি র। রি র র র।


য়েৎকী খোঙনিং শাবা

মাইবী—হো ওইগী খোঙনিং শানা নোইসে।
ময়াম—নোইসে।
জগোই—লৈসি জগোই।
পেনা—কোন্দে থুকচুম মাইবনা।

+ O
রের রি রি র। রি র র র।

মাইবী—হো য়েৎকী খোঙপাক খোঙনম শানা নোইসে।
ময়াম—নোইসে।
জগোই—লৈসি জগোই।
পেনা - হে লাইকল চীংদা নোইয়ে।

+ O
রের রি রি র। রি র র র।


খোঙপাক খোঙনম শাবা

মাইবী—হো ওইগী খোঙপাক খোঙনম শানা নোইসে।
ময়াম—নোইসে।
জগোই—লৈসি জগোই।
পেনা—নোইবী নোইতম চীংদা নোইবদি।

+ O
রের রি রি র। রি র র র।

মাইবী—হো য়েৎকী খোঙদোন শানা নোইসে।
ময়াম—নোইসে।
জগোই লৈসি জগোই।
পেনা—হে মহৌ চীংদা নোইয়ে।

+ O
রের রি রি র। রি র র র।



য়েৎকী খোঙদোন শাবা

মাইবী—হো ওইগী খোঙদোন শানা নোইসে।
ময়াম—নোইসে।
জগোই—লৈসি জগোই।
পেনা—তুবি ভাগ্যেক চন্দ্রনা।

+ O
রের রি রি র। রি র র র।

মাইবী—হো য়েৎকী খোঙশা মঙা শানা নোইসে।
ময়াম—নোইরে।

মাইবী—হো ওইগী খোঙশা মণ্ডা শানা নোইসে
ময়াম—নোইরে।
জগোই—লৈসি জগোই।
পেনা—হে লাইকল চীংদা নোইয়ে।

+ O
রের রে রি র। রির র রে।


ওইগী খোঙশা শাবা

মাইবী—হো য়েৎ-ওইগী খোঙবী-খোঙনাও
খুজিল হাপ্পা নোইসে।
ময়াম—হাপ্লে-হাপ্লে।


খোঙবী খোঙনাও শাবা

মাইবী—হো খোঙবী-খোঙনাও তাং
শমমো। চক্র হাপ্লো।
ময়াম—শমম্লে-শমম্লে। হাপ্লে।


তাং শম্বা

মাইবী—হো য়েৎ-ওইগী খোঙয়া-থম্বাল মখি
হাপ্লো।
ময়াম—হাপ্লে-হাপ্লে।
জগোই—য়োংমু মঙ্গল চীংদা নোইবদি।

+ O
রের রি রি র। রি র র র।


ওইগী খোঙয়া-থম্বাল

মাইবী—হো য়েৎ-ওইগী খোঙনম শানা
নোইসে।
ময়াম—লাংগুমসে।



য়েৎ-ওই খোঙনম

মতাং অসিদা কৌব্র মরমথৈ য়ৌরে নোইমু খুৎথেক লৌবগা লেসে হায়গনি।

ময়াম—লৈসে। লৈরে-লৈরে।

মাইবী—হো লৈমুং থোংলোন হান্না শানা নোইরসে।
ময়াম—নোইরসে।
জগোই—লৈসি জগোই।
পেনা—খুরোল পুইদিং লাউবীগা, তৌলা
নোংতম লেংবীগা।
+ O
রেরে রি র। রি ব ব র।



থোংলোন শাবা

মাইবী—হো তাইবং মীপোক লম্বেল শেন্না শানা নোইসে।
ময়াম—নোইসে।
জগোই—লৈসি জগোই।
পেনা—মপল লাইবু নোইয়ে।
+ O
রেরে রি রি। রি র র র।



লম্বেল শাবা

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা !
ময়াম— হাউ ।

মাইবী—হৌজিক্তি হকচাং শাবা লোইরে, হো হকচাং কয়াং
লাংপুমও ।


হকচাং শাবা লোই

ময়াম—হো লাংপুমমে।

মাইবী হো লাইয়িংথৌ-লাইবেম্মা মদাইরেমশা, হৌজিক্তি ন্দূগী
তোং পোকএ, তোংদগী উনশা পোকএ, উনশাদগী ভু
পোকলকএ. শিংলি পাফল লিহৌনরে, হকচাং লাংপুম্মসে

ময়াম—লাংপুমমে-লাংপুমমে ।

অসুম্না মথক্তা য়েক্লিবা শকয়েক অসিগুম ওইগী খুংনা
মখা থংলগা খুং য়েংনা মথক থংলগা খুং কারন চন্দুনা পাম্বোম
মরু শোল্লা কোনগনি ।

অনৌমইরোলগী খোঙথাংগুম য়েৎকী খোঙনা অনিরক ওইগী খোঙনা
অনিরক থারগা মসিনা মপুম অমা লৌরগা অহয়েক ওবদা লৈসি জগোই
অমা লৌরগা থাংজিং মাপাদা লৈগনি ।

মাইবীনা—লৈরসে!

ময়াম—লৈরসে-লৈরসে।

লৈসি জগোই অহন্নক শারগা খোঙফম কায়দনা চংকনি।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা মদাইরেমশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—তেংবানবা মপুদগী থন্নায় নিরসে।

ময়াম—নিরসে।



থন্নায় শাবা

মাইবী—থন্নায় হাপ্পসে!

ময়াম—হাপ্পসে। হাপ্পে হাপ্পে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা!



থন্নায় হাপ্পা

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হৌজিক্তি হৈরাং মমী তম তাওজীং মহৈ য়ানখরে।

ময়াম- হো য়াম্লে-য়াম্লে।

মাইবী—হো লোইদাম থাশিং খঙহৌদে, মুমিং শিংবুম খঙহৌদে, থাবুম ৩ শুজিনখরে।

ময়াম—শুরে শুরে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হন্দকসু মুমিং শিংবুম খঙহৌদে, থাজ মশিং খঙহৌদে, থাবুম ৫ শুজিনখরে।

ময়াম—শুরে-শুরে।

অনোইরোল শৈশক—থুৎ থেক্ল-নোইববু নোইতময়ে।

+ O
পেনা—রের রি র। রি র র র।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বী মদাইরেমশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হন্দকম্নু কোরৌ মুমিং শিংবুম য়ামশিল্লকপনা লোইদাম থাবুম ৭ শুরে।

ময়াম—শুরে-শুরে।

অনোইরোল—নোয়ম লাংবু নোইতময়ে।

+ O
পেনা—রে র রি র। রি র র র।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা মদাইরেমশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হৌজিক্তি রাংগোন শঙ শারসে।

ময়াম—শারে-শারে।

অনোইরোল—নোইনা ঙমদম হৌৈঙদা

+ O
পেনা—রের রি র। রি রৈ রে রে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা মনাইরেমশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হৌজিক্তি লোইদাম থাবুন ৮/৯ হায়জিল্লক্রে, রাংগোন শঙদা কোম ভৌরসে?

ময়াম—ভৌরে-ভৌরে।

অনোইরোল—শাবী লৈরাং মশেল্ল-জুওক পাইবং মশেল্লা।

+ O
পেনা—রে র রি র। রি রৈ রে রে।

মাইবীনা—লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা !

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হৌজিক্তি ৱাং খুদেং পুশিনসি. ঈশিং পুল পুশিনসি, য়োংশবী
মৈরেন পুশিল্লগা মৈবা চিংহুনা ঈশিং লুমসে।

ময়াম—লুমসে-লুমসে।

অনোইরোল—খুবিং খুবাই মশেল, খৈরোই য়ুচেং মশেল।

+ O

রের রি র। রি রৈ রে রে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা !

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হৌজিক্তি লোইদাম থাবুম ১০ হুমিৎ শিংবুম ৩০০ শুরে। মপু
শিদবদা সনা লিফক নিরো। ৱাংগোন শওদা থারো।

ময়াম—থারে-থারে।

অনোই—হুইরি ম্মারাইখোং চাহুগা লাইখোৎ লাইহিং চাহুগা শীংজ
ৱাখায় য়াওনা।

+ O

পেনা - রের রি র। রি রৈ রে রে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হৌজিক্তি চাওন নাউওল্লক্রে, তিং-য়াং থোক্কন খাংঙে,
মাইয়োক্লবী মাইবী কৌরসে।

ময়াম—হো কৌকরে কৌরুরে। লাকঐ-লাকঐ।

অনোই—পি থেক পিথাও য়াওন, ভোইবী অকা চমুগা মপান
লাইগা নোইতময়ে।

+ O

পেনা—রের রি র। রি রৈ রে রে।

মাইবী— হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা !
ময়াম—হাউ।
মাইবী—হো হৌজিক্তি রাংগোন শন্দা চংঙসে। মায়য়োক্পী মাইরং
কোম্নরো, ফীজী ফীনা কাংঙো।
ময়াম—হো চংঙে-চংঙে। কোম্নরে-কোম্নরে। কাংঙে-কাংঙে।
অনোই—লাইরেল লাইগা নোইতময়ে, তুবী চাগা নোইতময়ে।
মাইবী—হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা মদাইরেমশা !
ময়াম—হাউ।
মাইবী—রাং খুদেংদা ঈশিং অশাবা হৈরো. উচান মৈরা পায়বো,
লাঈজ ঈশিং ইরাইরো।
ময়াম - হো পায়রে পায়বে। ইরায়রে-ইরায়রে।
অনোই—খোঙশিৎ মরক্ত মহৌ ফাইবোকচিংহুবু, হে নোইগী
নোইখাইয়ে।

+ O

পেনা— রের রি র। রি রৈ রে বে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা !
ময়াম—হাউ।
ময়াম—লাঈজ তরঙ ঈহোরে, ঈশিং য়াম্না তারে।
ময়াম—ঈহোরে-ঈহোরে। তারে-তারে।
অনোই—তুবী চান নোইবদি, চারেম্বনা নোইবদি নোইচুনে সে।

+ O

পেনা— রের রি র। রি রৈ রে রে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা !
ময়াম— হাউ।
মাইবী—নাউরা লু থোংলে।

মাইবী—লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বী মদাইরেমশা, অকবা নাউয়েক-নাউশং
লাকএ।

ময়াম—লাকএ-লাকএ।

মাইবী—লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা, কোকতোন মান্নবা
কুমাংলা লাইজ উহৌনখরে। নবা অঙাং তারে।

ময়াম—তারে-তারে, পোকএ-পোকএ।

অনোই—নোইচুনে সে লাইনিংথৌও, তুবী চানা নোইবদি, লাই-
রেম্মনা নোইবদি।

+ O

পেনা— রের রি র র। রি রৈ রে রে।

মাইবী—লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা, নবা অঙাং নাউথেমসে,
ওইনা খোইরি চিংখৎলো, য়েৎনা অহুমক খোই মহুংদা
শিৎচিল্লো।

ময়াম—শিৎচিল্লে-শিৎচিল্লে।

মাইবী—লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা, খুং য়েৎনা কবাক লৌরো,
খোইরি ককও।

ময়াম—হো লৌরে, ককএ।

মাইবী—হো খোইরি কিশি কিরো, কোরি চফু পুশিল্লো।

ময়াম—কিরে-কিরে, পুশিল্লে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বা মদাইরেমশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো কন্ত-হৌদি শেংদোকপা লোইরে, কোরি চফুদা হাপ-
চিল্লো, মথুম থুমজিল্লো।

ময়াম—হাপচিল্লে, থুমজিল্লে।

মাইবী—হো লাইম্নিংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা, রাং খুদেংদা ঈশিং
হৈদ্রো, নরা অঙাং ঈরু শমদেংসি।

ময়াম—ঈরু শমদেংলে।

অনোই—চারেম্বনা নোইববু শরিরেল্লা নোইতময়ে, শাবী য়াম্বা মঙাং
ভোমবা, নোংদা চিঙখল য়াংনা লাইরেল লাইগা নোইতময়ে

+ O

পেনা—রের রি র। রি রৈ রে রে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইবেমশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো কোকা-মায়গা-থবাকা লুজরো।

ময়াম—লুরে-লুবে।

মাইবী—হো লাইযিংথৌ-লাইবেম্বী মনাইশা নংগল লুজরো।

ময়াম—লুবে-লুরে।

মাইবী—হো লাইযিংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা, য়েৎকী শেগা পাম্বোম
ওইগী শেগা পাম্বোম চামথোকও।

ময়াম—চামথোকএ-চামথোকএ।

মতাং অসিদা লেংজুম মপাদা ঈশিং চাইখৎপগী মওংগুম থুবা
অনি শম্বনা জগোই শাগনি।

অনোই—ভাউরোইনাইগা নোইতমউ, মথম্বেলননা নোইতমউফি
মরুম্বীনা ছৈনোকনৈয়ে।

+ O

পেনা—রের রি র। রি রৈ রে রে।

মাইবী—ল'ইয়িংথৌ-লাইবেম্মা মদাইরেমশা! ঈরু শমদেংবা লোইরে
ফদি তম্বসে।

ময়াম—তম্বে-তম্বে।

অনোই—মরুম্বীনা নোইঙৈদি মপান্নীনা ঙৈনোকনৈয়ে।

+ O

পেনা—রেন্ন রি র। রি রৈ রে রে।

মাইবী—লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা, অঙাং মচুম নপথোকসে।

ময়াম—নপথোকএ-নপথোকএ।

অনোই—ঈপল পলেম ঈমাও, চানোইবদি নিঙথিয়ে, সরেল য়ানা চাউইদা।

মতাং অসিদা তৈথোকপগী মতৌগুম ওইনা য়েংকীদা, য়েংনা ঙইগী নাম-নামনা লেংবান্দা হাই-হাইনা তৈথোকনি।

মাইবী—হো অঙাং তম্পাক্তা থম্মো, মপুদগী নিংথা ফি নিরসে।

ময়াম—নিরে-নিরে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বী মনাইশা, ফিরোল ৭ থুম্লগা নরা অঙাং কোনশিল্লো অতুগা থম্মো।

ময়াম—কোনশিল্লে, থম্মে।

অনোই—হৈ ঙৈ নোইনৈয়ে, শাবী চীংদা নোইবদি।

+ O

পেনা—রেন্ন রি র। রি রৈ রে রে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা. খুৎ য়েৎনা থাং পায়রো, ওইনা কোরি চক্ষু পায়রো, ফক্ত-হৌদি ফুম্মসি।

ময়াম—হো পায়রে, পুরে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা মনাইশা, কোরি চক্ষু থম্মো কোম তৌরসি।

ময়াম—তৌরে-তৌরে।

মাইবী—হো কোরি চক্ষু কোমদা হাপচিল্লো লৈপাক খোৎচিল্লো, অহম্মক নমশিল্লু।

ময়াম—হাপচিল্লে, হুমজিল্লে।

অনোই—ঙৈনোং চীংদা নোইবদি, নাইচুনেসে। নোইচুনেসে লাই-
য়িংথৌও।

*মাইবী—লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বী মদাইরেমশা!*

ময়াম—হাউ।

মাইবী—নল্লা অঙাং লোৎখংলো, তম্বা নিপামচানি য়েৎলোমদা খোম্মা
চীন্দম্মো।

ময়াম—হো ইল্লে-ইল্লে।

মাইবী—হো ওইল্লোমদা অমুক শিল্লো।

ময়াম—হো শিল্লে-শিল্লে।

অনোই—হেয়িয়িঙৈদা নোইবদি মৈনা রাইনা নোইয়ে। তাংনা শম্ম
নোইয়ে।

+ O

পেনা—রের রি র। রি রৈ রে রে।

মতাং অসিদা অঙাং পম্বগী মওংদা থবাক মপাদা থুৎ থমগনি
থুৎ য়েৎ-ওই শিন্দোক-শিনজিন তৌগনি।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্বী মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো নল্লা অঙাং অসি চাউনবা শাংনবা অমুক্তা চোংসে।

ময়াম—চোংওসে-চোংওসে।

মতাং অসিদা পেনা মল্লোল মথকী অসিগা চপ মান্নে, থুৎলৈদি
থুজিল্লকনি। খোঙজোংস্ন অকনবনি। খোঙ য়েৎতগী হৌরগা চোংবা
হৌগনি।

ৃইবী ঃ—

হো সলাইলেনগী মপারি
হুমিংঙা কারিঙৈদা কাহৌরো
থানা ঝাংঙিঙৈদা ঝাংঙসে
ঈপা-মচুম তারো
ঈপুনা মচুম তারসে
তিং-তিং চাউরো
চাউরো-শাংঙো
হো-য়া-হো-য়া
হো-য়য়া-য়য়া-য়া
হো-য়য়য়া-হো-য়া !

(য়ায়া অরাই-অথুম তরুক্লকী । )

হো সলাইলেনগী মমোমলোই
থবীনা চাউবগুম চাউবো
থানা ঝাংবগুম ঝাংঙো
ঈপা মচুম তারো
ঈপুনা মচুম তারসে
চাউরো-শাংঙো
তিং-তিং চাউরো
হো-য়া-হো-য়া
হো-য়য়া-য়য়া-য়া
হো-য়য়য়া-হো-য়া !

( অসিস্থ অরাই অথুম তরুক্লি । )

মতাং অসিদা অঙাং চোংবগী মওংগুম খুং অনিগী খুংশা উপ্পা উপ্পা শম্মরগা হঙ্গং-হন্দা মথাদগী মথক্তা মাংলোনদা লেংবান মপান্দা কোন-শিনবা খুংশা ফং-ফং কাপথোকনি।

মাইবী- হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা !

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হৌজিক্তি নরা অঙাং অসি লাইগী মচানিনা নোংমা নোংমগী হম-হম-হম চাউখৎলকপনা লেপ্পা কোয়না চেনবা উমলক্লে।
(খুৎ তম্মগা) অস্নুক রাংঙে।

ময়াম—রাংঙে-রাংঙে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ লাইবেম্মী মদাইরেমশা !

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হৌজিক্তি নোংমা-নোংমগী চাউশিল্লকপনা য়াংগেন মথোং কাখৎলক্লে, চাউবা লেপ্পুং মপুং ফারে।
(খুৎ তম্মগা) স্নুক রাংঙে।

ময়াম—হো রাংঙে-চাউবে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা মদাইরেমশা হৌজিক্তি লাইগী মচানিনা পাখং য়াংগেন মথোক কারকএ, চুমপ্রৈ নাহুন তম্মকএ, অকে-অমৌ পাম্মকএ, উতি শমখোং শেং চীংহি শম্বাল লাংনিংলক্লে। চবৈ অহম্বনা পাউওকননিংঙে হায়রে।

ময়াম—হায়বে হায়রে।

মাইবী—হো উংতী শমখোং শেংঙসি, চীংহি শম্বাল লাংঙসি, ঈরু শাদেংঙসি।

ময়াম—হো ঈরু শাদেংবা লোইবে।

মাইবী—হো চবৈ অহনবা হোংঙসে।

ময়াম—হো হোংঙে-হোংঙে।

মাইবী—হো সয়ার মীরেল লৌখংলো

ময়াম—লৌখৎলে-লৌখংলে।

মাইবী—হো খুৎ য়েংনা খুগা মানবী রা শমচেৎ পায়ছ্না শকয়েং মীংশেল মাংদা থারগা শম্লাং তোইহাৎনরো।

ময়াম—হো হাংলে-হাংলে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা হৈ শুম্মগা তৈবো।

ময়াম—তৈরে-তৈরে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো হৌজিক্তি কেবা-মৌবা লোইরে, ফজবগী ওমথৈ লৈতরে, য়েংবদা পেনবা নাইদেদা, ফৈরা তানা চাউরে, শাম্বা পাজল অকনবসিবু ফৈরা তানা চোংগে হায়রে।

ময়াম—হো চোংগে হায়রে-হায়রে।

মাইবী—হো-য়া-হো-য়া!

ময়াম—হো-য়া-হো-য়া!

মাইবী—হো-য়য়া-য়য়া-য়া!

ময়াম—হো-য়য়া-য়য়া-য়া!

মাইবী—হো-য়ৈয়া-হো-য়া!

ময়াম—হো-য়ৈয়া-হো-য়া!

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ খুবাক-লাইরেম্মা জগোই, য়া-য়া-হো-য়া!

ময়াম—হো লাইয়িংথৌ খুবাক-লাইরেম্মা জগোই, য়া-য়া হো-য়া!

অম্মুন্না য়য়া লাউহুনা খোঙ অনিমক ফৈনা-ফৈনা খোঙফম নিরক চোংগনি। খোঙজোং অকনবীনি, অতুদগী জগোই লৌরগা ম শাবগী জগোই হৌরগনি।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা।

ময়াম—হাউ।

মাইবী—চাউরদনা শাংওদনা, কের-মৌরহুনা অপাম হুংশিবা মশক খঙজিনকএ, লৌরি য়ুম্ফম থিরকএ, মপুদগী (গুরুদগী) পরিং নিরো।

ময়াম—নিরে-নিরে।

মাইবী—হৌজিক্তি য়ুম শানবা অকবা য়ুম্ফম য়েংলসি, পরিং লাংশ হুল্লসি।

ময়াম—হুল্লসি-হুল্লসি।

[খুং য়েং-ওইগী খুদোললা হাইদোক্লগা কারন-কারন খ্বাংগী মপাদ ইনগনি। মসিনা পরিং থাবনি।] [অত্থদগী খুং য়ৎনা থেঙ্গু পায়ব অমম্গুং ওইনা চুক পায়বগী মওং তৌগনি।]

মাইবী—হো থেঙ্গু পায়রো চুক থারসি।

ময়াম—হো থারে-থারে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা পরিং থাবা লোই রবনিনা পরিং কোনশিল্লো, কিসি থারো, মপুদা (গুরুদা হংগৎলসি।

ময়াম—হো কোনশিল্লে হংগৎলে।

মাইবী—হো হৌজিক্তি পুংফম থেফম অফবসিদা য়ুম্ফম থোল্লসি য়োৎপাক পায়রসি, লৈপাক তৌরসি।

ময়াম—পায়রে-পায়রে-তৌরে।

অম্মুম্না লৈতৌ জগোই শাগনি। খুৎ-য়েৎনা মাঙদা ওইনা তুংদ য়োৎ পায়বগী মওংনি। অম্মুম্না খোঙথাং খুদিংগী মাঙলোমদা থাংগৎপ থাদবনি। মথংদা লৈপেক জগোই লোয়নগনি। য়েৎ থংবা নাকল্দ ওইরোমদা লৈবাক লোরগা ওইরোমদা হুনগনি, অম্মুম্না য়ুম্ফম থোনবগ জগোই শাগনি।

য়ুমশারোলগী পেনা মরোলদি মথক্তীগা চপ মান্নে। রের ব্রি র ব্রি র রৈ রৈ।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা।

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো-মারুজ লৈমায় তেম্মো।

ময়াম—তেম্মে-তেম্মে।

মাইবী—হো লাইজ ঈশিং চাইরো।

ময়াম—চাইরে-চাইরে।

মাইবী—হো লৈয়ৈ পায়রো, লৈয়ৈ থারসে।

ময়াম—থারে-থারে।

পেনা—রের রি র। রি র রৈ রৈ।

অস্নুম্না লৈতেম জগোই শাগনি খুৎ য়েংনা মাং থারগা ওইনা মনুং থংলগা লৈয়ৈ থাবগী মওংদা থাংগৎলগা মাংলোমনা থাদগনি। অস্নুম্না লৈতেমলোন শাথেক্কী জগোই শাগনি।

মাইবী—হো লইয়িংথৌ-লাইরেম্বী মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—উহৌ-উরেল পুশিল্লো!

ময়াম—পুশিল্লে পুশিল্লে।

মাইবী—হো ভেংগা হকও।

ময়াম হকএ-হকএ।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা। উহৌ উবেপ য়ুংনবা উথুল তাল্লসি।

ময়াম—তাল্লে-তাল্লে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা, পুংজা খেন্দোং অফবা মতমসিদা উহৌ-উরেপ য়ুংঙসি।

ময়াম—য়ুংঙে-য়ুংঙে।

[খুৎশা অতৈ কোনশিল্লগা খুবী অমস্নুং খুদোম্বীনা শোক্লগা খুৎ য়েৎনা মথক থংনা হংগৎ-হন্দা অহুম্নক মাঙলোমদা থাগনি, খুদোনবী থিনগৎলগা খুৎশা অতৈনা কোনশিনগনি।]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বী মদাইরেমশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—■■ উহৌ উরেপকী মাপা হাপ্পসে।

ময়াম—হাপ্পে-হাপ্পে।

[ওইগী খুৎনা মরি কোনশিল্লগা খুদোনবী তিংখৎতুনা মথকলোমদা ওনখৎকনি ।]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইবেম্মা মদাইরেমশা !

ময়াম—হাউ ।

মাইবী—হো হৌজিক্তি খাঙেল হাপ্পসে ।

ময়াম—হাপ্লে ।

[মাই মাপাদা খুৎশা অতৈ কোনশিল্লগা খুদোনবী অনি মত্তোল থেংনহনগনি ।]

মাইবী—লাইয়িংথৌ-লাইবেম্বী মদাইবেমশা !

ময়াম—হাউ ।

মাইবী—যুম্বীবেল যুংঙসে ।

ময়াম—যুংঙে যুংঙে ।

মাইবী—শুকতু-খাঙেন থাংগৎলে লোইখোম চিংখৎলসি ।

ময়াম—চিংখৎলে-চিংখৎলে ।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইবেমশা, লোই পল্লেং যুংঙসি লোইরি লোইশাং চিংখৎলো ।

ময়াম—চিংখৎলে চিংখৎলে ।

[খুৎ য়েৎ-ওই ঙনিমক খুৎশা পুম্নমক তিংথোক্লগা চুমত্রিং হাইগৎলগ খ্বাং মপাদা থম্মগনি ।]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা, শুকতু খাঙে পাল্লেদো, সনা যুম্বী হাপ্লো, য়াং থাংগৎলসি ।

ময়াম—থাংগৎলে থাংগৎলে ।

[থবাক মপাদা ওইগী খুৎনা খুৎশা পুম্নমক তাশিল্লগা ফৈনা থম্মগনি য়েৎকী খুৎকী খুনিংনা ওইগী খুৎকী খুবোম তংখায়দা শৌনা থমগনি অতুগা য়েৎকী খুৎশা অতৈনা কোনশিল্লগা খুবি অমম্মুং খুদোম্বীন

নোংথকলোমদা ওনখৎনা হায়বদি তেংগা শানা লৈগনি। মসিবু সনা য়ুগী জগোই কৌই। অতুদগী য়েৎকী খুৎশা লোইনা চেপ্পা পাম্বোমগী মাপাদা চুমজ্রিং তিংথোক্কনি ওইনা জগোই লৌগনি।]

মাইবী—হো ফক্লাং খারসে। পৈয়া পরৈ লৈরো।

ময়াম—খারে—খারে। লৈরে-লৈরে।

[খুবাক অনি শমদি শম্নহন্দনা ওনশিন্নরগা চপ তিংগনি।]

মাইবী—লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা, হুমদাং য়াল্লসে।

ময়াম—য়াল্লসে, য়াল্লে-য়াল্লে।

[মায় মাপাদা মাঙলোমদা খুৎ অনিমক তিংথোক্লগা খুৎশা অমগা অনগা কারন তানা থমগনি।]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা, হৌজিক্তি হুম্নদাং
[য়াল্লবনিনা উরা থান্নগা পৈয়া পরৈ লৈরো।]

ময়াম—লৈরে-লৈরে।

[খদাং মাপাদা খুৎ অনিমক উপ্পগা খুদোন খুদোন থেংনহনগনি। খবাক মাপাদা খুৎ অনিমক্কী খুদোন ওনথোক্কনি খুবী অনি নক্নগনি, খুবী অনিনা রাংখৎলগা খুৎচেপ-খুৎচেপ লোমদা নেম্নথগনি।]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা, য়ুম্ন কুপ্পবা ই হুনগৎলসে।

ময়াম—হুনগৎলে-হুনগৎলে।

[য়েৎকী খোঙনা মাঙদা থাবদা য়েৎকী খুৎনা লুকথরগা ইতোন পায়গনি, ওইগী খোঙ থাংগৎলকপদা ইতোন চিংখৎকনি, ওইগী খোঙ হেক থাবদা নোনথরগা ওইগী খুৎনা ইকোক পায়রগা চিংখৎকনি, যেৎকী খোঙ থাবদা য়েৎকী খুৎনা পায়রিবা ইতোনগী খুৎনা নেম্নথগনি, ওইনা রাংখৎলগা হুনবগী মঙৎ তৌগনি।]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা।

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো শাই চেল্লো, য়ুম কুপ্লসে, পৈয়া পরৈ লৈল্লো।

ময়াম—চেল্লে-চেল্লে, কুপ্লে, লৈরে।

[ওইগী খুৎনা খুবী থেল্লগা খুৎশা মরি লোংনা ভিংথোকনি। ভিং থোক্লিবা অচুগী মথক্তা য়েৎকী খুৎনা উপ্না ওইগী খুদোংবী মথক্তা য়েৎকী খুদোন হেল্লপ য়ুমগী সাইগী মওং শানা হেনথহনগনি।]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা। হৌজিক্তি য়ুম সাইচিং ককঅসে। চুপ-চুপ-চুপ।

ময়াম—ককএ-ককএ, চুপ-চুপ-চুপ।

[ওইগী খুৎনা খুৎতুম ভাশিল্লা ই-কোক পায়বগী মওং তৌগনি, য়েৎকী খুৎনা থাঙ্গোল পায়বগী মওং তৌগনি লোয়ননা য়েৎকী খুৎনা ওইরোনদা য়েৎলোমদা হাইগনি অমসুং ওইগী খুৎনা অককপা হুনদোকনি।]

মাইবী—লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—যোং লৌবগা লৈবাক তৌবসে।

ময়াম—তৌরে-তৌরে।

মাইবী—লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—লাইজ ঈশিং হৈবসে।

ময়াম—হৈরে-হৈরে।

মাইবী—কুপয়ান য়াল্লগা লৈবাক থিংলসে।

ময়াম—থিংলে-থিংলে।

মাইবী—লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম - হাউ।

মাইবী—লৈবাক পেকথংলো, ফল্লাং রাই তৈরসি।

ময়াম—তৈরে-তৈরে, সরা-সরা-সরা।

মাইবী—লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা !

ময়াম—হাউ।

মাইবী—মমাংথোঙ-মনীংথোঙ পাল্লসে।

ময়াম—পাল্লে-পল্লে।

মাইবী—হো মীছুংথোঙ অনি হাপ্লসে।

ময়াম—হাপ্লে-হাপ্লে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা !

ময়াম—হাউ।

মাইবী—ঙান্নবোন-খুন্নবোন শাজল্লো।

ময়াম—শারে-শারে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা !

ময়াম—হাউ।

মাইবী—মুমগী ফত্ত-হৌদি কোক্লবা, ওঁ নমু-লাইমু তাম্নবা থাম্বী মৈবা চিংওসে, মৈ হৌরসে।

ময়াম—চিংঙে-চিংঙে। হৌরে-হৌরে।

মাইবী—লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা !

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হৌজিক্তি যুম শাবা লোইরে, নবুথৌ-নবেনথৌদা কংননবা চীরোং পাল্লো।

ময়াম—পাল্লে-পাল্লে। হাপ্লে-হাপ্লে।

[খোঙজোং অকনবীদা অম্মক লৈরগা হরাওদ্রিবা লাইরোমদা চঙশিল্লকুনা মপুদা যুম শাবা লোইরে হায়না কৎকনি।]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা !

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হৌজিক্তি ইবুংঙো-ইবেম্মদা য়ুম অমা শারদনা কংলুরে, খুঙ্গাউ-লৈচাউনবা, খুনহোং-লৈহোংনবা, চাহোং-ঙাহোংনবা, পুন্সি-মুংশাংনবা, অপাম-মুংশি থুংননবা কেনা জগোই শারসে।

ময়াম—শারসে।

[শাগদৌরিবা জগোই অসি পাম্বোইবী জগোইনি। পাম্বোইবী খোঙ্গুললোন কৌই। মসিদা খোংগদবা পেনা খুৎলোম্না পাম্বোইবী খোঙ্গুললোন নত্রগা কালেন চৈজ্ঞীং কৌই।

জগোই খুৎথেক অমম্নুং খোঙথাংগী মওংনা লৈসি জগোইগী মওংগুম হকচাংগী য়েৎলোমদা খরা শাংলপ ওইনা খরা হন্থরপ থমগনি। য়েৎ-লোমদা ফৈ নমথরগা ওইগী খোঙনা মাং ওইরপ ফুক্তুনা থাবদা হান্নগী জগোই থাগনি অত্থদগী ওইরোমদা হকচাংগী ইপোম ইনলকপদা খুৎশা পুন্নমক হকচাংলোমদা উপশিন্না লৈরক্লগা মাঙলোমদা য়েৎওইননা খুৎ থেক্তোক্তুনা থমগনি, মসিগী মতুংদা য়েংকী খোঙনা ওইগী খুনীং মাপাদা খোঙদোন কাংনা কারন থাগনি, অস্নুম্না ওইনা অমুক তৌত্থনা শাগনি।]

## পেনা—কালেন চৈজ্ঞীংগী খুৎলোন:—

\+ O
বিরে রি রৈ বে। রিবে রি রৈ রৈরৈরে।
রৈ রৈ রিবৈ রিরৈ। রিরে বিরে রিরৈ রিরৈরে।
রি রেরি রেরৈ রে। রেরৈ রিরৈ রে রে।
রৈরৈ রেরে রে রে। রে রে রিবৈ রে রিরৈরে।

মসিনা ঈশৈগী শাগোম্নবা পেনা মরোলনি। অরাংবা-অনেম্বা, অকা-অকুম, ঈশৈ-ঈশৈত্থগী খোংগনিয়ে। ঈশৈ অসিদি য়াম্না ঈংনা তপ্না কেনা শরুদবা শৈশকনি।

ঈশৈগী মওং অমম্নুং পেনা ইনবগী মওং মখাগী অসিনি।

## ঈশৈ

ঈশৈ—আ.........হা।

হুমিদাংৱাইগীনা মতমদা আঃ।

পেনা—ৱিরে রি রৈ রে।

ঈশৈ—হুমিৎনা চীংয়ানা থাংলকলে।

পেনা—ৱিরে রি রৈ রে।

ঈশৈ—চীংগী মৈনাবু তময়া থেল।

পেনা—ৱিরে রি রৈ রে।

ঈশৈ—তমগী মৈনবু খোংয়েনেম।

পেনা—ৱিরে রি রৈ রে।

ঈশৈ—চীংগীনা পামেলনা নীংথিবী।

পেনা—ৱিরে রি রৈ রে।

ঈশৈ—তমগীনা পামেলনা নাপুংবী।

পেনা—ৱিরে রি রৈ রে।

ঈশৈ—শাবিনা মাঙনা পাম্মুবা আঃ।

পেনা—ৱিরে রি রৈ রে।

ঈশৈ—থংলেনগী চেংলৌনা উবরা।

পেনা—ৱিরে রি রৈ রে।

ঈশৈ—মাঙ্গা কাইদোং......

মাঙ্গা কাইদোংফমবু তাকপিয়ুদা।

পেনা—রৈ রৈ ৱিরৈ ৱিরৈ। ৱিরে ৱিরে ৱিরৈ ৱিরৈরে।

## থাংজিংবা :—

ঈশৈ—আ.........হা

কেগেনিদবু কসারেল।

পেনা—ৱিরে রি রৈ রে।

ঈশৈ—মোইরাংগী লংপুমনা অরিবা।

পেনা—রিরে রি রৈ রে।

ঈশৈ—মোইরাংগী থাংজিংনা কোইরেললাই।

পেনা—রিরে রি রৈ রে।

ঈশৈ—লোক্তাক ইশা ৯ ফাংবনা।

পেনা—রিরে রি রৈ বে।

ঈশৈ—চেংলৌ শকয়েংনবা লাইনিংথৌ।

পেনা—রিবে রি রৈ রে।

ঈশৈ—ইশাবীনা মাঙ্গনা পাম্মুবা আঃ।

পেনা—রিবে রি রৈ রে।

ঈশৈ—নোংপোকনা মালংনা হুমমোইবা।

পেনা—বিরে রি বৈ বে।

ঈশৈ—কাউরেননা শনবোই থিববু।

পেনা—বিরে বিরৈ বে।

ঈশৈ—কেগেনা মাইকৈ,

কেগেনা মাইকৈনিবু পাংলকপবা।

পেনা—রৈ রৈ বিবৈ রিরৈ। বিরে রিবে বিবৈ বিবৈবে।

**রাংত্রেনদা :—**

[মথাদা লাকপদি ঈশৈগা পেনাগা কোন্নবা চংকনি, পেনা মবো মথক্তীগা চপ-মান্নে]

ঈরৈ—আ ....... হা।

খা-নবু চাউবনা রাংবুরেল।

পেনা—বিবে রি রৈ বে।

ঈশৈ—লমলেননবু গুগুমু ঈদাইতা আঃ।

পেনা—

ঈশৈ—খমনুং সরানা য়াংদৌরম।

পেনা—

ঈশৈ—থোংনাংনা মোংবিনা চীংনুংহুৎ।

পেনা—

ঈশৈ—লেমলৈ ঙাথোঙনা লোল্লিবা।

পেনা—

ঈশৈ—ঙাচিকনা কোনগুমনা কোন থাবা।

পেনা—

ঈশৈ—ঙারেননা কোনবু কোললিবা।

পেনা—

ঈশৈ—পামু লমদম,

পামু লমদমনবু তাকপীযুদা।

পেনা—বৈ বৈ বিবৈ বিবৈ। বিবে বিরে রিরৈ বিবৈরে।

## নোংপোক্না :—

ঈশৈ—আ...... হা।

নোংনা হৌবনা মাইকৈদা আঃ।

পেনা—

ঈশৈ—হাউরৈনা নোংপোক্না পাংবা মাইকৈদা।

পেনা—

ঈশৈ—নোংপোকনবু মালংনবু হুমমোইবা।

পেনা

ঈশৈ—উত্তংনা নাকচিনা লোনববু।

পেনা—

ঈশৈ—য়াইরিনা খাংদোংনরকপা।

পেনা—

ঈশৈ—চরৈনা ময়েক নাইববু শেংচিয়ে।

পেনা—

ঈশৈ—খুবোম য়াইবুনা হাপচিল্লে।

পেনা—

ঈশৈ—খুজেংনবু হাইজাউনা শিজিল্লে।

পেনা—

ঈশৈ—পাঙ্গোমনা য়াইবুনা হাপচিল্লে।

পেনা—

ঈশৈ—চোম্লাং নিস্লাউনা য়ানশিল্লে।

পেনা—

ঈশৈ—পাখঙনা কোইয়েং তোলোক হাপচিল্লে।

পেনা—

ঈশৈ—কাংজৈনা কংহুনা লেংদ থোং।

পেনা—

ঈশৈ—লৈরাংনা নাচোম্না থেংচিল্লে।

পেনা—

ঈশৈ—হুমিদাংরাইগীনা মতমদা।

পেনা—

ঈশৈ—খোইয়ুমগী লাইবুংনা খুদিংদা।

পেনা—

ঈশৈ—ইবেম্মা পাম্থোইবীনা লৈবা মাইকৈদা।

পেনা—

ঈশৈ—শাবল-ন লমবু.

শাবম্নগা লমবুদি থোরক্লে।

পেনা—রৈ রৈ রিরৈ রিরৈ। বিরে রিরে রিরৈ রিরৈরে।

ঈশৈ শকপা লোইরবস্থ জগোই খুৎথেক্তি অহুম্মক কায়দনা শাগনি পেনাস্থ কায়দনা খোংগনি।

[ খুৎ খম্নুনা চীংখৈ পাংনা য়েংলগা মাইবীনা ]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেম্মা মনাইশা।

ময়াম—হাউ।

মাইবী—( খুং খন্না ) হো। নোংপোক চীংথে মাইকৈদা চরৈ চোম্না শেত্তুনা কাংছ লেংদা থোংহ্নুনা, কোইয়েৎ তোলোক নাইনা লাক্লিবা অসি নবুংঙো মানবরা য়েংউ?

ময়াম—হো মাল্লে-মাল্লে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হৌজিক্তি নবুংঙো লাকঅবনিনা, ইকাই খুম্নসি।

ময়াম—খুমলে-খুমলে।

[ মতাং অসিদা ফিজিনা চিনবাল খুমগনি। মসিদি নোংপোক চীংথে অপানবা পাম্হোইবীনা ইকাই খুম্নবা উৎপনি।]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—নবুংঙো লাকঅবনিনা কোইরৌ মৈশানা কনবনে রাংবন মৈশানা লাংবনে, তুখোঙ খুদিংমক্তা হুমাংগী লৈরিক্লা লাইজ ঈফুৎ থোকপগুম লাইজ ঈহৌনরকএ, তরং ঈহৌনরে হুমাই পায়রো মালং ঈচিক থেম্নসি।

ময়াম—থেম্মে-থেম্মে।

মাইবী-হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—নবুংঙোদা তাউজিং হৈরাং ফজবা লানসে।

ময়াম—লাল্লে-লাল্লে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা, অসিনম্লু জাপেনবা লৈভিয়ে, নবুংঙোগী কোইয়েৎ-তোলোক ফজবসিদা শীঙেল লৈরাং নাচোম ফজবা থেৎসে।

ময়াম—থেৎচিল্লে-থেৎচিল্লে।

মাইবী—হো সিনম্লু পেনবা নাইদে কা খুতপ, লানসে

ময়াম—লানসে। লাল্লে-লাল্লে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো পাইমা খোইজংবা তীল্লাং খোইদাবা গুইয়েকো!

ময়াম—হো খোইজংঙে-খোইদারে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—নবুংঙোগা লেংদোন-লেংপাক পায়না খজাই লেং-ওন্নরসি

ময়াম—হো লেং-ওন্নবে।

মাইবী—হো লাইযিংথৌ-লাইবেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—নবুংঙোগা নপা-নপা ফাঙ্গী-ফীনা পাযনদনা কেনা-মৌনরে মুংশি-মুংঙোল রাবী শান্নরো।

ময়াম হো মৌনবে-মৌনবে, শান্নরে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইবেম্বী মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হৌজিক্তি অপাম-মুংশি মশক খংঙবনিনা নপা-নপা খুদোন-খুদোন পায়নদ কেনা-মৌনদনা লৈথোক্লবো।

ময়াম—লৈথোক্লবে-লৈথোক্লরে।

মাইবী—লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো নপা-নপা খুজেং শাক্লা লাক্লা তোরৈ য়ায়া চেল্লসে—হো-য়য়া-হো-য়া!

ময়াম—হো য়য়া-য়য়া-য়া।

[ অমুম্না রাহৈ অসি খুম্নগা লোয়ননা মপা-মপা ওনশিন্নরিবা অনিনা, অমগী য়েংকী খুং, অমগীনা ওইগী খুং অমুম্না খুং অনিমক পায়নরগা হকচাং পুমলৈ লৈথোক্লগনি।

মতাং অসিদা পেনা মরোলদি হোংঙগনি। হেন্নী মপুম অকন্বীদা খোংগনি। হান্নরিবা মতাং অসি থায়নদি নিপা অমগা নুপী অমগা শান্নরম্মী। লাইবৌদা য়াওরিবা মী খুদিং শান্নরম্মী, হৌজিক্তি জগোই শান্নবদা য়াওরকত্রে। ]

মতাং অসিদগীদি পাউশারোন জগোই তারক্লে। জগোইগী মওংদি — য়েংকী খোঙনা অনিরক অমম্নুং ওইগী খোঙনম্নু অনিরক অমুম্না চোংনা চোংনা খুবাক অনিরক অমম্নুং অহুমলক খুগনি লোয়ননা "হো য়য়া য়য়া য়া লাউগনি। অরোইবগী রাহৈ "য়া"দা পুবাক খুরিবা খুং অনি লোংগনি। ঈশৈসু অরাই-অখুম শৈশক্তি, মাইবীনা অমুক হনবা ময়াম্না অমুক খুম্বনি।

মওংদি মাইবীনা ময়ায় চঙত্নুনা লাউগনি। নত্রগা লাইবৌ য়াওরিবা নিপা-নুপী অনিনা ওনশিন্নত্নুনা ঈশৈ হন্নগনি।

মতাং অসিদা খোংলিবা পেনা খুৎলোন অসি লাইরেম্মা পাউসা কৌই। অম্নুম্না খোংগনি।

রে রে রি রৈ। রি রে .. ।
রে... ... ... । ... ... ... ... ।
রে রে রি রে। রি রৈ ... .. ।
রে... ... ... । ... ... ... ... ।

## "পাউসা ঈশৈ"

১। সনম খোকসে মখোকসে।
সনম হনসে মহনসে।
পাখঙ সামৈ রাইনসে।

মুরা সামৈ চুনসে।
চুনরে—চুনরে।
হো য়য়া হো য়া ॥৩॥

২। হা পেম্মা নীংথিবী,
থিং-থিং লৌচ্চসে।
পায়না খুদাপ পীনসে,
মুরা তাউজিং হৈরানসে।
হো য়য়া হো য়া ॥৩॥

৩। হে নহাবা অপিশক—লৈকু মরুম খোইচোপ্পা।
লৈবাই মরুম খোইহাইবা—লৈতুম হুননা পাউসাবা,
ঈপল পুল্লাং কায়রেদো—শিংবিরোইবু হায়ববা।
শিংবিয়ু-শিংবিয়ু-মশিংবিযুদা।
হো য়য়া-হো য়া ॥৩॥

৪। হা
পেম্মা নংবু হুনদেদা—লৈপাক শঙদা লৈবিদো
মনম মুংশা য়াইবিদো—লৈতুম হুম্না পাউসায়ে।
নপলগী পুল্লাং কায়বদি—কুমশি মপাল শারগা।
নোংমৈ মহৈ য়াল্লগা—শিংবিগে-শিংবিগে মশিংবিগেদা
হো-য়য়া-হো-য়া ॥৩॥

৫। "হে নহাবা অপিশক"
য়ারৌদগী শঙাইনা—মচি কেক্রু থোনত্রিয়ে।
ললহাম-পুঙগী কাককৈনা—মনা হুমাই শাত্রিদো।
তোকমদগী ঙমুনা—থাইসু তোলোক চীন্ত্রিদো
কোংবদগী ঙখানা—পোলাং কানক লাকত্রিদো
হো য়য়া হো য়া ॥৩॥

৬। ওকশ্রুবী মৈকাম্মো—ঈচিল তুমই কামফদে।
থেংগু-ও অঙাংপো—ঈনম পোল্লি পোকদে।
আরে আরে লাইকাম্বা—শগোল তোংবা কাইরম্বা।
নঙবু তোংবা য়াংদেদা।
তময়া কোইবা খোঙশাংবা—হা কৈদা তাগবা।
ঈতৈমা ফুংগা শংবীদা—তাররে-তাররে।
হো য়য়া হো য়া ॥৩॥

৭। লৌরি চংপী ফিঙাং ইনবী
তাদগী মতু ঈতৈমা,
ইংখোলম্নু৹ শম্বলম্নু
নম্বুল রাইসেনম্নু—
রারক হৈজাং নমপোনবী
হৈজাং উনথাবী,
শাবিনা করি হৈনৌদা
শানৌ হৈরাংখোই।
হো য়য়া হো য়া ॥৩॥

৮। য়োইময়াইদা পোম্লগা
তাউদনবদা শাংনলৈ,
থবীরেংদা হেকলগা
শেনগোইরেন্দা চিম্লরৈ,
শাবী-শানৌ লোনচিললৈ—
পারি-ঈমোম শুকতালৈ,
পলেমগী পুন্সি ঈখোললৈ,
য়েংউ-য়েংউ শাংলিবা লৈসে
সাইগী মত্তেং পাংবলৈনি

শানৌ কুণ্ডমলে— ।
হো য়য়া হো য়া ॥৩॥

৯। লমফেল নরা কোম্বীরে
তাকয়েন্দা শাংপা কুন্দোরে,
লৈরাং চুনৈদা — ।
হো য়য়া হো য়া ॥৩॥

১০। ঙাপ্রুম্না উ কাবা
কাথোক্তনা কাববু
উতোল লোম্বীদা ।
হো য়য়া হো য়া ॥৩॥

১১। থরোইনা মী চীকপা
চীকথোক্তনা চীকপোইদা
মরু ফংণ্ডিদা ।
হো য়য়া হো য়া ॥৩॥

১২। উচি চি চি-চিরাবা
উচি লাবা থাংমৈতৎ,
থরুং মপাল খৌশাবা
শেন্দাই লাকই ব্রুং ।
হো য়য়া হো য়া ॥৩॥

১৩। পেন্মা লৈহাউম্নু—॥২॥
লৈহাউ য়োনগে চংখিবা
লৈহাউবুদি য়োক্লমত্রে—
মানা পাম্বা নিলাদা
খুদোন তৌরমমে ।
হো য়য়া হো য়া ॥৩॥

১৪। ঐখোয়না হায়বা নংত্তেদো
লাইনা হায়বনে— ।
হো য়য়া হো য়া ॥ ৩লক

১৫। ও থা থা থাজ থাবুংতোন
পাত্তবু থম্বাল শাংহৌবরা—
থম্বালদা খোইমু ইলহৌববা
ও থাজ থাবুংতোন— ।
হো য়য়া হো য়া ॥ ৩ লক

১৬। ঐখোয়না হায়বা নংত্তেদো
লাইনা হায়বনে ।
হো য়য়া হো য়া ॥ ৩লক

১৭। ও হামেং লাবা কোইজোমবা
মীগী ফমজাউ কাগনবা—
নকোইনবু থেংবদা
ইথং ইথং থংভিদা।
হো য়য়া হো য়া ॥ ৩লক

১৮। খোংনাং চম্প্রা—
য়ুবি খুদোপ
পাম্মুবা খুত্তা কা লানবা
মুংশিদবরা— ।
হো য়য়া হো য়া ॥ ৩ লক

২০। ঐখোয়না হায়বা নংত্তেদো
লাইনা হায়বনে— ।
হো য়য়া হো য়া ॥ ৩ লক

ইরোয় লোইবা ওইনা "ও তিংকোং কাংকোং" হায়না হনগনি অথুবস্তু "তিংকোং-কাংকোং" হায়না অহুম্মক খুমগনি। অস্তুম্না হনবা-খুম্বা অসি অহুম্মক অরাই-অথুম তৌগনি।

তিংকোং-কাংকোংগী জগোই মওংদি খুং অনিগী খুবী মাগী-মাগা খুৎম্নাইগী খুজিন মথক্তা থমলগা খুৎনিংথৌ অমদি খুংনাউবী তিংথোক্কনি। খুদোনবীস্তু তিংথোকপগা লোয়ননা হংগং-হন্দা ওইনা অমুক য়েৎনা অমুক খুদোনবী অনি কারন-কারন থম্বগা লোয়ননা কোৎশিন্নরা কোনশিনগনি।

মতাং অসি ফাওবদি পেনাস্তু পাউসারোন খোংগনি মথংদি "পাময়ান লোন" তারক্লে পেনা খুৎলোনস্তু হোংলে।

## "পামম্নানলোন"

পাময়ানলোনগী পেনা খুৎলোনদি হেপ্পী মপুমনি। অস্তুম্না খোংগনি।

রে রে রি রে। রি রৈ রে রৈ।

হায়রিবা মরোল অসি হন্না-হন্না খোংগনি।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো পাম হাইরসে-থাও পায়বো!

ময়াম—পায়রে-পায়রে।

মাইবী—হো হৌজিক্তি উপি-উবেল য়াল্লসে!

ময়াম—য়াল্লে-য়াল্লে।

মাইবী—হো পাম চথাইরসে!

ময়াম—চথাইরে-চথাইরে।

[জগোইগী মওংদি য়েংকী খোঙগা য়েৎকী খুৎকা চপ-মান্ননা থাংগৎমীন্নগনি, খোঙ হেক থাবদা য়েৎলোমদা হকচাংস্তু নোনথরগা

খুং য়েৎসু থাঙ লৌবগী মওং তৌগনি, হৌগৎলকপগা লোয়ননা খোঙ চই অমুক থাংগৎকনি খুং ওইস্নু লোয়নগনি, খোঙ হেক থাবদা খুং ওইনা উ পায়বগী মওংগুম পায়শিনগনি, খোঙ য়েৎনা অমুক হেক থাঙৎলকপদা খুং য়েৎতা পায়খ্রিবা থাঙ অচুনা ওইগী খুংকী মথাদা য়ানবগী মওংদা থাদগনি। অস্নুম্না য়ানবগী মওং অসি অচুম্বক চংথগনি. চচুদগী ওইরোমদগী খুং অনিমক মাংদা উপ্না তিংথোক্লগা য়েৎলোমদা চাইরক্লুনা পাম চাইখায়বগী মওং তৌগনি মসিস্নু অচুম্বক চংথগনি চচুদগী মরিরক্তা য়েৎকী খোঙ থাঙ্গৎপগা লোয়ননা জগোই অমা লৌরগা থাগনি।]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা!

ময়াম হাউ।

মাইবী—হো হৌজিক্তি পাম কংঙবনিনা, পাম মৈ থানবা মৈবা চীংঙসে!

ময়াম—চিংঙসে-চিংঙসে।

মাইবী—হো মৈ হৌরে-হৌরে, পামমৈ চুরসে।

ময়াম—চুরে-চুরে।

[ জগোইগী মওংদি মাংলোমদা হকচাং লুকথগনি ওইগী খোঙনা য়েংলোমদা খুদোন কাংনা খোঙনিং লৈশিনগনি, হেক লৈশিনবদা য়েৎকী খুংনস্নু মাংদা নমথগনি, য়েৎকী খোঙনস্নু ওইনা তৌখিবগুম তৌবদা ওইগী খুং নমথগনি ওইনা অমুক হল্লকপদা খুং য়েৎনা খুংশা অতৈ তাশিল্লগা খুদোনবী তিংথোক্লগা মথকলোমদা থিনগৎলকনি অচুদগী মাঙদা খোঙথাং অমা চৎলগা মৈ চুবগী মওং খুদোনবীনা তৌগনি।]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা।

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো মৈথাক মৈহুম খোমদোক্লসে।

ময়াম—খোমদোকলে, খুনদোকএ।

[ জগোই লৌহুনা শাবগা লোয়ননা হান্নগী খোঙথাংদা কায়দন থুবাক কোনশিন্না হকচাং নমলপ্না পুরক্লগা ওইগী নাবন্দা কোনশিন্নিব খুৎশা অহু থাদোকনি। ]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা !

ময়াম—হাউ।

মাইবী—লৈরাং মরু ফিগাউদা হাপ্লো, যোং পাংরো, পাম-য়াপ্লসি

ময়াম—হাপ্লে-হাপ্লে, পায়রে, যাপ্লসি।

[ জগোই লৌহুনা শাবগা লোযননা হান্নগী খোঙথাংদি কায়দন খোঙলৈ থুঞ্জিন্না যেৎ থংবা খুৎনা মাং থাবগা ওইনা তুং ইন্দুনা মা-লোমদা থাংগৎ-থাংথা অহুমক ভৌগনি। পেনা খুৎলোন হোংলেংই খুৎলৈদি থুঞ্জিন্না খোংগনি। ]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইবেম্মা মনাইশা !

মযাম—হাউ।

মাইবী—হো লৈ মক হুল্লো ।

মযাম—হো হুল্লে-হুল্লে।

[ জগোই লৌহুনা শাবগা লোযননা হান্নগী খোঙথাং কাযদন খিংতং তপথবপ শাগনি। খুং ওইনা মাংগী থ্বাং মপাদা ফীক্তিং পাযহুনা ফিগাউ শাহনগনি লোংননা খুং যেংনা ফিগাউদগী মক লৌবগুম খুৎশা পুন্নমব লোনশিন্দুনা যেৎলোমদা পুথোকলক্লগা মাঙদা ফৈরপ অমুক খুৎ উপনা থুবী থুদোনবী ভিংথোক্লগা অনিবক হাইবগা অহুমক ওবদা খুংশা পুন্নমক পুমথা থাদোকনি। পেনাসু মবোল হোংলোই, জগোইগী মতুং ইন্না খোংবতনি।

মাইবী—হো লাইযিংথৌ-লাইবেম্মা মনাইশা !

মযাম—হাউ।

মাইবী—হো যোং পায়রো, লৈরাং মক ওমশিল্লো !

ময়াম—পায়রে-পাযরে, ওমশিল্লে।

[ জগোই লৌগনি, হাল্লগী খোঙথাং কায়হল্লোই, খুং য়েংনা মাং থারগা ওইনা তুং ইনগনি, খুতুম পায়শিল্লগা মাংলোমদা তপ্পপ-তপ্পপ থাদগনি, অহুমক তৌগনি। ]

মাইবী—মরু ওম্বা লোইরে, লৈরাং খুম্ন ছল্লে, মরু পোকখায়বে, মতোল চোংলে।

[ খুং য়েং মাং থাগনি খুংশা পুন্নমক কোনশিল্লগা খুদোনবী থিনগংকনি। খুং ওইনা থাদতুনা লৈগনি, খোঙথাং অহুমক তৌগনি। ]

মাইবী—হো লৈরাং হৌরে।

ময়াম—হৌরে-হৌরে।

[ খোঙথাং কায়দনা খুং অনিমক থবাক মাপাদা মাংলোদা খুবীনা মখা ওনথরগা উপ্পা খুংশা তিংনা থমলগা লৈখংতুনা খুবী খুদোনবী অনি তিংনা থাংগংকনি। ]

মাইবী—হো লৈরাং লৈনা অনি শুবে।

ময়াম—শুরে-শুরে।

[ খুদোনবীগা খুংয়ায়গা তিংথোক্লগা খুংশা অতৈনা কোনশিল্লগা মথক্তা হায়গংকনি, থবাক মাপাদা হকচাংদগী খুতুপ অমুক লাপ্পা নাকন-নাকন্দগী খুং অনি খুবাক ওনশিল্লগনি ।

মাইবী—[ খুং তম্মগা ] হো লৈরাং শুক রাংঙে, লৈখোং পেংঙো, সোমমো !

ময়াম—পেংঙে-পেংঙে, সোমমে।

[ অহানবদা খুং য়েং-ওই য়েংনা মাং থারগা য়োং পায়বগী মওং তৌগনি, ওইগী খুং থাদোক্লগা য়েংবী খুংনা থাক্তলগা থাদগনি খুং ওইনা মাংলোমদা তিংথোক্লগা খোংতোকপগী মওং তৌগদবনি, অদুম্না অহুমক তৌরবগী মতুংদা য়েংতা য়োং থল্লগা য়েং-ওই অনি লৈখোংদগী হাপ্ল তাশিনবগী মওংদা হামন নৈরগা হল্লোকপগী মওং উৎকনি। ]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বী মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো হৌজিক্তি লৈরাং চাউবা লেপতম ফারে, শুক রাংঙে।
লৈরাং পোম্মে।

ময়াম—পোম্মে-পোম্মে।

[ খুৎ য়েংনা থাঙংতুনা রাংবগী মওং পীরম্লগা হেক থাদবগা ওইনা খুৎশা মডামক পুম্নুম শম্মনা পোম্বগী মওং পীগনি। ]

মাইবী—হো শীংডেল লৈবাং শাংলে, হেক্লসে!

ময়াম—হো হেক্লসি-হেক্লসি।

[ মমাঙগী খোঙফম কায়দনা খুৎ য়েৎ থাঙৎলগা খুৎশা মডা ফন্দোক্তুনা শাৎপগী মওং পীগনি। ]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা, হৌজিক্তি শিম্নৌ লশিং
কৌবা লৈরাংদো শাৎলবনিনা হেক্লসি। হো খাউ
শাবো।

ময়াম -হো হেকএ-হেকএ, শাবে-শারে।

[ হাম্নগী খোঙফম কায়দনা খুৎ ওইনা শেগা ফন্দোক্তুনা ফীবান পায়বগী মওংদা লৈরগা, খোঙ য়েংনা মাংদা হেক থাবদা ওইগী খোঙনা থাঙংলকপদা খুং য়েংনা মাংদা লামচুনা লৈ হেকপগী মওং তৌগনি। খোঙ ওই থারুবগা য়েৎ হেক থাঙংলকপদা লৈ ফিগাউদা হুনজিনবগী মওং পীগনি।]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হৌজিক্তি লশিং হেকপা লোইববনিনা পোলাং শারো,
পোলাংদা লশিং হাপচিল্লসি।

ময়াম—হো শারে শারে, হাপচিল্লে।

মাইবী হো পোমাই তূশিল্লো!

ময়াম—তূশিল্লে-তূশিল্লে।

[ মাংদা হকচাং নোনথগনি খুৎ অনি খুৎশা ফন্দোকনি। খোঙ য়েংনা হেক থাবা ওইগী খোঙনা থাঙ্গৎপা ফন্দোকপা খুৎ অনিসু মাংদা লৈথংপগী মওং তৌগনি, থাঙ্গৎলিবা ওই হেক তাবদা খুৎ থবাক মাপা পীগনি, খোঙ য়েংনা অমুক হেক থাবদা মাংদা খুৎ অনিনা লশিং চপচিনবগী মওং পীগনি। অতুদগী খুৎ অনিমক মাংদা কোক্তগী য়াংনা শঙ্গংলগা থবাক অনি মখাদা ওনশিন্না উপথগনি অসুম্না পোমাই চবগী মওং লৌগনি।]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো পৈযা পরৈ থোকও, পোন কাইথোকও, লশিং
লৌথোকও, ফৌদোকও, মনথোকও!

ময়াম—হো মনলে-মনলে, ফৌদোকএ।

[ ওইগী খোঙ থাবদা হকচাংসু ওইবোমদা নোনথনা খুৎ ওইনা পান নম্বগী মওং উৎকনি, য়েৎকী খোঙ থাঙ্গৎলকপদা য়েৎকী খুৎনা ওইগী খুৎকী মনাক্তা অহুম্রক লৈতনা পরৈ হন্দোকনি লোয়ননা খুৎ খংজিন্দুনা লশিং লৌথোকপগী মওং পীতুনা খোঙ য়েৎ থাখিবগা খুৎ পৎপগা মান্নহনগনি।

অতুগী খুৎ ওইনা লশিং পায়রগা থবাক মাপাদা খুৎ য়েৎ-ওই অনি খুৎ মচা তানা লৈরগা খুবীগা-খুদোনবীগা পায়শিন্নরগা অহুম্রক হুৎ-হুৎ লৈতনা মনবগী মওং পীগনি মরিরক্তা খুৎ অনি হকচাংলোনদা উপশিন্না পুরক্লগা খুৎ লোংথোকুনা লশিং ফৌদোকপা মওং পীগনি।]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা।

ময়াম - হাউ।

মাইবী—কপত্রেং মাংদা থারো, লশিং তকনবা !

ময়াম—থারে-থারে ।

মাইবী—হো ওইনা লশিং পায়রো য়েংনা কপত্রেং মথুং পায়বে
লশিং তকঅসে।

ময়াম—তকএ-তকএ।

মাইবী—গেহৈ-গেহৈ-গে (২ বক) গেরে গেবে-গে !

ময়াম—খুম্বা।

[ ওইগী খুৎনা থবাক মপাদা খুবী, খুদোনবী অনি মতে
শোক্করগা মাংলোমদা অহুম্নক লোংনা ইনগনি অতুগা য়েৎনা খুত
পায়শিন্দুনা লৈরগা ওইগী খুৎনা চিংশিল্লকপদা য়েৎকী খুৎনা মাংলোম
ইম্মোকনি, অহুম্নকনি, জগোই শানা-শানা চীন্না গেহৈ-গেহৈ হায়গনি

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বী মনাইশা !

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো লশিং তকপা লোইরবনিনা, কপত্রেং থাংদোকও, কাপে
শাউ, লশিং কাপ্পসি !

ময়াম—শারে-শারে ।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা, লশিং হুনজিল্লো !

ময়াম—হুনজিল্লে-হুনজিল্লে ।

মাইবী—হো নথুং ওইনা হুইত্রি পায়বো !

ময়াম—পায়রে-পায়রে ।

মাইবী—হো হুইত্রি থিংজিল্লো !

ময়াম—থিংজিল্লে-থিংজিল্লে।

মাইবী—হো লশিং কাপ্লো !

ময়াম—কাপ্লে-কাপ্লে।

মাইবী—ফদ্রৎ-ফদ্রৎ-ফদ্রৎ।

[ ওইগী খুংনা লেংজুম মাপাদা লোংনা খুংশা অতৈ কোনশিল্লগা খুদোনবী তিংথোক্কনি। খুংগী মতোম্না তিংলিবা খুদোনবীগী ময়ায় তাংদা শোক্কনি। খুং য়েংনা খুবী, খুদোনবী শম্না খুংশা অতৈনা কোল্লগ্না মচা তানা তিংথোক্কনি। ওইগী মনাক য়োনবা হঙ্গং-হন্দা মরিরক তৌগনি। চীন্না ফত্রং-যত্রং হায়গনি।]

মাইবী— হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—লশিং কাপ্পা লোইরে, কাপোন থাংদোকও!

ময়াম— হো থাংদোকএ-থাংদোকএ।

মাইবী— হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম— হাউ।

মাইবী—হো উ-ফান মাংদা থাউ, লশিং খরা শন্দোকও!

ময়াম— হো শন্দোকএ-শন্দোকএ।

মাইবী— হো লাইরেম মনাইশা নখুং ৎইনা লাংগোম পায়রো, মোইথাপ তারসে!

ময়াম—তারে-তারে।

মাইবী—হো-সরা-সরা-সরা!

ময়াম—সরা-সরা-সরা।

মাইবী—হো লাইরেম-মনাইশা, মোইথাপ শংলো!

ময়াম—শংলে-শংলে।

মাইবী—হো লাইরেম-মনাইশা মোইথাপ মনা থুপ্লো!

ময়াম— থুপ্লে-থুপ্লে।

[ খুং য়ে না খুংশা অতৈ কোনশিল্লগা খুদোনবীতমক তিথোক্লগা ওইগী খুংকী খুদোনবী অমসুং খুবী অনিগী কারক্তা থমগনি, অসুম্না থম্বা অসি হঙ্গং-হন্দা অহুম্লক তৌরগা রায় অমা কারে হায়না খুং অনিমক্কী খুদোনবী-খুদোনবী, খুবী-খুবী চীল্লোক্লগনি অহুদন্না য়েংকী খুংশা ময়াম কোনশিল্লগা খুবীতমক থিংগৎলগা লোংনা ওইরোমদা ইনগনি।]

মাইবী—হো মোইথাপ মপুন ফারে, পুনশিল্লো !

ময়াম—হো পুনশিল্লে-পুনশিল্লে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা !

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো তরেং তফান থাবো !

ময়াম—থাবে-থারে।

মাইবী—লংহী পাল্লো, কোক্কাই হাপ্পো !

ময়াম—হাপ্লে-হাপ্লে, পাল্লে।

মাইবী—হো ওইনা মোইথাপ মনা পায়রো, য়েৎনা শিম্নজে পায়বো লং নাইবসি।

ময়াম—নাইবসি।

মাইবী—নেং-নেং-নেং-গব।

ময়াম—নেং-নেং-নেং-গব।

মাইবী—হো মকে লংতুম ফারে, লংতুম শৎসি।

ময়াম—শৎসি-শৎসি। শৎলে-শৎলে।

মাইবী—হো লাইযিংথৌ-লাইবেম্মা মনাইশা !

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো তবেং তফান থাংদোকও।

ময়াম—থাংদোকএ-থাংদোকএ।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইবেম্মা মনাইশা !

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো তওৎ লৈবো, লংতুম পাযবো, লং লংঙসে।

ময়াম—লংঙে-লংঙে, লং লংবা লোইবে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইবেম্মা মনাইশা হৌজিক্কি লংখাই ফারে, লং শৎলো, পুনশিল্লো।

ময়াম—শড্ডোকএ-পুনশিল্লে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা।
ময়াম—হাউ ।
মাইবী—হো ব্রাং খুদেংদা ঈশিং হৈরো, লং শূনবা।
ময়াম—হো হৈরে-হৈরে।
মাইবী—হো লংঙজৈ পায়রো !
ময়াম—পায়রে-পায়রে।
মাইবী—হো লং শূরসি।
ময়াম—শূরে-শূরে ।
মাইবী—পোপ-পোপ-পোপ ।
ময়াম—পোপ-পোপ-পোপ।

[মতাং অসিদা থায়নদগী চৎনরকপা ব্রাহৈদি অস্নুম্না শৈশকনৈ। ং খুদেং মাইপাকপা, লাইজ থন্না হাপচিল্লো, লংলা পোপ-পোপ দোকলো। অস্নুম্না মাইবীনা শৈশক অসি শকনি, ময়াম্নস্ন ়দোকলেনে" লং শূবা লোইরে খুমগনি।]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা।
ময়াম—হাউ।
মাইবী—হো লং শুমমো, ঈশিং হৈদোকও, লং কোয়না হাপচিল্লো।
ময়াম—হৈদোকএ-হাপচিল্লে।
মাইবী—হো হৌজিক্তি চাক হাপচিল্লো, ঈশিং হৈরো, লং মেৎলসি।
ময়াম—মেৎলসি-মেৎলসি।
মাইবী—পিড্রিং-পিড্রিং-পিড্রিং।
ময়াম—পিড্রিং-পিড্রিং-পিড্রিং।
মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা !
ময়াম—হাউ।
মাইবী—হো লং মথক-মথা ওনথোকও, লংথাই অমা লৌথংলো, লং শুমমো।
ময়াম—শুম্মে-শুম্মে।

মাইবী—হো হৌজিক্তি খুদেংদগী চনাং মহি হৈদোকও, লং মা
তাননবা শূদোকসি।

ময়াম—শূরে-শূরে।

**শৈশক :—**

ব্লাং খুদেং মাইপাকপা
লংজা মচা তানবা
লংলা পোপ-পোপ শূদোকলো
শূদোকলেনে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো হৌজিক্তি পোলাংখোক শাবো, লং হাপচিল্লো, লং কল্লসি

ময়াম—কল্লে-কল্লে।

মাইবী—ফদ্রং-ফদ্রং-ফদ্রং।

ময়াম—ফদ্রং-ফদ্রং-ফদ্রং।

মাইবী—হো পৌ নম্মো, পৌ থারো!

ময়াম—নম্মে, থাবে।

[খুৎ ওইনা মাংদা লং শীন্দোকপগী মওংদা খুৎ উপ্পা লৈরগা খ
য়েৎনা হকচাংলোমদা খুবাক ওনশিন্না থক্তগী-খাদা হঙ্গৎ হন্দা ব
কনবগী মওং তৌগনি।]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো লং কংঙে, পৌ শৎলো, পুল্লো, লোকশিল্লো!

ময়াম—লোকশিল্লে-লোকশিল্লে।

মাইবী—হো তরেং মাংদা থাল্লো মশা ওইদা থম্মো!

ময়াম—থারে-থম্মে।

মাইবী—হো মশাদা লং লংখাই পানশিল্লো, লংজিন-পায়রো!

ময়াম—পাল্লে, পায়রে।

মাইবী—লংচাক হাপচিল্লো চাকঅসি।

ময়াম—চাকএ-চাকএ।

মাইবী— গ্রো-গ্রো-গ্রো!

ময়াম— গ্রো-গ্রো-গ্রো।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো লংচাক ফারে, লং থৎলো, লংচাক শৎলো, তরেং তফান থাংদোকও।

ময়াম— শৎলে-থাংদোকএ।

মাইবী—হো ফীহৌ-কৈরাক থারো, লংচাক পাল্লো ফি হৌরসি!

ময়াম—হো থারে-পাল্লে।

মাইবী—হো লংজিল অনি লৌথৎলো লংদম থারসি।

ময়াম—থারে-থারে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো হৌজিক্কি লংদম থাবা লোইরবনিনা হংলাক চৈদা লংদম কোৎশিল্লগা চিংথরকও!

ময়াম—হো চিংথরে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা খ্বাংদা কনাইবা থারো, খ্বাংদা সনম পাল্লো!

ময়াম—হো থারে-পাল্লে।

মাইবী—হো সুনাচৈ হাপ্পো, উতোং হাপ্পো, নায়েৎ-চৈ মাংদা থাল্লো।

ময়াম—হাপ্পে-হাপ্পে, থারে-থারে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো স্থনা লংচাক্তো পায়রো স্থনা চৈদা লংজিন কিশি কিরো!

ময়াম কিরে-কিরে।

[ খাংগী মাপাদা খুং অনি খুংশা পুন্নমক তাশিল্লগা খুবী থেকৎতুনা খুংতুমনা মখাদা ওনথববু কনাইবা হাপ্পা কৌই। খুং অনিমক অমুক খাং মাপাদা লোংথোক্লগা খুংশা মতোন কোনশিনগনি, মসিনা সনম পানবগী মওংনি। অত্তুদগী খুং অনিমক থাক্লৎতুনা মাংদা থবাক মাপাদা পুন্নক্লগা খুত্তুম তাশিল্লগা খুদোনবী অনিদি তিংথোক্লা হকচাংলোমদা ওনশিন্না মতোন অনি চীক্লোক্লগনি। অত্তুদগী খুং অনি মখারোমদা উপথনা খুংশা কোনশিন্ননা কোইরপ তাহন্দুনা উতোং হাপ্পগী মওং তৌগনি। মথংদা নায়েংথৈগী মওংদি স্থনাচৈগা মওং মান্নে। ]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—ফি হৌরসে।

ময়াম—হৌরে-হৌরে।

মাইবী—হো স্থনা কোৎশিল্লো।

ময়াম—হো কোৎলে-কোৎলে।

[ মসিদা হৌরিবা ফি অসি ফিবুম কাননবা হৌরগা ফিবুম কান্নব মতমদা খাংদগী লং মরাক পাক্লনবা শীন্দোকনি। ]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—স্থনা লংদো মরাক পাক্লনবা মচা তানা শীন্দোকও!

ময়াম—হো শীন্দোকএ-শীন্দোকএ।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা।
ময়াম—হাউ।
মাইবী—হো নায়েৎচৈগী লংদো মচা তাননবা শীন্দোকলসি।
ময়াম—শীন্দোকএ-শীন্দোকএ।
মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা।
ময়াম—হাউ।
মাইবী—সুনা উতোং, নায়েৎচৈ উতোং অহুমবু পুন্না পাম্নরগা মচা তাননবা নিকথোকসে।
ময়াম—নিকথোকএ-নিকথোকএ। লংজা মচা তারে।
মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা।
ময়াম- হাউ।
মাইবী—হো হৌজিক্কি ফি অসি লাইজি থোংননবা তেম পায়রসে।
ময়াম—পায়রে-পায়রে।
মাইবী—হো তেম থিংজিল্লো। খুৎ অনিনা লং মচা তানবা থপ-থপতুনা চিংথরকও।
ময়াম—হো থিংজিল্লে-থিংজিল্লে, চিংথরে।
মাইবী—হো তেম ইনথৎলো, সুনা উতোং, নায়েৎচৈ, তেমগা লোয়ননা নখুৎ ওইনা ইনথৎতুনা পায়রো। নখুৎ য়েৎনা শত্থ পায়রগা লং মচা তাননবা শত্থ হাৎলো।
ময়াম—লংজা মচা তানা শত্থ হাৎলে-হাৎলে।
মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা।
ময়াম—হাউ।
মাইবী হো ফি লাইজি থোংননবা ইকা অমা পায়রো, তেম থেংঙসে। থম-থম-থম। হো তেমদোকাংথৎলো, ইকা লেংশিল্লো, তেম থেংঙসে, দং-দং-দং।
ময়াম—থেংঙে-থেংঙে, দং-দং-দং।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা !

ময়াম—হাউ।

মাইবী— হো সুনা কাংঙসে।

ময়াম—কাংঙসে-কাংঙসে ।

[ ফি শাবগী খোঙথাং জগোইদি—ফৈ নম্মগা খোঙ য়েৎনা মাংদা চুম্না থাগনি। ওইগী খোঙনা চুম্না হকচাং মাপাদা চুম্না থাগনি। অত্থুগা খুৎ অনিমক মাংলোমদা উপ্না খুৎশা লোইনা থবাক মাপাদা হায়বদি খোঙগী তৌখিবা অত্থুগুম তৌগনি। তিংথোক্লিবা খুৎ অত্থুদা খুবী কারপ তৌগনি। মথকলোমদা লৈখৎলক্পগা লোয়ননা খুৎ য়েৎকী মথক্তা নমগনি। খুৎ য়েৎনা মখা অমুক থংগনি। অত্থুগা খুৎ য়েৎনা লোং-থোক্লগা খ্বাং মাপাদগী তেমনা শৎপগী মওংদা খুৎ শাংনা হাইদোকখিগনি অত্থুগা কারন তারিবা হায়বদি মাংদা উপ্না লৈরিবা খুৎ ওইগী খুব মাপাদা নপ্না হাইরক্কনি। খুৎ য়েৎ-ওইনা পায়বগা তেমথেং অত্থুম্ন থেংগনি। ]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা !

ময়াম—হাউ।

মাইবী—তেম কাংখৎলো, লংয়েৎ-পংগনদেম হুল্লো।

[ খুৎ য়েৎনা হুল্লগা ওইনা একএ, দং দং অত্থুম্নক থেংঙে, ওইন অমুক হুল্লে য়েৎনা অমুক ওকএ দং-দং থেংঙে। ]

মাইবী— হো লাইয়েংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা !

ময়াম—হাউ।

মাইবী—চরৈ, ফিরোই তামলে, চরৈ ককঅসে।

ময়াম—ককএ-ককএ ।

মাইবী—লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা !

ময়াম—হাউ।

মাইবী—চরৈ ফিদোনগী লংহুম ককথৎলো, য়োংতুম পায়রো, ফি মরাক তাইরসি।

ময়াম—পায়রে-পায়রে।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো রাং খুদেংদা ঈশিং হৈরো, ফিস্নু ফিজাম্মসে।

ময়াম—হো ফিস্নু-ফিজাম্বা লোইরে।

মাইবী—রাং খুদেং মাইপাকপা লাইজ থম্না হাপচিল্লো চরৈ পোপ-পোপ শুদোকলো।

মাইবী—লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো কনথোকলগা, পোলাংথোক্তা চরৈ-ফি ফৌরসে!

ময়াম—কনথোকএ-ফৌরে।

মাইবী—হো চরৈ ফি কংঙে লোকঅসে, চরৈ ফিদ্দপ নাইরো।

ময়াম—হো লোকএ-নাইরে।

মাইবী—হো চরৈ ফি লৈয়ে থারসে!

ময়াম—থারে-থারে।

[খুৎ য়েৎনা খুৎশা পুম্বা তিংথোক্না মখাদা উপথগনি, খুৎ ওইনা ামশিল্লগা য়েৎকী খুজেং মাপা ওইরপ্না পায়রগা মথক্তগী মখাদা থাঙ্গৎ-াদা নোমহৌ-নোমহৌ লৈয়ে থাবগী মওং তহুমক তৌগনি মথংদা কনবী খোঙজোংদা অহুমক লৈতুনা জগোই শারগা মরিরক শুবদা াংদগী ফি লোখৎপগী মওং তৌতুনা লাইদা ফি কৎকনি।]

মতাং অসিদা মাইবীনা লাইদা ফি কৎকনি। ফি কৎপগী লাই-রালদি মথাগী অস্নুমা হায়গনি।

### "ফি-কৎলোন"

চিংগু ইবুংঙো খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
যোইবু খোইমোম লাইরেম্বী;
চিংগু ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিগী
ঙাকলৌ নখোঙ খাদা;
নগু হেবুংথৌ-হেবেম্মশিংনা
লহান নোং-থিংবাই পামহাইবকপনা
শিনৌ ময়াই কাহুনা
ভুমুং লংলা নাইববু
নাক তেনথেং তোইবদি
ইয়োং শংদিন ককলে
চবৈ ফিরোই তানলাক্লে –
খুঙ্গাউনবা-লৈচাউনবা—
লৈবাক মরা তপনবা
নিংথৌ পুন্সি মুংশাংনবা
চরৈ ফি কৎচবিয়ে—হে লাইযিংথৌ।

মাইবী—হো লাইযিংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা।

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো হৌজিক্কি নবুংঙো-নবেম্মদা চবৈ ফি কৎলুরবনিনা, চবৈ ফিমনসি ইল্লগা খুঙ্গাউ-লৈচাউনবা, পুন্সি মুংশাংনবা, মুংঙাই যাইফনবা অপাম্বা মুংশিবা থুংননবা কেনা জগোই শাবসে।

ময়াম—শাবসে-শারসে।

[জগোই শানা-শানা মাইবীনা মাং থাহুনা ফিশাবোন ঈশৈ শক্লা-শক্লা চৎকনি অসিগী মথাদি লরাই মীকোকলোন-লোংখোনলোন জগোই মথা শমথখিগনি। মসিদা খোংবা পেনা মবোলদি অয়াংলৈমা

খোঙজোমলোন নত্রগা লোংখোনলোন হায়বা খণবা পেনা মরোল
হসিনা খোংগনি।] [লোং খোনবস্থু ঙৈশৈ শল্লা শল্লা খোনগনি।
ফিশারোন অমস্থুং লোংখোনলোন অনি অসি শৈশক মায়ে। কিশারোন
শৈশক্লগী লোংখোনলোন ঙৈশৈনা অহুম শমথখিগনি।]

পেনাস্থু অস্থুন্না খোংগনি :—

পেনা মরোল :—

রে রৈ। রি—। রে —। রে রি
— —। রৈ—। — —। — —
রে রে। রি—। রৈ —। রে রৈ
— —। রে—। — —। — —

অস্থুন্না পেনা মরোল অসি খোংহুনা লৈসি জগোইনা মাইকৈ চিথেক
৪ দা য়েৎওইননা অমুক্তুং কোয়রম্লগা মাইবীনা অস্থুম হায়গনি।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মদাইরেমশা।

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হো হৌজিক্তি ইবুংঙো-ইবেম্মগী চরৈ ফি শাবা লোইহুনা
নবুংঙো—নবেম্মদা কৎলুরে। চরৈ ফিমন অসি শেৎহুনা খুঙাউ-
লৈচাউনবা, লৈবাক মরা তপনবা, নিংথৌ পুন্সিনবা, চাকহোং
ওাহোংনবা জগোই খুৎথেক কংপা লোইরে অহুনা থরায়-মি
খোনগৎহুনা কোনশিল্লসি।

ময়াম—কোনশিল্লসি-কোনশিল্লসি।

মাইবী—হৌজিক্তি পৈয়া চেপসি লোং
শংগাই য়াইনপ লোং
চোম্লাং খোংথিল লোং
ফুমথি হামৎ লোং
মবেল লাইম্লা চেংকোৎ লোং—

ঈবুধৌ নোংদা লাইরেল পাখঙববু খোনগংলোং, লোংলেন খুংতা পায়দুনা মাইকৈ চিথেক মরিমক্তা তিনমু কংতবা লাইমু কংতববু থানা চাউবা য়াংবুরেলগী কংলৈ মত্তমাংদা হোইথরসি।

লোংখোনলোন অমসুং ঈশৈ লৌবগী শাথেক্কী মওং মতৌদি ওই-থংবা খুংনা খ্বাংগী মাপাদা ওইরোমদা তিংথোকখিগনি। খুংশাগী মওংদি লোংগী ফিবান পায়বগী মওংদা খুংশা মরি অমসুং খুবী কারপ থমগনি, ফীবান্না ময়ায়দা লৈবগী মওংদা অতুগা য়েংকী খুংনা থবাক্কী মখা ওইরপ হুকচাং শোক্লা ওইরোমগী পুকনোপ মাপা তান্না লামশিল্লকুনা খুবী অমসুং খুদোনবীনা ফীবান চপ্পগী মওং তৌগনি।

খোঙথাংদি য়েংকী খোঙনা অমা হেক থাবদা ঈশৈগী অহৌবা "পৈয়া" হায়না লৌগনি অমুকসু হন্না য়েংনা থাগনি, অনিরক্কী খুংথানি, মসিদনা "চেপসি" লৌগনি, মথংদা ওইগী খোঙনা অহুমশুবা থাবা হৌগনি মসিদনা "লোং" লৌগনি অমসুং মরিরক্কী অরোইবদনা "নিদা" হায়না ঈশৈ তাক্কক থমগনি। অমুকসু হান্নগুম য়েংনা হৌগনি, অসুম্না হঙ্গং-হন্দা খোঙ থাবগা লোয়ননা খুং অনিসু মাঙদা ইস্থোক্কনি। হান্নগী মফমদা খুং হুজিল্লক্কনি, ঈশৈসু অতুম শকথগনি।

অসুম্না জগোই খোঙথাং খুংথেক অমসুং ঈশৈ কোম্নমা লোং-খোনগনি। ঈবুধৌ পাখঙবগী খোংলম ইমুংলোনগী খোংলম অমসুং খুমুংলোনগী খোংলমদা খোংগী মমিং থা-থাদুনা খোনগংলক্কনি।

মতাং অসিগী লোংখোন ঈশৈ অসিদি য়াম্না শাংভি অমসুং পীক্লবা লাইরিক অসিদা হাপচনবগী মফম লৈতবনা শমপংনা লৌথংচরগা মখাদা মতেক থরদং ইথজরি।

ইমুংলোন অমসুং খুমুংলোন খোংলম ৭ কী মমিং :—

১। খাখোং ২। লাইখোং ৩। মালংখোং ৪। লিলাখোং

৫। ফিত্তখোং ৬। চরোইখোং ৭। য়ামপীখোং।

১। কোংবা খোং ২। পুমসাই খোং ৩। কুমম্নু খোং
৪। ময়ুং খোং ৫। চিংকোই-খোং ৬। মুংসেং খোং
৭। মুংখোং মুংনাউপি খোং।

রারী শিংবুলদি য়াম্না শাংবা মরম্না, খোংলমশিং অসিদা খোনবদা লকপা ঙাশিংগী মমিংবু শমপংনা উৎচরি।

১। খা-খোংদা ঃ—ইবেম্মদা মর্মাংনা খানা য়েংলম্মী "ঙাখা" কৌই।

২। লাই-খোং ঃ-ইবেম্মদা মুক্তনা চংখি "মুক্লাং" কৌই।

৩। মালং খোং ঃ—ইবেম্মদা পেং-পেং ঙাংদুনা চংখি "পেংবা" কৌই।

৪। লিলহাখোং ঃ—নোইনা-নোইনা চংখি "ঙানোই" কৌই।

৫। ফিস্নুখোং ঃ—ইবেম্মগী ফিজো পায়দুনা মশাবী লাইরেল পাখঙবনা লৈবা লমবু চিংই হায়বগী "লেমলৈ ঙাচিং" কৌই।

ঙাচিংগী অতোপ্পা মমিং অমনা লোক্তাক ঙানুরা শমফাবী মচা কৌই। ইবেম্মগী লম-চীংবদুদা ঈবেম্মগী পুক্লিং পেল্লদুনা;

লাইস্না—হা! ইতা ঙানুরা শমফাবী! নংগী নকোক অসিদি ওম্থোক্লা ফজখ্রেদা তনিক-তনিক নিংথিজ্রেদা।

ঙাচিং—করি হ্রানোদা ইবেম্মা লাইস্না! করিগী ফজরুগবনো, ঐগী কোক অসিদি, হুপতোন অমনা থেংঙবস্নু য়াইবী মাংঙী, তোরা অমনা থেংঙবস্নু থব্রায় মাংঙী, ঐমুক লাইবক থীবা লৈতেদা।

ইবেম্মা লাইস্না—হাদ ইতা ঙানুরা শমফাবী, নংনা ইশাবীগী লম তাকপদি করিনা লমন শিংসিগে, ইতা-ও শমফাবী ঙসিদগী লাইস্না ঐগী খুৎতা শিরিবা খুদোপ অসে নংগী নকোক্তা লুহুপ ওইনা উপললগেকো, নংনা ঐগী ফিজো পায়দুনা লমজ্রীংবগীবু ঙসি কোয়ো নোংদগী "লেমলৈ ঙাচিং" হায়না

ম্নিংথোল্লগে। খজীংগী মকোক্তা হুকতোক-হুকতোক য়াবা কুরাংবান অমা য়াওরিবসি ইবেম্মা লাইম্নাগী খুদোপনি, অস্তুম্না হায়নৈ রারীনৈ।

অস্তুম্না লোং খোল্লকপনা অরোইবগী ভাচিং ফাবা মতাং অসিদা লাইবৌ-দা থাবা মফম য়োরে।

[ লাইয়িংথৌগী মংইকৈদা নিপা খরা লাইরেম্মগী মাইকৈদা নুপী খরা কাওপ লেপকনি।]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা হোজিক্তি চহি কুমজা অমগী ফত্ত-হাওদি, তানমু-লাইমু পুম্নমকপু হাউরে মখা দাংনা রাংব্রেনগী মখা চাংনুংহুৎ তান্না হোইথরসে, অফবা-য়াইফবা, তপয়াংবা-কপয়াংবা পুম্নমক্তা নবুধৌ-নবেনধৌ লাইকোনম্নুংদ পুশিনসে। "স্বা"! (অহানবা থাবা)

[ অস্তুম্না রাহৈ অসি হায়রগা মাইবানা "স্বা" হায়না থাগনি কাওপ লেপ্নরিবা নিপা নুপাশংত্থ লাইবুং তান্না চেনখৎপা হানব তান্নগনি। নিপা-নুপী অনি হানবা তান্নগনি, নিপানা হাল্লে লাইয়িংথৌন থোইরে, নুপীনা হল্লে, লাইরেম্বীনা থোইরে হায়নগনি। অস্তুন থোইবা হান্নবা তান্নবা অসি অহুম্নক, মঙারক তৌবা ইয়া য়াই, তৌব লাইরোই মুম্নিংতদি তরেৎলক খোন্দবা য়াদে।

অহুম্নক তান্নবা তারগনা অনিরক্তা চেনশিল্লুরগা হন্দোরকপদা মঙারক ওইরগনা অহুম্নক্কী হন্দোরকপদা, তরেৎলক্কানা মঙারক্কী হন্দো রকপদা মাইবীনা রাহং অসি হংগনি। ]

মাইবী—(অনিশুবা থাবা) :—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম—হাউ।

মাইবী—হন্দমুকস্থ পুকচৎ-ইফাই-লাই উনা ঙোদোংলাই, লোক্লা তিল্লাই লাই, কোকঙাওবা, কোকচীকপা, ফত্ত-হাউ পুম্নমক্তি থরে লেমলৈরমদা হোইথগ্রসে, খুজ্ঞাউবা কৈচাউব

খুলহোংবা-লৈহোংবা নিংথৌ পুন্সি মুংশাংবা, লৈবাক মরা তপ্পবু নবুধৌ-নবেনধৌগী লাইকোনমুংদা হোইজিল্লসে।
"স্বা"

[অনিরক তাম্নরুবগী হন্দোরকপদা অস্মুন্না হংগনি।]

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ মনাইশা!

নিপা—হাউ।

মাইবী—নখোয়না ওসাইমখৈ লোং খোনবদি করি পাংতা খোল্লি, করি ঙা ফাই?

নিপা—খা-খোং পাংতা খোল্লি, ঙানোই ফাই।

মাইবী—লাইয়িংথৌ মনাইশা নখোয়না ফারিবা ঙা অসি ইশাইফুদা নীংথিনা য়োক্লুনা থম্মু হৌজিক চাবা য়াদ্রি হয়েং চীংঙুবা লাইতোন লোম্মগা শীজিন্নবা চেকশিন্না থম্মুকো!

নিপা—হোয়-হোয়।

মাইবী—হো লাইবেম্মা মনাইশা!

নুপী—হাউ?

মাইবী—হো নখোয়না ওসাইমখৈ লোং খোনবদি করি পাংতা খোল্লি, করি ঙা ফাই?

নুপী—লাইখোং পাংতা খোল্লি, (খুং তম্নগা) শুক চাউবা ঙমু অমা ফাই।

মাইবী—নখোয়না ফারিবা ঙাদো হৌজিক চাবা য়াদ্রি, ইসাইফুদা চেকশিন্না য়োক্লুনা থম্মু হয়েং চীংঙুবা লাইতোন লোম্মগা শীজিন্নবনি।

নুপী—হোয়-হোয়।

অতুদগী অহুম্নক শুবা অমুক "স্বা" হায়না থাদুনা লোইশিনগনি। চেনশিনবা খুদিংগী মাইবীনা অস্মুন্না লাইরোল অসি হায়গনি।

"চীংঙু ইবুংঙো-ইবেম্মগী কংলৈ নগুম্মাংদা কোরৌ চুপ্পা থৌদোক কুমহৈ শান্নবা রাংবল চুপ্পা শান্নবদি নদাইরেম্মা খুরক সনা লৈগা য়েগুনা ইবুংঙো-ইবেম্মবু চিংথোক্লুনা শান্নরুববু হজিনবীরো।

হে ইবুংঙো-ইবেম্মা লেমলৈ ঙাবু খোনবা নত্তে, লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী থৱায় মঙা মিগা থানা তরুকমকপু খোনবনে, ইবুংঙোস্নু লেঙবিগন্নু ইবেম্মস্নু লেঙবিগন্নু।

অস্নুন্না ৱাহৈ অসি চেনশিল্লকপা খুদিংগী মাইবীনা হায়গনি।

অহুন্নক খোনগদবা ওইরবদি অনিরক্কী চেনশিল্লুরগা হন্দোরকপদা হংবা, মঙারক খোল্লগনা অহুম চেনশিল্লুবগা হন্দোরকপদা লাইরোইগী তরেৎলক খোনগদবনা মঙারক্কী হন্দোরকপদা, করিগুম্বা নোংমত হরাওবগীদমক্তদি তরেংলক লাইরোইগুম থৌরম চৎথগনি। তৌবত্ত নখোয়না ফারিবা ঙা অতু হয়েং নোংঙাল্লগা চাবা য়াগনি। অস্নুন্ন হায়গনি।

লাইরোই মুমিৎতদি লোং খোনবা হেক লোইবা লাইবৌ-লা হেক য়োৌবদা পেনা খোংবনা হোইরৌ-হয়া হঞ্জিনগনি লোয়ননা থৱায় মীকোন-লোন শৈহেন্না মথা শমথনা শক্কনি।

স্নুপ্পগী লাইরোই মুমিৎ অসিদগী হোইরৌ অনিরক হঞ্জিল্লিব অসি, অমনা হকচাং শাবা হৌরমদাই অনিশুবনা লোংখোনবা লোই-শিল্লকপগী মতাং। অনি অসিনি হোইরৌ হঞ্জিনষম তাক্কক। লাইরোই মুমিংতদি তরেংলক হানবা তম্নগনি অতুদগী হান্নগুম লাইদা অমুব চেনশিনগনি, অস্নুন্না অনিরক তোগনি। মমাংগী তহুন্নক অতুগা মঙারব শুহনগনি। হায়রিবা অসি লাইরোই মুমিৎতদি তরেৎলক শান্নগনি। মাইবীনা থৱায়-মি হঞ্জিল্লন্নগা লাইবৌ—লা থাক্কমদা থোরক্লগা মাই লাইলোমদা ওনশিন্না লাইরেল মথেক, পাতোন জগোই শাগনি মতাং অসিদগী পেনা অমুক খোংবা হৌগনি, পাতোন মরোল খোংগনি

**পাতোন পেনা গরোন .—**

রির রি রি রৈ। রে রি রি রৈ
রেরে রে রি রে। রে রে রে —।

পেনা মরোল অসি হন্না হন্না খোংগনি অমস্থং পাতোন জগোই শাগনি। জগোইগী মওংদি লাইবৌ-লাগী মখোকলোমদা হায়বদি লাইরোমদা ওনশিন্না মাইবী অনি লেপকনি। য়েৎ থংবদা লেপ্পা মাইবীনা ল্যাইয়িংথৌগী, ওইরোমদা লেপ্পনা লাইরেম্বীগীনি নিংগনি। খুবাক অনিরক খুরগা মাংদা খুৎ লোংনা তিংথোকনি অমুন্না অহুম্নক তৌগনি অতুদগী মায়গী মাপাদা খুৎ অনি থাংগংতুনা খুবাক খুনা-খুনা য়েৎলোমদা অমদি ওইরোমদা হন্দোক-হঞ্জিন লৈগনি হায়রিবা অসিম্তু অহুম্নক তৌগনি অতুদগী জগোই লৌরগা খোঙ শিংনা- শিংনা চৎপা হৌগনি।

অমুন্না লাকপনা থাংজিং মাপাদা অহুম্নক য়েৎলোমদা লৈশিনগনি অমস্থং ওইরোমদা অহুম্নক হন্দোকনি। অতুদগী কোৎপগা লোয়ননা ওইনা কারল থারগা মারুজীংগী চীথেক তম্না লাকুনা হান্নগুম থাংজিংদা তৌখিবগুম তৌগনি।

অতুদগী লাইবৌ-লাগী লাতোনলোমদা কোইনা লাকুনা রাংব্রেলগী মাপাদা য়েৎনা কোয়শিনবা ওইনা হন্দোকপা তৌতুনা লাইবৌ-লা-খোকলোমদা কোৎনা লাকুনা কৌক্রুগী চীথেক তম্না লাকনি, মসিদস্তু অহুম্নক য়েৎলোমদা লৈশিনবা ওইদা অহুম্নক হন্দোকপা তৌতুনা চংকনি। হন্দোরকপদা কৌক্রু অমস্থং থাংজিংগী ময়ায়, লাইবৌ-লাগী লাতোন মাপা য়োনা লাক্লগা লাইবৌ-লা মনাক য়োনা চুমথ্রিং চঙগনি।

অতুদগী মায় লৈতুনা চুমথ্রিং অমুক হান্নগী মফম য়োরম্নগা থাংজিং অমস্থং রাংব্রেলগী ময়ায় তম্না, লাইবৌ-লাগী লারাক খায়না চুমথ্রিং চংঙুরগা মায় লৈতুনা হন্দোরক্লগা রাংব্রেল অমস্থং মারুজীংগী ময়ায় হায়রবদি লাইবৌ-লাগী লাখোক মপা তম্না লাক্লগা লাখোক মনাক তান্না চংশিল্লুরগা কৌক্রু মায়কৈদা থোরক্কনি।

লাইবুংগী চীথেক, কৌক্রুরোমদগী চীথেক্কী কীবান অকোয়বদা লাকপনা থাংজিং মাপাগী চীথেক য়োবদা লেপ্লগা কৌক্রুরোমদা অমুক

হন্না মাই ওল্লগা খোঙকম খরা হল্লগা থা মচেৎ শানা কোইনা লাকুনা থাংজিংগী চীথেক য়ৌনা হনজিল্লম্নগা মায় ওম্মোল্লগা চুমজ্রিং ৱাংব্রেলগী চীথেক য়ৌনা চৎকনি।

মসিগী হান্নগুম থাংজিংলোমদা হন্না মায় ওল্লগা খোঙকম খরা হল্লগা থা মচেৎ শানা কোংনা চৎতুনা মায় ওন্দুনা লাইবুংগী ময়ায় লাইবৌ-লাগী লাখোক মাপান্দা লাক্লগা লাইবৌ-লা মনাক্তা খুবাক জগোই শারগা অহুম্নক লৈগনি।

অম্নুম্না অহুম্নক লৈরগা মরিরক শুবদা লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বী জগোই শাগনি। অতুদগী খুং ওইনা মখা য়েৎনা মথক থংতুনা লাইবৌ-লাদা জগোই থাগনি।

অতুদগী লাইবৌ-লা মথক্তা থারিবা ফি অতুনা মথক্তা লৈরিবা লাংথ্রেশিং অতু য়োমশিন্দুনা লৌখৎলগা লাত্তোন অহুম অতুনা শেগায়রগা মখারোমদা হুন্দোক্কনি।

মতাং অসিদা ইন্নকি অহনবা অমনা লাইবৌ-লা থারম্বা মফম অতুদা পাক্লা তিংথোক্কুনা মাইকৈ মরিদা মী মরি লেপতুনা ফিজ্রীল পায়গনি। চোং মরি পায়গনি।

১বা – থাংজিং থংবা মায়কৈদা লাইয়িংথৌগী চোংগা কোম্নবা নিপা অমা লৈগনি।

২শুবা—মারজিং থংবা মায়কৈদা লাইরেম্মগী চোং পায়বা অমা লৈগনি

৩শুবা—কৌব্রু, ৪শুবা—ৱাংব্রেল মায়কৈদসু নিপা অনি চৈগা কোম্নবা লেপকনি।

অম্নুম্না মী মরিনা চীথেক মরিগী ফিজ্রীল পায়রগা পাক্লা শন্দোক্লিবা ফি অতুগী ময়ায়দা ওসাই য়োমখিবা লাংথ্রে ময়োম অতু থোক্কনবা মখারোমদগী লংনা কিশি কিরগা থমগনি।

অতুদগী লাইগী খুদৈসেন পুরিবী লৈশাবী অনিদগী ফিবুল অনিম্ভু লৌরগা তিংলিবা ফি অতুগী মথক্তা হাপচিনগনি।

অত্তুদগী লাইয়িংথৌগী মাইবীনা লাই তুংওইননা, লাইরেম্বী মাইবীনা লাইরোমদা ওন্না লেপকনি। অনি অসি নোংপোক নোংচুপনি।

[ মতাং অসিদা নীংশিংজবা অমনা চহি হনবা মাইবীনা লাইয়িংথৌ লাগনি। পেনাস্ন ফিবুললোন মরোল খোংগনি। ]

অত্তুদগী মাইবী অনিনা খুবাক জগোই অহুম্নক শারগা মবিবক শুবদা লাইগী ফিবুল লৌবগা অহুম্নক লৈগনি মরিরক শুবদা অমুক খুবাক জগোই তাগনি। মবিরক্তা ফিবুল অমুক লৌগনি। অহুম্নক লৈকুবগা মবিবক্তা ফিজং মথক্তা ফিবুল হাপচিনগনি। অত্তুদগী খুবাক জগোই অমুক শাগনি, ফিবুল অমুক লৌত্তুনা পায়বগা অহুম্নক জগোই শাগনি মবিবক্তা ফিজংদা ফিবুল অমুক হাপচিল্লগা লাইয়িংথৌ মাইবীনা ফমমেনলোমদা অমদি লাইবেম্বী মাইমীনা মাংশাক্তা যিজং মখাদা লীংকনি।

অত্তুদগী অমুক খুবাক জগোই অহুম্নক শাবগা ফিবুল পায়ত্তুনা অমুক লৌগনি, হান্নগীগুম মান্নবা শাগনি অত্তুদগী চুংখোং লীংলগনি।

মথক্কী ফিবুল জগোই শাবিগুদা শকদবা ঈশৈ

ফুবা ফিবুল ওাইবোং চীং

লাইবুংথৌনা হুল্লগা

লাইফুবানা ওকলৌ চীং :

লাইফুরা তরেংনা

ফিবুল হুল্লগা

লাইবুংথৌনা ওকলৌ চীং।

লাইয়িংথৌ পুবা মাইবীনা থাংজিং অমদি মারক্তংদা তত্তুম্নক য়েংকনি, য়েংপগী মওংদি '৪'ময়েকনি।

মথংদা থাংজিংগা রাংব্রেলগদা য়েংকনি, মসিস্নু তত্তুম্নকনি ময়েকশু চপ মান্নে।

মথং অমুক থাংজিং অমস্থং কৌক্রদা য়েৎকনি, য়েংলুরগা হঞ্জিল্লকপ অহুম্নকী অঙ্গিত্তবদা থাংজিংদা হঞ্জিন্দুনা লেপকনি।

মথংদা লাইরেম্বী পুবা মাইবীনা রাংব্রেল অমস্থং কৌক্রদা অহুম্নক '৪' ময়েক্তা য়েৎকনি।

মথংদা মারজীংগা কৌক্রগা য়েৎকনি।

ইরোয় লোইবদা মারজীংগা রাংব্রেলগা অহুম্নক '৪' ময়েক্ত য়েৎলুরগা মারজীংদা হঞ্জিন্দুনা লেপকনি।

চুংখোং য়েৎলুরিবা মাইবী অনি অসি, লাইয়িংথৌ অমস্থং লাই-রেম্বীগী য়েৎ-ওই কায়দনা লৈগনি, মাইওনদি কৌক্র-লাইজি ওনগনি।

অত্নদগী লাইরেম্বী পুরিবী মাইবীনা থাংজিংগী চুংখোঙলোমদ চঙওক্রগা লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বী অনি পাউসা ঈশৈ শকুনা চুনগনি শৈশক্তি লৈমরেল শৈশক্তা হোৗগনি, নোংথাংলৈমা শৈশক অমস্থং পাম্বোইবি মখা শমথগনি। থাংজিং মায়কৈদা ঈশৈ শকপা হোৗগনি।

## ১বা ঈশৈ (থাংজিং)

লাইরেম্বী—নোংপোক মালং হুম্মোইবা ॥২॥
　　স্থংশিংকী লাংদবু থুগনি ॥২॥
　　ও...হলহোরো.. ও হলহোরো ॥

লাইয়িংথৌ—হল্লরোইনে ইবেম্মা
　　হল্লরোইনে পাম্বোইবী,
　　ঈশিংবু শায়দনা য়োংশ্বরা,
　　লিনবু শোনা য়ুবরা—
　　কৌজেংবু তেননা পানবরা
　　ভুমিংপু লম্বুনা থিনবরা
　　ও...হল্লরোই...ও হল্লরোইদা।

লাইরেম্বী—নংনা হন্নোই হায়রগা
ইবুংঙোনা হন্নোই হায়রদি
নীঙোলবু পোকপী পম্বোগী
ঈপল্লমী কোংয়াং রাখোঙদা
শন্দংগী লাবা তরেৎ পুনজরো
পুথমগী শেঙ্গা তরেৎ পুদনা
পলেমনা পম্বোদা হায়জরো
হো য়াবিগে হো য়াবিগেদা।

লাইয়িংথৌ—নংনা য়াদ্রে মতোকচৌ
ইবেম্মনা পাম্মী হায়বগী
ঐশু লৌগে হায়বনি—
ঐবু পোকপা পম্বোগা
ঐবু পোকপী পলেমগা
পলেম-পম্বৌ অনিনা
মাংশোক ফমমেন্দা ফম্মীডৈদা
নীংঙোলবু পোকপী
পলেম-পম্বৌ অনিনা
পুথম শেঙ্গা তরেৎ পুত্থনা হায়জরো
হো-লৌবিগে হো লৌবিগে।

অহানবা থাংজিংগী মাইকৈদগী শকপা হৌড়িবা শৈশক অসি লৈমরেল শৈশক্নি। পেনাস্থু লৈমরেল লোন (চুমশা) খোংগনি।

**পেনা মরোল :—**

\+ o
রৈ — রৈ। রি রে—
রে রি রে। রি রৈ রে

রে—রৈ । রি রৈ—
রে রৈ রৈ। রে রে রে
রে — —। — — —।

অনিশুবা মারজীংগীদদি নোংথাঙ্গলমা শৈশক্তি, পেনাসু নোংথাং লৈমা মরোল খোংগনি।

### পেনা মরোল :—

\+ o
রির রি রি রৈ। রে রি রি রৈ
রেরে রি রি রে। বে রে রে—।

### ২বা ঈশৈ ( মারজীং ):—

লাইয়িংথৌ :—আ......হা......আ।
থং-থং থংনরো ॥২॥
রসো থংনরো—।
বে...রে...রে...রেরৈ
নোই.. নোই...নোই.. নোই।

লাইরেম্বী—আ...হা...আ।
নোংমাইজীংদা উয়াক্লে ॥২॥
খোংদা য়ুহা রারে
মুংশি কপোইঙ্গুং
রে...রে...রে...রেরৈ
নোই...নোই...নোই...নোই।

লাইয়িংথৌ—আ...হা...আ ।
মুরাবীগীনা পামলোদা
হাউজুরাবীগীনা লৌশঙদা
হাউরৈনা ভাংনাং শাৎপদি

ঙাংনা নীংথিরে
হো ঙাংনসু কজরে
রে...রে...রে...রেরৈ
নোই...নোই...নোই...নোই।

লাইরেম্বী—আ...হা...আ।
চরোইরোই...চরোইরোই
চরোইরোই...চরোইরোই
চরোইরোইদি কুরারৌই
থাগি মচীরা
রে...রে...রে...রেরৈ
নোই...নোই...নোই...নোই।

ওবা ঙৈশৈ রাংব্রেল মাইকৈ :—

লাইরেম্বী—আ...হা...আ।
ইবুংথোই মোম্বীথোই
কদেংগোই থোংজাউ লাল্লিডৌদা
লৈহাউনা নায়াং থাইরিডৌ
ঐগীনা শন্নাং ভাহৌরে
থিংতা খুনবীয়ো...
রে...রে...রে...রেরৈ
নোই...নোই...নোই...নোই।
লাইম্নিংথৌ—আ...হা...আ।
শানৌথোই-ইচলথোই
হোই...ইচলথোই
কদেংগোইনা থোংজাউ লাল্লিডৌদা ॥২॥
লৈহাউনা নায়াং থায়ারডৌদা

পাখঙ্গীনা কোইয়েং তাহোরে
অমুক্তা খুল্লকও......
রে...রে...রে...রেরৈ
নোই...নোই...নোই...নোই।

লাইরেম্মী—আ...হা...আ।
দে...দে...খোংলে
দেদেনা...দেদেনা...খোংলেনা
চোথবা...মণ্ডংনা লুকলাউরে
কম্বুরা...রম্বুরা দাউ
রে...রে...রে...রেরৈ
নোই...নোই...নোই...নোই।

লাইয়িংথৌ—আ......হা...আ।
কতাউরে...ও ককাওরে
হুই করুনা কখোংঙে
হিংকোননা মতোন কচোংলে
কনমদম্পী কপিনা
লৈযুম্বু রানথরে।
রে...রে...রে...রেরৈ
নোই...নোই...নোই...নোই।

## ৪বা কৌক্র মাইকৈ :—

লাইয়িংথৌ—আ...হা...আ।
হো খোইবু য়াঙৈবা—ও
য়াশংসে শং
নোই...নোই...নোই...নোই।

লাইরেম্বী—আ...হা...আ।

শংবুবুদি শংনিংঙে
খোইবু নোংমাই নিংথৌনা
য়াদেকো শং
নোই...নোই...নোই...নোই।

লাইয়িংথৌ—আ...হা...আ।

পুরুমমুবী...চীংদাইবী
পুকম্না মুপী...চীংদাইবী
নখুৎনা পাংমা ভৈংথোক্লা
খুদোপ শিবিগে
রে...রে...রে...রেরৈ।
নোই...নোই...নোই নোই।

লাইরেম্বী—আ...হা...আ।

মাই...মাই...শরিসো
মাইদা...মাইদা পামজদে
নখোয়না তম্বা ওইবসে
লকনববু হৈমল্লী
করেমনববু য়ামল্লী—
ঐনবু হয়েং চাউরগা
চাউবনা লেপতং ফারগা
থরায়না পাধা খুদোপতো
অচানা-চাদা খন্দনা
লৈদনা শিদোক্কে...।
রে.. রে.. রে...রেরৈ
নোই...নোই...নোই.. নোই।
চুই...হা...হা...।

অস্থুম্না থাংজিং, মারজীং, রাংব্রেল, কৌব্রু মায়কৈ মরিদা ঈথৈ অরায়-অথুম শরুরবগা লাইয়িংথৌ মাইবীনা থাংজিং অমস্থুং কৌব্রুগী ময়ায়দা লাইরেম্মা মাইবীনা মারজীং অমস্থুং রাংব্রেলগী ময়ায়দা, চুংথোং রাংমা-রাংমদা মাইবী অনি মায় ওনশিন্না লেপকনি।

অতুদগী মাইবী অনি চুমজিং-চুমজিং ফিজং মথাদা লীংনগনি। অমনা অমগী লেপনরম্বা মাপা য়ৌবা ফাওবা চংনগনি অমুক হল্লকনি। হঙ্গং-হন্দা নাকল অমদগী অমদা নাকল অমদা চংনগনি। অস্থুম্না চংনবা অসিদা থৈনবা থুদিং ফিজং ময়ায়দা মাইবী অনিনা থুংতা পায়নবিবা ফিবুল চুই-চুই হায়না পাচুনগনি। অস্থুম্না নাকল অমদগী অমদা চংনবা অসি অহুম্লকনি। অহুম্লকী চুনবদা ময়ায়দা অমুক্ত লৈরম্লগা মাইবী অনি মায়কৈ ওন্নতৈনা থোকনখিগনি।

লাইয়িংথৌ মাইবীনা ফিজং লীংথোকুনা থাংজিং অমস্থুং রাংব্রেলগী ময়ায়দা লেপকনি। লাইরেম্মা মাইবীনস্থু মারজীং অমস্থুং কৌব্রুগী ময়ায়দা লেপকনি। অতুগা হান্না তৌখিবগুম অমনা অমগী মাপা য়ৌনা লীংনগনি, থৈনবা থুদিং চুই-চুই পাচুনবদি কায়দনা চংথগনি। অসিস্থু অহুম্লক চংথগনি, অহুম্লকী পাচুনবদা মাইবী অনি থুংশন্নহুনা থাংজিং অমস্থুং কৌব্রুগী কারক্তা মচীন ফাওবা লীংথোকনি।

লীংথোক্লম্লগা মায় হুং লৈথোক্তুনা হান্নগী মাগী মাগী মকমদা হজিল্লরগা থুংতা পায়রিবা ফিবুল ফিজং মথক্তা হাপচিল্লগা ফিজং অহু য়োমশিন্দুনা, লাইরেম্বী মাইবীনা থাউওন তৌহুনা ফিবুল অনিহু থোইদৌ মাপাদা তাহন্না থুংনা নীংখিনা পমহুনা লাইরোমদা মায় ওনশিন্না লাকনি মসিবু "লাইকাবা" কৌই।

অস্থুম্না লীংথোক্লবা অসিদা শকপা ঈশৈশিংদি মথাগী অসিনি।
লাইয়িংথৌ—আ ..হা।

কেনজীলৈ-কেনজীলৈ
কেনজীনা নোংহম চীরোক্লৈ,

নোংদোল্লা খাউরি লৈপুললৈ
হুরা পাখণ্ড লৈপুললৈ।
রে...রে...রে...রেরৈ।
নোই...নোই.. নোই...নোই।

লাইরেম্বা—আ...হা।

প খঙনা কুমশীং লোনদদি
খোংনা তবেৎতা তানফংলৈ ;
নিঙোল্লা কুমশীং লোনদস্থু
খোং তরেৎতা তানফংলৈ
পারিনা শুকতাবা লৈরাংনে
ইমোম শোয়দাবা লৈরাংনে
খাইবিয়ু পীবিয়ু
লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বী — দে।

লাইয়িংথৌ—আ...হা।

পম্বৌ পুন্সি ইরাললৈ
পলেমনা পুন্সি ইথোমলৈ
পারিনা ইমোম শুকতাবা লৈরাংনে
পীবিয়ু-খাইবিয়ু
লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বী ... দে।

লাইরেম্বী—আ হা।

মুংবালনা পুন্সি ইরাললৈ
ফত্রবস্থু শিরলৈ--
আমত্রবস্থু চাইশিরৈ
লৈরাংনা খয়োম লৈনোবা
শীংঙেসনা লৈপুন শাবীদো
খাইবিয়ু—পীবিয়ু
লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বী — দে।

অমুম্না ঈশৈশিং অসি চুমখোঙ লীৎনা-লীৎনা শরুরুরগা মথক্তা পনজখিবা "লাইকাবা" চৎথখিগনি। লাইকাবদি লাইকারোল পেন্য খুৎলোন খোংগনি।

**লাইকারোল পেনা মরোল :—**

রেরেরে রিরে রিরৈ রে।
রিরে রে রে —।

**লাইকারোল ঈশৈ :—**

নরুই খেং নরুই হোং
মাই লৌ হৈ—
হৈরা মতা লাংগু তাউ
হে মেলো লাংগু তাউ
অথম মেলো লাংগু তাউ
অনুখাই খাই খাই খাই
তেরা কোহিং কোই কোই
কচিরা কোহিং কোই কোই
হৈ লৌ মাই।

অতুদগী খুৎশমহুনা লাকপা মাইবী অনি থাদোকরগনি, মং জগোই অমুক শমথখিগে হায়রবদি মথাগী ঈশৈ অসি শকনি খোঙথা হান্নগীচু কায়রোই।

**"ঈশৈ"**

চীঙচুনা খোইরুম লাইয়িংথৌ
য়োইবুনা খোইমোম লাইরেম্মা,
চীংডু নতৈ ননাউনা

অয়ুক্কী য়েন্দা অগুনবা,
তরাগী চাকগুন চাহুনা
চরৈনা ফিজেং লৈতেংলে,
কংলৈ নংগী নগুমাং
থৌবোম নংগী লাংপুরোই
চেক্লা নংগী চাকতাফম,
পোম্বীনা নগুগী কাইদোংফম
চীংগু লাইয়াম পুত্থনা
হরাউ-মথোই কারুবা
থৌদোক কুম্মৈ শান্নবা
নীংথিরে-ফজবে-দে ।

চীংগুনা খোইযুম লাইয়িংথৌ
সনানা শঙ্গাই মুংঙাইবা
মীরাইমনা কাঙমদবা
পোংনাইদবনা য়োঙমদবা
পাম্বানা লৈবা লোকুম্মা
শোংপিনবা শংনিদা,
খুবোম্মা তাংদা খুনিংদা
সনাগী থম্বাল অনিনা
ইঙাং ঙাংনা শাংকায়বে,
সলাইলেনগী লৈবাক্তা
সনাগী থম্বৌ তোননিংথৌ লাইফাউরে দে ।

শজিক্লা অনি থোকপগুম
থবানা অনি পানবগুম,
সনানা ফম্বাল লাংলিবা
নীংথিরে-ফজরে—দে ।

নদাইরেম খুঙ্গং অচৌবা
খুঙ্গাউববু পীবিয়ু
লৈচাউববু পীবিয়ু
লাইখিংথৌ-লাইরেম্মা দে।

চিংডু ইবুংঙো খোইযুম ইবেম্মা
কোরৌ চুপ্পা শান্নবা
রাংবল চুপ্পা শান্নবদি
অহিং ইমুং শোইময়াইদা,
নদাইরেম খুঙ্গং অচৌবগী
নমু মীপুম রাংভনা
থরাই মীবেল চংখোনববু
চেংনা চাননা কোনশিনবীযু.
শিংঙেল লৈকা থক্তা তেংথবসি
লৈবাং লৈয়োম্মুংদা হল্লিনবীবো।

অহুদগী মাইবীনা ঈশৈ অসি লোইবগা খুং লোন্নহুনা লাই খুকমঙ থুবাক অনিরক খুগনি অনিরক তিংগনি। অহুদগী খুং ওইনা লাইরেম্মদ যেংকীনা লেংবান মাপাদা হেক তিংথোকপদা ওইগী খোঙনা যেংব খোঙগী খুমিং মাপামক্তদা খুনিং কাঙনা খোঙ অনিমক খুদোল লৈত্রাগনি

মসি লোইবগা মাইবীনা পুরিবা ইন্নফি ময়োম তহু থোক্রগ লৈশিং অহু লাইবৌ ফিগা কোপ্পনা লাইবেম্বীগী নাকল হাযবদি লাইগ তম্পাক্তা থমগনি। ফিজং ফি অহুদি নিপা মরি অহুনা অহুম্মক পায়হুন লৈখিগনি তৌবদবু তান্নদগী খবা রাংখংনা পাযহনগনি। ফিবুল অনিহুদি খুদা শেন পুথিবী মপী মচা অনিহুদা অমুক হাপকনি।

মতাং অসিদা মাইবী অমস্তুং পেনাগী থৌরমদি লোইবে। মথংদি মাইবনা লাইবেল মথেক চংলগনি, অহুদগী নোংমহুগী থৌরম লোই-শিনবগী "রাকোন" শকনি।

রাকোন লোইশিনবগী মওংদি :—হরাওবা লোইবা মুমিত্তদি মমাংগী নুমিৎশিংদা লাউথিবগা মমৈদা থরা থেম্মে। অতৈ মুমিৎশিংদা "রাকোন্না ফাসে লিফাসে" হায়ববু লাইরোই মুমিৎতদি "কাকোন্না থাসে লিথাসে" অত্তুগা "কনোই-নোই" গী মহুত্তা "তনোই-নোই" অসুম মমৈ-মমৈদা রাহৈ থরা-থরা তোংডানগনি, হায়রিবা অসি কায়রবদি হরাওরিবা খুল অমম্মুং লম অতু ফৎতে হায়ত্তুনা থায়নদগী মসিবু লুনা কায়দনা চংনরকই।

লাইরোই মুমিৎতদি লোংখোনবা ফাওবা লোইরগা পেনানা "হোইরৌ" হৃঞ্জিনগনি, থরায় মীকোনগনি অত্তুদগী পাতোন জগোই শাগনি। মসি মুপ্পগী লাইরোই মুমিৎত্তগীনি।

লাই হরাওরিভে মমুং ৩ | ৫ | ৭ | ৯ | ১১ নি চনবা হায়রিবা নুমিংশিং অসিদদি কংলৈ শান্নগনি লোয়ননা লাইগী শরোইসু থাভগনি।

কংলৈ শান্নবগী মতাং অসিদি লাইয়িংথৌ খোরি ফাবনা মুপী থিখিবা অত্তুগী রাম্নী তুথুল মওং তম্না অমদি মত্তুবু কায়দনা লাইগী থৌগল ফংজবনি।

মাইবনা "হোই" লাউপ্রবগী তুংদা মাইবীনা কংলৈ থোকপগী লাইচিং জগোই হোগনি, লাইচীং জগোইগী পেনা মরোলদি মথক্কী চেনাদা য়াওখ্রে। লাইচিং জগোই অহুম্নক শারগা লৈত্তাই নোংদাইগনি অত্তুদগী খুবাক জগোই হোগনি। মাংদা কাবা অহুম তুংদা কুম্না অহুম হেক শুবদা অমুক লৈত্তাই নোংদাইগনি অত্তুদগী অমুক খুবাক জগোই লোগনি, খুবাক জগোইগী পেনা মরোলসু মথক্কী চেনাদা থেংনবীগনি।

খুবাক জগোই অহুম্নক লৈত্তুনা শারুরগা খুৎ, ভক, মীৎ, লেং, খাং, কৈ, খুউ, থোঙশা অমসুং খুৎশাশিং য়াওনা জগোই শাগনি, মসিবু "কোমবোল" জগোই কৌই। জগোই অসি অহুম্নক লৈত্তুনা শারগা অহুম্নক লৈনা লৈনা খুবাক জগোই অমুক শাগনি অত্তুদগী খুৎশা

মরিনা খুবীদা পায়শিন্নগা লোংখোরক্লুনা খুৎশা অমমম মচা তানা তানা থাদোক্লুনা অহুক লৈহুনা শাগনি, মসিনা কংকুপ জগোই কোই। মরকসিদা খুবাক জগোই অমুক লোগনি মথং কংজাউ অমুক তাগনি।

মসিদগীদি মাইবী লাই তোংগ্রগনি, পুং-পেনা পুন্নমক তুমিন্না লৈরগনি।

## মাইবী লাইপাউ:—

ও...খোইয়ুম লাই-ও
নোংখোং মুংনাংখোং
কা কাখোং মুংনাং তরাতরেংমক্তী
ই...এ...ইং...এ...হুম...!
য়াইবীদনা মুংঙৌ পিমাবা
মুংনাং ঐবু মহারাবা
তরং খোঞ্জেল য়াইপিরেন শিদবা
এ...ইং...এ...হুম...!
নয়ু খোইয়ুম শিদবা ঐদি
চীংঙু নোংথৌ সলাইলেন
অরাংগী য়ুরেন পাখঙবা-ও
কোরৌদনা থংবা নোংনিংথোগী মপারীনি
অহিং লৈশং থয়োম নানৌবা
নোংয়াই কাংত্রেন লৈনৌরকপা
খোইরিনা খোইদাং শিন্নকপা
নন্না খোরি কাবা ঐবু লাকই-এ।

অসিগী মতুংদদি মাইবী লাইপাউ চেনগ্রগনি, লাইপাউ চেনবা লোইরবগী মতুংদি লোইয়ারাকপসু লাক্লুনা, খোরিকাবা অমসুং লোই-য়ারাকপা অনিনা লাইয়াম পুন্নমক্তী মমাংদা মুক্না শান্নগনি।

মুরাগী মওংদি অহানবদা খোরিফাবনা অমুক থাগনি মথংদা লোই-য়ারাকপনা অমুক থাগনি। মতাং অসিদা মুরা শান্নবগী রারী শিংবুল অহুদি হাপচত্রে। মায়কৈ ঙাকপা থাংজিং, মারজীং, রাংব্রেল, কৌব্রু অমসুং লাইয়াম পুন্নমরা য়েংবদা অসুকী মতীক পেনবা নাইত্রবা মুরানি হায়নৈ, ইতাওনা অমুক থাই ঐনা অমুক থাই অসুম্না হায়রগা মথং খোরিফাবা কাংজৈ শান্নবা হৌথগনি।

কাংজৈ শান্নবগী মওংদি অহানবদা হনত্রে লাউহুনা কাংক্রম লৈবাক তাহন্দনা হুনগৎলগা থাংজিংলোমদা থোমগনি, মথংদা মারজীং অহুম-শুবদা রাংব্রেল মরিশুবদা কৌব্রু অমসুং ইরোই লোইবদা হরাওরিবা লাইমুংদা কাংক্রম থোমজিনগনি। অহুদগী কাংজৈ অহু য়েংকী লেংবান্দা হাইগৎহুনা য়েংকী খোঙনা মাং থারগা ওইগী খোঙ তুংদা কৈ নমলপ, ওইগী খুৎনা খ্বাং মাপাদা চেজেৎ পায়শিল্লগা ঈশৈ লোগনি। পেনা মরোলদি চুমশা অমসুং কালেন থাংয়ৈ খোংগনি।

"ঈশৈ"

১। তুবী চীংলাই লৈমা...আ
য়া...কদেং ঙানবীদি
এ...ইং...এ...এ...ইশানৌ
শানৌদগী ইয়া তমফা ইনেম্মচাবু পাম্মুবী...এ
ঙসি কোরৌনিবু হুমিৎতা
শানৌগী মারনিবু খোঙুল লীরকপবু
উরকত্রেকো...ইশানৌ ।

২। শানৌ তমফা-তমফানিবু ইনেম্মচাবু
লৈকাই পথ্বানিবু লান্দুনা

খাম্বী মদোম মৈরৌববু চৎখিবরনে
উরকত্রেকো...ইশানৌ।

৩। তমক্বা ইশানৌ অহুবু
মপনগী তুরেল চেংলৈনিবু মপান্দা
উতি শমখোংবু শেংখিবরা
চেংহি শম্বালনিবু লাংখিবরনে
উরকত্রেকো...ইশানৌ।

৪। পম্থৌগী মোংবা য়ুমজাউনিবু মনুংদা
শম্লাং তোইনা—নাননা
শমচেৎ তোম্লানবীবু হাৎলিবরা
শানৌ ইনেম্মচাবু—
লৈকাই পম্বানিবু লান্দুনা
কৈরোই মবুংলক্কবু থেৎতুনা
শানৌ মতারোইরক্কবু থিন্দুনা
চেফৈ কাংমিনিবু তমখিবরা
লমথা পানজমীবু লৌখিবরা
উরকত্রেকো...ইশানৌ।

৫। মপনগী হাউরোং লমশোম্বীগী লময়াংদা
হুরা খ্বাংচেৎ মচিনিবু লাংনা
ফৈজা পোপতেকনিবু লৈহুনা
লোইমোম ফৌগৌনিবু লাংখিবরনে
উরকত্রেকো...ইশানৌ...।

৬। খোইনৌ...ইয়া চাননবীখোই
তমফা ইশানৌহুবু
চেংলৌ শকুপু উরমব্রা
পাউদম্বীয়ুগবা ইশানৌখোই।

অমুম্মা ঈশৈ অসি শকউরগা খোরিফাবনা তালোই থিল্লকনি থিবা খঙলকত্রবদা ঐবু তুমা কায়রা ভাববরা হায়রুনা কাংহৈ কাংদোম্মা লৈমায়দা লৈয়ি খোংতুনা খুদম-চাংদম য়েংগনি। অমুম্মা য়েংবদা লৈরে হায়বা খঙলহুনা শীংগাই হুন্দুনা লাইবক চাং য়েংলক্রে। মতাং অসিদা শীংগাই হুনবা অসিগী মওংদি শীংনাং হুই অমা শাংবা নত্রগা হাউকাপ অমা হায়না খঙনবা অসি চৈতেক তরা পায়রগা হুনগৎলগা কাংজৈগী কাংপাক্লা থোমগনি। থোম্বদা মচীন তুম্মা চোংথোকখিবা মায়কৈদা খোরিফাবগী তালোই থিগনি।

মতাং অসিদা "খোরিফাবা নোংকুম্বা" হায়বা লাইরিক্তো পনবা মতাং অমতং মখাদা লৌখংচরি :—

"চরৈ ফিরুক খুমনা কাংহুলেংদা থোংনা নমু মীয়াম তিনবলক্তা চঙনা তালোই তুথি তমখিঙৈদি কদৌ নোংকিনো হায়নমু লহাল নোংকি ব্রাপু লৈয়ে। শেল্লোই লৈহো চীংতা থাপী মথি নাইনা অন্নাই মলাও হৌনা চীংঙু লাইয়াম লেংকাতিননা খোইয়ুম মহীশাং পুম্না হুপা লহাল নোংমালেম লৈশেম থৌপু থোকাউ খিকনিয়ে হায়না ব্রা ওই-লকঙৈগী চীংঙু হোই লাউপবু খোইয়ুম মলাং হেব্রকপপু থৌথোক তেনপননিঙলপগীপু চিংঙু নোংথৌ মলাইলেলগী মপান্নী নোংথৌ খোইবি হায়পা নাউব্রা খোইতাং শিংপনা কাংহু লেংকা থোংনা তাল্লোই তুয়িল তমখিঙৈ লংমাই তেংনা য়ুম কাখিপপু চীংঙু লাইয়ামকী তোইতাও পুক্লিং তিংনা নোক্লঙেনে। চীংঙু লাইয়াম লেংনা তিনপনা অমুম্মা থৌথোক-খিঙৈগী ব্রাপু থৌকাউ কয়োইয়ে হায়না ব্রা ওইখিপকিপু খোইয়ুম লাইকী

হরাউ তোইতাও খুদিংতা থাপীনা য়োম্ননা তালোই তুথি তমখিঙেনে হায়নতপরা।

অসুন্না লাই হরাউবদা মাইবীনা ফিরুক খুমহনা কাংজৈ পায়হনা মীয়ামলকপী কাংজৈনা লৈশাবী অমা কোংলি। অহুগা মাইবীগা লাইখাংদা পুন্না জগোই শামিন্নৈ, মসিবু লাই মুপী থিবা কৌই।

অহুবু হৌজিক্কী মতমদদি কাংজৈনা মুপী কোৎপগী মতাং অসি ককথৎখ্রে; মতাং অসিগী মরমদা পুয়ানচিংবা কয়া য়েংলগা মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ পণ্ডিত অচোবনা তাং ৬|৫|৫৮ ইংদা লৈবাক মীয়ামা পামদবা মুপী কোৎপগী মতাং অসি ককখি।

লাইয়িংথৌ খোরিফাবনা করম্না লাই হরাওবা য়াওখিবগে হায়বগী মতাংদা পাংথ্রবা ননাইনা থিজিনজরুবদস্তু হৌজিক-হোজিক পণ্ডিত ওইহনা লৈবিরিবা ইকাই খুম্নজরবা ওঝা ইবুংঙোনা, মিং ওইনা পনজরবদা শ্রীকুলচন্দ্রসিংহ পণ্ডিত অচৌবা; ওঝা ইবুংঙোগী মফমদা ননাইনা হায়জরুবদা ওঝা ইবুংঙোনা থৌজানবীবগা লোয়ননা খোরি ফাবনা লাই হরাউবা য়াওখিবগী তাক্কক ওঝামকী খুৎমক্না ইহনা ননাইদা শিন্নবীখি। অসিগুম্বা তাক্কক অসিনা ননাইনা খোরিফাবগী কংলৈ থোকপা হায়বা লাই হরাওবগী মফুং চল্লীবা, মশা অমতা ওইবনা ওঝা ইবুংঙোনা শিন্নবীরকপা অসিনা মখা শমথজরি।

## "লাইয়িংথৌ খোরিফাবনা লাই হরাউবা য়াওখিবা"

নোংপোকনিংথৌ পাখাংবী অনিনা শেলোই লংমাইচীংদা খোইয়ুম লাইয়াম তিন্দুনা হরাউ তোইদাউরিবৈদা চীংঙু লাইশীং গুনা তিন্নরুবদা নোংথৌ শোরারেনগী মপারী নোংথৌ খোরিহাইবা নারা খোইদাং শিংপনা হরাউ থাংপোক চঙহন্দবা ঙা চাবা লাইয়ামগা তিন্নদবা অসি পামেন উত্তোনকানা থোথোক কুম্মৈ য়েংবা অসিদা থাংজিং, মারজীং, য়াংত্রেন, কৌব্রনচিংবা লাইয়াম্না থরখি।

চরৈ ফিরুক খুমত্তুনা তালোই তুয়িন তমত্তুনা লংমাই তেংনা যুমগারবদি হরাও তোইদাওবা অসি য়াউরো হায়না লাইয়ামনা কৌ-শিন্দুনা মরোল অসি হায়রবদা লাইয়িংথৌ খোরিফাবনা লাইয়ামগী মংদা চঙত্তুনা হায়জে। ঐদি হৈশোই ইপাল থানবা পোৎলম খিবিক পাম্থোইবীনা লাংত্তুনা চরৈ ফিদমবীত্তুনা পানাশীংদা চন্দুনা হাওমুক্না লেংফাই-চন মোংবা তাজ্জিন খুরৌ য়েৎনা তোলোংখোম্বগা অনি হনতে পানজন লৌত্তুনা শিন্না-শিন্না অমুক, অমুক শিন্না-শিন্না পাঙ্গন লৌনরবা মতুংদা শীংতেক, শীঙ্গাই হুন্দুনা ইবেম্মনা লৈবা মায়কৈ য়েংলগা কাংভেনা কোৎতুনা লাই মুপী থিবা হায়বা থৌরম অসি ঙসি ফাওবদা কংলৈগী লাই হরাওবা মতনদা ৭ নি চনবা, ৯ নি চনবা, ১১ নি চনবা, ১৩ নি চনবা, অসুম্না মুমিং তুনা শুদবদা লাই কংলৈ থোকপা হায়না লাই মুপী থিবা হায়না তৌরিবা অসি খোইরিফাবনা মুপী থিবগী মওং তৌরিবা অসিনি। অসিবু কংলৈ হরাওবা হায়না কৌই।

মৈতৈ লাই হরাওবা লাইরিক্তা অসুম্না ইরি।

শ্রীকুল্লচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবা
মণিপুর পণ্ডিত লোইশঙ।
তা· ৩।৩।৮৮ ইং

লাইয়িংথৌ খোরিফাবনা কংলৈ থোকপা অসিগী মতনদা ইবুংঙোগী হৈকৎ-লৈকৎনচিংবা অসি কংলৈ শান্নরমদাইদা লাইবুংগী লাইবৌ থাক্তম মযাংত্তুদা তাবু মথুম অপাকপা অমদা লা থাবগা মত্তুগী মথক্তা চঙ-থোকপা শফোই, হৈ মনম নাইবা, ক্বা মনাগা কোম্নবা, চু-হৈ, হৈকন-লাকন অমম্মুং অথুম অহাওনচিংবা য়াওই।

ফিরোই-ফিঙামম্ম লাইরেম্বা-লাইরেম্বীগী শুনা তমগনি। ফৈজ্রোম ১, কোইয়েৎ ১, ইন্নফি ১, লাইরেম্বীগী ফনেক ১ ইন্নফি ১, খ্বাংশেৎ ১।

হৈ-লৈ শুনা তমগনি, লাইগী হৈথা-লৈথা শুনা নীংথিনা শ
কংলৈ শান্নবা হৌগনি।

কংলৈ থোকপা মতাং অসি নোংমতং হরাউবা লাই ওই
নোংমদুদা কংলৈস্তু থোকনি লোংস্তু তরেৎলক থোনগনি, মী
থাগোনবস্তু অদুম্মক চংথগনি।

হুমনি হরাওবগীদি হুমনিদা অদুম্মক কংলৈ অমস্তুং লাই
ওইগনি।

মঙানি হরাওবগীদি হুমনি অমস্তুং লাইরোই মুমিৎ মঙানি
কংলৈ থোকনি। লমস্তু থোকনি।

তরেৎনি হরাওবগীদি মঙানিদা কংলৈস্তু শান্নগনি মুমিৎসি
থোকনি।

অস্তুন্না মঙানি হরাওরগা হুমনিদা, তরেৎনিগীনা মঙানিদ
মাপন্নিগীনা তরেৎনিদা অস্তুন্না তুনা তাদবা অসিগুম্বা মুমিৎশি
অমস্তুং লম থোকনি।

শারোইদি ৩নি, ৫নি, ৭নি, ৯নি, অস্তুন্না অদুম্মক খাংগ
হরাওরবস্তু শরোইদি হায়রিবা মুমিৎসিদা খাংদবা য়াদে।

কংলৈ থোকপা মুমিংতি লাই খুন্দিন মুমিৎতুমক্তদা থে

লাই হরাওবা হৌথিবদগীনা লাইরোই মুমিৎ ফাও
খাংলিবা শরোইস্তু চঙ তাহনগনি।

## লাইরোই মুমিৎ

লাই হরাওবা লোইগদবা মুমিৎ ওইরগদি অমুক
মীকোন-থাগোনগনি। মুংথিলদনা লৈ লাংওগা মাইবনা হো
মাইবনা হোই লাউরগা শনারেম্বী থোরক্লো হায়না ঈশৈ শা

**শনরেম্বী ঈশৈ :—**

শনরেম্বী থোরকলো
নহুম পোনদে শাবিগে
লাই খুবাক খুবিগে
ফমদৌ নিংথৌ থোরকলো

অস্মুন্না শনরেম্বী থোরকলো হায়না ঈশৈ শকপদা হরাওরিবা খুঙ্গং অমদি লৈকাইছুগী লাই শেল্লুংবা, য়াইতোং খমদোং, অহল-লম্মন খৈবিক জগোই শাগনি। জগোইগী মওংদি মথোয়-মথোয়না শানিংবা থেকনিংবা শাথেক্লা ইয়া য়াই। ইরোয় লোইবদা তেক্ত-কায়দবা নিপা মুপী তানিনা জগোই শাতুনা লোইশিনগনি। অস্মুন্না শাবা জগোই অসিবু "যুঙ্গাবেল জগোই" হায়না কৌই।

অসিগী মতুংদগীদি মুনিং খুদিংগী চৎথবিবা অচুগুম লাইবৌ শান্নবা হোগনি। লাইবৌ শান্নবগী লোং খোনবা মতাং য়ৌরকপদা পেনানা হোইবৌ হঞ্জিনগনি। অতৈ-অতৈ মমাংগী মুমিৎশিংদা হোইরৌ অমুক-তমক লাওই। লাইবোই মুমিৎসিদদি হোইরৌ হঞ্জিনদবা য়াদে।

হোইরৌ হঞ্জিনবগা লোয়ননা পেনানা মীকোন-থাগোনবগী ঈশৈ শশক্লা মখা শমথনা শকথগনি। মতাং অসিদা খুঙ্গং অমদি লৈকাই অদুগা অহল-লম্মন খৈবিক্লা থোরতুনা লাইলৌ-লা পায়তুনা লা খুরুমগনি।

মুমিৎসিদদি মরু ওইনা লায়োই, শীংলোই, লৈরোই হায়রিবা অসিনা হান্নদগী হেন্না লা, শীং, লৈ অসিনচিংবা মরাং কায়না থৌরাংগী

মুমিৎসিদদি লোং খোনবস্থ তরেৎলক খোনগনি। মথং-দ মায়কৈ মরি খোল্লুবগা মঙারক শুরকপদা মাইবীনা হংগনি।

মাইবী—হো লাইয়িংথৌ মনাইশা!

নিপা—হাউ।

মাইবী—নখোয়না লোং খোনবদি করি পাংতা খোল্লি. করি ঙ
ফাই ।

নিপা—খাখোং পাংতা খোল্লি, ঙানোই ফাই।

মাইবী—নখোয়না নহাল মথৈ ইশাইফুদা য়োক্লুনা থম্লদো ঙসি নো
ঙানবা মতুংদগীদি চাবা ?ারগনি, শীজিন্নবা য়াবগনিকো ।

নিপা—হোয়-হোয় ।

মাইবী—হো লাইরেম্মা মনাইশা ?

মুপী—হাউ ।

মাইবী—নখোয়না খোনবদি কবি পাংতা খোল্লি, করি ঙা ফাই।

মুপী—লাইখোং পাংতা খোল্লি, ঙমু ফাই।

মাইবী—নখোয়না নহালমথৈ ইশাইফুদা য়োক্লুনা থম্লকপদো ঙসি
নোংঙানবা মতুংদগীদি শীজিন্নবা য়াবনিকো।

মুপী—হোয়।

অম্মুম্মা হংলবা মতুংদা অনিবক তমুক খোন্দুনা তরেৎলক শুহনগনি মথংদি মমাংগী মুমিংশিংদা তৌখিবগুম চোং পাম্বা মরি কৌপোক্কি ফিজং পায়হনগনি, পতোন চৎকনি, লাই কাবক্লগনি।

মথংদি মাইবনা লাইরেল মথেক চৎলিডৈদা মাইবনা লাইগীদ থাবা হান্নগী হৈকক-মুংলুক ঙম্নমক কাইথোক্কনি। মসিদা কাইথোক-লোইদবা হায়ববু মুপ্নগী কাংখোঙ মরীগা অমসুং চনিংদি ফুকপা য়াদে

অতুদগী মফম অতু নীংথিনা শেংদোক্লুনা অশেংবা ঈশিংনা রাইশিং-লমশেংগনি। মথংদা অহনবা লা থাক্লুনা মতুগী মথক্লা থৌরী, নৌ মতোন্দা ফি কিশিনবা শরীক অমা, খোইক্লু-লাইখাম. খোইরু থাঙমৈ

শম অমা, নোংগা ফৌদাং, চয়োম, য়ুথোম, য়োংপাক অমা অম্নুম্না পোংলম শুনা হাপকনি। লাশেং খরম্সু লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী তোঙান তোঙান থমগনি।

নোংগা ফৌদাংগী মথক্তা লা থাত্না, চঙ থোকপা লফোই লফাং অনি, ক্বা মনাগা কোন্নবা, হৈ-মনম নাইবা, হৈকল-লাকল, অথুম-অহাউ, অমস্নুং অকৎ-শেল হাপকনি। মসিগী মথক্তা লা থাত্না খল্লগা লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মগী ফিরোই-ফিঙাম অমুক হাপকনি। লাইয়িংথৌগী ফেজোম, কোকয়েৎ, ইন্নফি। লাইরেম্মগী ফনেক, ইন্নফি, খ্বাংশেৎ, নমথাং অসি খিবিক হাপকনি। মসিবু নোঙ্গা-ফি নম্রগা নোঙ্গা-ফিরোই অম্নুম্না খঙনৈ। মরু ওইনা ফিবোই ফিঙাম অসি অশেংবা অহনবা ওইগদবনি।

অনম-অথৌগী পোংলম শুনা লাঙত্না শেম-শাগনি। থাংথা ফিস্নু শেম-শাগনি। মওংদি লা লাতোন তত্নম লোন্নগনি, মথক্তা ফিরাক তাইবা ফি অমা মথুপ অত্নুম থুপলগা থাগনি, মথক্তা লৈছন তমগনি মরু ওইনা লাইবুংথৌ অমস্নুং লাইনুরাগী লৈছন হাপকনি।

য়েৎ-ওই কায়দনা লাইয়িংথৌ অমস্নুং লাইরেম্মগী থাং অমমগা ফিরাল অমমমগা কোন্ননা লৈছন মথক্তা থমগনি।

অম্নুম্না থৌরাংশিং অসি লোইবগা লোয়ননা মাইবনা লাইরেল মথেক চংপস্নু লোইশিল্লক্লুনা লাই ওক্লগনি। অতুদগী মাইবনা রাকোন লাউগনি।

লাইবোই মুমিত্তা লাউবা রাকোন অসিদি মমাংদা লাউখিবগা থেন্নৈ। মমাংগীদা কাঞ্জিলম্বা পুম্নমকপু মুনিংসিদদি থাগনি।

রাকোন লাউবা লোইবদা নোংমগী থৌরম লোইরে, রাকোনগী মচাক পীজ্রে।

## "লাইরোই নুমিৎকী অহিংগী থৌরম"

লাইরোই নুমিৎকী লাইনুংদা শেম-শাতুনা থমলিবা পোৎলম-চৈরম খিবিক, মধক্তা পঞ্চখিবা অহুবু মতাং অসিদা মাইবনা অনম-অথৌ কোক্কনি।

মাইবনা অনম-অথৌ কোক্লিঙৈদা মাইবী পুম্নমক ফিরোল অমা হোংথ্রগনি। লোয়নন্না লাইবুংগী শুমাং চীথেক মরৈদস্মু মৈবুল থাহুনা থমগনি।





মাইবনা অনম-অথৌ কোকপা লোইখরে। থাংজিং চিথেক্তা থাঙ থাবগী চক থাবে, মাইবা থোবক্কগা লাইনুংদগী থাঙ-ফিবাল অহু পুথোরক্লগা থাংজিং ওন্না পাগনি। অহুদগী মাইবীনা থাংজিং ওন্না লাইচিং জগোই হৌগনি পেনাস্মু খোংগনি।



লাইচিং জগোইগী মওংদি লাইচিংবদগীনা খুৎতুম জগোইদা লোইশিল্লগা পাতোন পাফল চৎকনি। অহুদগী মাইবী অনি ফমথবগা থুরুবগা লোয়নন্না লাইবক কৎতুনা থাঙ অমসুং ফিরাল লৌথৎকনি। মওংদি লাইয়িংথৌ মাইবীনা খুৎ অনিনা থাঙথুমদগী থাঙ শৎপগুম চিংথোক্কনি। লাইবেম্মা মাইবীনা ফিরাল অনি পায়গনি লোয়নন্না থাঙনা হকচাং শাবগী থৌরম হৌগনি।

১ থাওনা হকচাং শাবগী মওংদি লাইবৌদা শান্নিবা কায়াংশিংগা চপ মান্নে। মতাংসিদা মুংদা অমদি থাওলোন্না শাবতনি ব্রা ভাংবা যাদে। হকচাং শাবা লোইরগা থাওলোন কায়দনা থাংজিংগী মায়কৈদা থাও হাইগনি অতুগা থাওকক পীগনি।

থাওকক পীরগা হুং লৈথোক্লগা মাইবী অনী থাও অমসুং ফীরাল মাগী-মাগী লেংবান্দা হাইগৎতুনা খোওলোন কায়দনা মারজীং তম্না লাক্কনি।

২ মারজীং য়ৌরে, অসিদসু থাওনা হকচাং শাগনি, থাওলোন কায়দনা হাইগনি, থাওকক পীরমগনি। অসুম্না মারজীং মায়কৈদসু লোইশিল্লগা থাও ফীরাল লেংবান্দা হাইগৎতুনা ব্রাংব্রেন তম্না লাক্কনি।

৩ ব্রাংব্রেন মাইকৈদসু থাওনা হকচাং কায়দনা শাগনি, থাওলোন কায়হল্লোই। থাওকক পীতুনা লোইশিল্লগা থাও-ফীরাল লেংবান্দা তমুক হাইগৎতুনা কৌব্রু তম্না লাক্কনি।

৪ কৌব্রুদসু মমাং মায়কৈশিংদা হকচাং শাখিবগুম থাওলোন কায়দনা শাগনি। থাওকক পীরম্লগা থাও-ফীরাল লেংবান্দা হাইগৎনা ইহান হান্না শাখিবা থাংজিংগী মায়কৈদা লাক্কনি।

থাংজিংগী মায়কৈদা মাইবী অনি থাও অমমম ফীরাল অমমম পায়নগনি। লাইবেম্বী মাইবীনা মারজীংগী মায়কৈ তম্না চৎথ্রগনি। লাইয়িংথৌ মাইবীনা থাংজিংদা লেপহৌগনি। মাইবী অনি মাগী-মাগী লেপ্পরিবা মায়কৈদা থাওগা-ফীরালগা অহুম্নক খুজেং লৈবীদা কেনরগা মায় ওনশিন্নরগা খোওথাং কায়দনা চওশিন্নরক্লগা ময়ায় হায়বদি মখোয় অনি থৈনবদা থাওগা-থাওগা, ফীরালগা-ফীরালগা পাচুনগনি। চুনবদা চুই হা-হা অসুম হায়গনি।

অসুম্না কারল হঙ্গং-হন্দা মাইবী অনী মায়কৈ ওন্না-ওন্না অহুম্নক চৎনহুনা থৈনবা খুদিং পাচুন্নরম্লগা মরীরক শুবদা ময়ায়দা লৈনহুনা

লাইরেম্বী মাইবীনা রাংব্রেল মায়কৈদা অমস্তুং লাইয়িংথৌ মাইবীন কৌক্রদা চৎনগনি।

অসিদস্তু অহুন্নক থাঙগা ফীরালগা খুজেং লৈবীদা লৈহুনা কেনবন্নং মায় লৈথোক্লগা হান্নগুম অমনা অমগী মায়কৈদা কারল চৎনতুনা অহুন্নঃ চুনগনি। অরোয়বগী চুনবা অসিদদি মাইবী অনি ঈশৈ অন্নায়-তংঃ শকগনি।

## ঈশৈ

লাইরেম্মা (মাইবী)—আ...হা।

তাংখুল শারম হাওপাখঙ ॥২॥
নকোক্তা চীরোং থেৎচিল্লে
ননাদা চোম্লাং য়ানশিল্লে
পাম্বোমদা হাইজৌ শিজিল্লে
খুবোমনা য়াইসি লোনশিল্লে
নখুৎতা তাবাক পায়দনা
ননমদা তেন্দোং পোশিল্লে
তন্বনা ফনা কেজবা
তাংখুল শকফম হোংদেদা
তাংখুল নারাউবা—।

লাইয়িংথৌ (মাইবী)—
আ......হা।
নোংমাইহুবী মুরাবী
নীংঙোম্না ফনা কেজবা,
লাইফিনা খোইদোম্নরেনে
ফিমুনা কোকশেৎনদনা

ছাউশিমনা তুয়ান্নবগা
য়োংখোল্লা মাংওইনবা
নীংঙোম্না ফনা কেজববু
মুরাবী শক্কম হোংদেদা
নোংমাই মুরাবী—।

লাইরেম্মা (মাইবী)—

আ......হা।
কবুইনা থেনবুং মথক্তা ॥২॥
হাউরৈনা ঙাংনা শাৎপদো
ফজরে-নীংথিরে
রে...রে...রে...রে... ।

লাইযিংথৌ (মাইবী)—

আ......হা।
লাংদ্রেংবা পুংয়েবা
নংনা পুংবু য়েবদি
ময়ায়দা ইপোং পোংলে
রে...রে...রে...রে।

ঈশৈ অসি অস্থম্মা শক্লগা মুরাবী খোরকুনা লৌতারোন ঈশৈ শকুনা মথা শমথগনি লোয়ননা খুলং তরেৎস্থ লোয়নগনি। অস্থম্মা মুরাবী শাবীনা শম অমা য়ানগনি, শমচুগী মন্থংদা চাকয়োম, পুকয়ু, রাইয়ু, ফৌদিগী ফৌ অসি খৈবিক্লচিংবা হাপকনি। খুৎতা য়োংপাক অমস্থ পায়গনি।

অতুদগী মুরাবীনা লাইরোমদা ওনশিল্লগা, লাইগী থৌগলদা অশোয়-অঙাম থোক্তনবগীদমক, লৈপাক্কী, খুন্নগী, অমদি লৈপাক নিংথৌগী

য়াইফরোলবু লাইদা থৌনিজগনি। হায়রিবা পুন্নমক অসি শৈথাহুনা ঈশৈ ওইনা শকনি। শৈশক-শৈদাগী মওংদি শিকপলোনদা শকনি। শৈশক্কী পরীং মথাগী অসিনি।

## "থৌনি ঈশৈ"

চীংগু ইবুংঙো হা খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্বী,
(হরাওরিবা লাই মমিং... )
আ ইবুংঙো নদাইরেম খুজং অচৌবা,
তলা নংগী উয়োক-কোন
পামেল নংগীদি উরিং-গোন,
ফমদৌ নংগী নঙাইরোই
নহু নংগী নপা চানা,
ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিগী
নকুন কুম্বু কুমগাউদা নথা থাবু থাগাউদনা,
খুনথক মনিল নাই
খুনথা মরাং মক্তবু হৌরদনা—
নকুম নংগী কুমহৌরকপা—
হরাউ নংগী শকশেম তম
থৌথোক নংগী কুম্মৈ শান্নরকপবু
ঙসি-ও ঙগা কৌবা মুমিৎসিদা
চীংগুবা লাইতোন লোম্মগে
ইয়োং শংদিং ককনা
চরৈ-ও ফিরোই তাল্লগে
হায়রক্রেনে ইবুংঙো;
আ...ইবুংঙো...
নদাইরেম খুজং অচৌবসিবু

ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা—
কোরৌ নোঙ্গাজ্রিঙৈগী রাংলেনসিদা,
খুঙ্গাউবা লৈচাউবা
খুলহোং লৈহোংববু পীবিরমউ,
মপল পম্থৌ কায়দনা
পলেম মমা শেংনদববু লনকুবিয়ু
মপারী-মমোম নৌনা শেংনা খায়হম্বীগনু ;
থাংফম মৈথু খুহম্বীগনু
লময়াই কাইথিন তোইহম্বীগনু লাইয়িংথৌ,
ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক্না
নদাইরেম খুঙ্গং অসিবু
চাকহোং-ঙাহোংবা
কাউরেন শনগোন থনবা,
তয়ুম নাইকোন থনবা
কুরাউ ফান্না রাংপা
নমু পোংনা হেনবা—
পুন্সি নুংশাংববু
চাককু লনকুবীরম্মু হায়না
চীংঙু ইবুংঙো খোইমোম লাইরেম্বী অনিগী
ঙাকলৌ নাখোঙ খাদা থৌনিজরি।

ঈশৈ অসি শকুন্না লাইদা থৌনিরবগী তুংদা লৌতারোন শৈশক লৌথগনি। লৌতারোলদি হরাওরিবা লাই-লাইগী মতুং ইন্না শকনি। লৌতারোলসু মখল-মথেলনি। লৌতারোল খরদং মখাদা উৎচরী :—

১। নোংমাই লৌতারোল ২। কৌওইবী—অকোংজাম্বা লৌতারোল
৩। সৌবোল লাইরেম্মা লৌতারোল ৪। পোইরৈতোন লৌতারোল

## ১। নোংমাই লৌতারোল:—

চীংগু ইবুংঙো খোইয়ুম লাইয়িংথৌ হা য়োইবু খোইমোম লাইরেম্বী অনিমকী, লোইদাম কুমদম লৌ অমিনু ইবুংঙো, নোংমাই কাইনৌ চীংশোম্বগী মমোমলোই, চীংগী মচা হেম্নৌবী, হা তম্বগী মচা নানৌবী হা মপল তাংশক্তবী, মতুনা মীথানদবী, উমা ময়া চীংঙ্গোইবীনা নোংমাই থুলং তরেৎপু পুরদনা খাদৈ-ওদা লৌতাগে হায়য়াক্লেনে লাইয়িংথৌ।

### "লৌয়াম ঈশৈ"

চীংগু খোইয়ুম লাইয়িংথৌগী খালৈ মরৌচানে য়াল্লোহে
হো য়ানসে —।
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্বীগী খালৈ মরৌচানে য়াল্লোহে
হো য়ানসে —।
ইপা লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে —।
ঈপু লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে —।
খুঙ্গাওনবা লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে—।
লৈচাউনবা লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে—।
লৈবাক ময়া তপমবা লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে—।
নিংথৌ পুন্সিনবা লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে—।
লোইমোম কৌরম তরেৎ লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে—।
কৌরেল-কৌজাই লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে—।

# "পোইরৈতোন লৌতারোন"

লাইপুংথৌ ৯ অমসুং লাইনুরা ৭ কী লৌতাবোন্নে।

## "ঈশৈ"

হোইরৌ হয়া, হোইরৌ হয়া, হোইরৌ হয়া,
হৈয়া সো, হৈয়া সো, হৈয়া সো,
ইং সো, ইং সো, ইং সো,
হে-হে-হে হুপ-হুপ-হুপ-হুপ।

লমলেন মদা কংলৈয়োন্দা পুং ময়োন্দা
য়োইময়াইবু তাওদনববু তাওরোইনাইবু
সনাতোনবু খোমদোনবু থবিরেনবু
শেঙ্গোইরেনবু অপানবদি লৈজহনখিসনো।

## সিকপলোন শর্কনি (পেনা মরোলদি)

হুয়ি চকভৈগীবু চীংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ য়োইবু খোইমোম লাইবেম্মা চীংঙু-ও, হা-নতৈ ননাউগী লোইদাম কুমদমলৌ অসিবু খল্লে লৌতা হৌরকভৈগীবু ইবুংঙো—।

আ ইবুংঙো শরেন নোংশা খ্বাংনৌবনা অরৎ ফাইয়ে, পামবা কৈরেন য়েক নাইবনা তিতি ঙমগা ফাবদনা ইবুংঙো খাওরৌনা পোপ্পু ওইরেনে, হা লিন্দুনা পোপ্পু কাংজৈ ওইরেনে লাইয়িংথৌ।

ইবুংঙো নারিলনা লুমলি থৌরি ওইরে, লিনখাকনা য়াইথুম্বিং ওইরে, ত্রিবুন-নাপুন্না য়োং থাংলি ওইনা, হা তাংলৈনা য়োংচৈ ওইরে, খৌনাইবনা লাংগোন ওই, ঙৌনাইবনা য়োংথোন ওইরেনে ইবুংঙো।

থেঙ্গুনা লোংখুম ওই, লিলহানা চৈপুন ওইরদনা তরেৎ হাকক শোন্না ৎিতি ভমগা চিংনা খাল্লে লোথোই হৌরকঙৈগীবু চীংঙু নকুম কুনদম্ববু খোইয়ুম লাইপুংথৌ ৯ মকা য়োইবু খোইমোম লাইমুরা ৭মক লাংলেন কোংয়াং ব্লারুকোক্লা অকোকপদা থৌরৈ নিংতুমপান তেন্না য়োংপাক্লা য়োংলৈ নোংনা ফান্না খাল্লে লৌতা হৌরকঙৈগীবু ইবুংঙো।

অা ইবুংঙো খোইয়ুম নংগী থাজ ব্লাকাওদনা খোইয়ুম নতৈ-ননাওনা খোইয়ুম নকুম তম্ববু ফংলক্লবগী চীংঙু নরমবু খোইয়ুম অমাইদা অশৈ লৌতা য়োইরেম লৌতা অনিমক্লা হাউশি ভমগা চিংনা খাদি য়োমলোইহৌ, অশৈ খোংফাংলেংগা পোইরৈ খুঙ্গা হুপ তয়ুম লাইচা হৌনা য়োংলৈ নোংথাং কুপলকলেনে ইবুংঙো।

ইবুংঙো তেংপাক লাল্লুশা, হারু নোংগা ফৌ পোরোম মতাশন, কাইথেং মরু তুপনা য়ুবা, খুমল তানা য়াংদৌ মমৈ শম্না ব্লাহি কোক্লাই তুপ, লৌরি শুংদাই য়াম্না পিরেন মচিখোম্না খালৈ ভমথুংলক্লে হেয়িয়ে-ও অা ইবুংঙো, খোইয়ুম লাইয়িংথৌ।

য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা চীংঙু অনিমক্কী খাল্লে-ও নংগী লৌরেনবা, নাইচি লৌরেনপাক্লা পাকপা অসিবু কেগে মোইরাংচাদি শিদ ফৌ, নোংয়াই খুমনচাদি নাদ ফৌ নোংবান লোইজ য়াংবা লোইমোম ফৌবম ওরেৎক্লা থাংই চোইনা লং য়ামচেং, লৈকুপ শিরেদো হেয়িয়ে, চীংঙু নরনকু খোইয়ুম নথৌচানববু পোইরৈ মীপুমনবু ব্লাঙম তেংলৈ চীংদাই নাই থাংই মপান ফাবা লোইমোম মহৈ চুম্ববু লনকুদিম হেয়ি-ও।

## "অরোইবা"

চীংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা, চীংঙু মতৈ-ননাওগী লোইদাম কুমদমলৌ অসিবু খাল্লে ভমথুং তাল্লে হেয়িয়ে

নয়ু লৈবু হোংনেম লৈবু লৈপুনসিবু শীংঙেল তোংদম পুন্না লৈরাং খৈয়োম শানা খোইয়ুম সনা নখোঙখাদা শীংঙেল লৈরাংনা শিল্লন্নগে হেয়িয়ো।

আ ইবুংঙো খোইয়ুম লাইনিংথৌ য়োইবু খোইমোম লাইবেম্বী অনিমক্কী নদাইরেম খুঙ্গং অচৌবনা হরাও শকশেন তম থৌদোক কুম্মৈ শান্নবকপবু ইন্নুংবা হুমিং শীংবুম ১২নি শুরকলে, আ ইবুংঙো চীংঙু লাইতোম লোম্লসি, ইয়োং শংদিন কল্লসি, চরৈ ফিরোই ভাল্লগেদি হায়রক্লে। চীংঙু ইবেম্মা অনিমক্কা কোরৌ নোঙ্গাম্রিঙেদা নদাইরেম খুনবুকলেন অচৌববু খুঙ্গাউবা-লৈচাউবা, খুনহোংবা-লৈহোংবা, চাকহাং-ভাহোংবা. শিদয়াই নপান থাবা, নাদয়াই মউ লিংববু পীনবিয়ু লাইরিংথৌ।

আ ইবুংঙো পারি নৌনা শেংনহনবীগন্নু, মমোম নৌনা কায়নহনবীগন্নু, মপল পম্লৌ, পলেম মমা কায়নহনবীগন্নু, নদাইরেম খুঙ্গংবু থাংফন মৈথু খুহনবীগন্নু লময়াই কাইথিন ভোয়হনবীগন্নু, মীকপ-মীরাউ ভোয়হনবীগন্নু, চীংঙু ইবুংঙো ইবেম্মা, চীংঙু নথৌ চান্না চানবিরমউ, খোইয়ুন নরন কুনা কুবিবমউ।

চীংঙু ইবুংঙো খোইয়ুন লাইরিংথৌ, চীংঙু নতৈ-ননাউগী লোইদাম কুনদম লৌ অসিবু নোংমাই কাইনৌ চীংশোম্বগী মমোমলোই চীংগী মচা হেনৌবীনা নোংমাই খুলং তরেৎ পুন্থনা খালৈ লৌভাগে হায়রক্লে।

## "শোবোম লাইরেম্বা লৌতারোল"

হোইরৌ হয়া ৩। হয়া সো ৩। ইং সো ৩। হে-হে-হে ৩। হুপ হে ৩। লমলেনমদা হেয়ি-ও। রাইরা চেংলৈ লমহন্দা হে-য়িও, লম্মাবা নংবু চৈনম লমলোইদা হেয়ি-ও।

মালেম হৌঙৈগী লৈগা হৌঙৈগী, কোরৌ হৌঙৈগী নোংগা হৌঙৈগী, পোইরৈ শেমঙৈগী, লৈগা শেমঙৈগী, নহাল নোং হয়িঙৈদা, ঙাগী নিংথৌ মপুথিবা কৌনা পোক্লবদা মপন নিংথৌ মপুথিনা কোরৌ হুমিংসিদা রাইমলকএ ।

হে ইমোম সৌবোম য়ারেন চনু শানা খোংনাং লৈমা, শানৌ নচিন ননাওবু, ইপনগী লোইদাম কুমদমলোদা খালৈ লৌতাক্লও হায়না পাওমেন রাগী, মপন কোল্লোই ময়াথংবু মালেমৰ্ লৈদা তাফদবনা য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা সৌবোম য়াইরেন চনু শানৌ মচিন মনাউনা লমলেন মদাইমা, হৈরেম চীং, খুজ্জান লাল্লুমথেন, সৌবোম পলেম য়াইবু নাতৈননা খালৈ লৌতাগে হায়রেদো ।

ইবেম্মা লাংলেন কোংয়াং রারুকোন শাফবা থৌরৈ নিংতুম্বা তেংনৌ য়োংফাকপবু য়োংলৈ লোংনা ফান্না লমলেন চেংলৈ উন্নুংতা, মপন লোইদাম কুমদম লৌদা খালৈ লৌতাখিএ হেয়ি–ও ।

য়োইবু খ্বাংচেং মচিলাং, অশে খোনমান্ননা য়োইময়াই তাউদনবনা মপন থৌরি লৈমনু, লাইরেম্মা শাফবী সনা লিনগোইগী নোংপোক খাগী নহা শাফবদি, নোংপোক মরাইতা খাগী লোইমতোন অরা মচৎলন হুমিংসনা মৈকোইরমগী, লমকা হৌরক্লে। খিং–খিং কারক্লে হায়রতুনা শৈশক্লরিঙৈদা নোংপোক খাগী নহা শাফবা লাংগোই শগোল অপাইবক শমুদোন খোঙওইনবা সনা কোরি চুমবুন খুৎশুনা লুপা হংজৈনবনা, শানৌ মচিন–মনাউবু পাউহংলকএ ।

সৌবোম য়াইরেন চনু, শানৌ নচিন–ননাউনা লাংলেন কোংয়ান রারুকোকনা তেংকোক হৈরোই নাইবু খুবাক তিল্লাই–মেন, য়োংলৈ নোংথাংকুপ থৌরৈ তোনগালাং হারু নোংগা ফৌনা কোরৌ হুমিং মঙানিবু খালৈ লৌতাবদি তেমপাক লৈতুম কয়া শুরবনো হায়না পাউহংববু, য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা শানৌ মচিন–মনাউনা কোরৈ

মুমিৎ মঙানি তেমপাক মপুম মশীং থীঙমদবগী তাংজ মরু লুক্না ছুইয়াই শংগোইখিএ।

য়োইময়াই তাউদনবনা নোংপোক খাগী নহা শাফববু নেংচুপ ঙমথংনখিরে। শানৌ মচিন মনাওসু খালৈ লৌকা য়াল্লক্লবদা মপন নিংথৌ মপুথিবনা পাউহংঙমএ। হে সৌবোম য়াইরেন চন্থু শানৌ মচিন-মনাওদি করিগী খালৈ লৌকা য়াল্লক্লবনো হায়না পাউহংববু। হোংগোইদা ইপল-ও, নিংথৌ খাগী নহা শাফবনা কোবৌ মুমিৎ চুপনা খালৈ লৌতাববু নমোম ইবিংঙানা তেমপাক মপুম মশীং থিঙমদবগী পাউথুম ঙমদবনা খালৈ লৌকা য়াল্লক্লবনে হায়না পাউথুমলবদা, হে ইমোম পেম্মা-ও নপন নিংথৌ মপুথিবা এবু নোংমল্লবরা হায়না পাউহ লম্লবদি ইমোম করিগী তাংজা ইকাইকবনো।

হয়েং কোরৌ মুমিংমদি এস্লুং খালৈ লৌকুমগে হায়না পাউমেল্লবদা লৌবা চিংলেন নোংগা শোইয়ারবদা, মপন নিংথৌ মপুথিবস্লুং খালৈ পুংথক্কা ইলুম নাউসং অমা খাগা থা ইলুম শোক্লোংতাং অমা থক্কা থন্না ঙাইখমলে। নিংথৌ খাগি নহা শাফবদি নোংপোক মরাইতগী পাওলেন নাতে কাঙনা লাঙ্গোই থুরুপ মানবনা হৌরক্লবদা খালৈ য়ুপুং থক্তা সৌবোন য়াইবেন নিংথৌ চন্থুনা মপন কোলোই মপাউতগী পাউহ লকএ। নিংথৌ খাগী নহা শাফব-ও, কোরৌ মুমিং মঙানিগী লাঙ্গোই নথুংনেৎকী তাংজা মখোঙগুনবু কয়া শুবনো হায়না পাউহংববু কোবৌ মুমিৎ মঙানিগী লাংগোই মখোঙগুনবু থিঙমদবগী নশাবী নিংথৌ খাগি নহা শাফবদি তাংজ ইকাই শিথোইদাখিএ।

মপন নিংথৌ মপুথিববু শিগবরা শিজ্রি-এ, তুরেল রাইখুবিচাবু ঙইনা শালওনখি, য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা সৌবোম য়াইরেন চন্থু শানৌ মচিন-মনাওগা মশাবী নিংথৌ খাগি নহা শাফবগা খোইয়ম নখায় অহুম্না চিঙ্গোই পাওরৌনরক্তুনা মালেম লৈহৌনরকতগীবু চীংঙ,

কুমগাওদা লোইদাম থাজ য়ানিদান্না লোইদাম শজিফু কুমহৌ থাদা মুমিং চৈচেন্দবা অসিদা শানৌ নচিন-ননাওনা নপনগী লোইদাম কুমদম লৌদা খালে লৌতাগা হাইবগী নদাইরেম পোইরৈ খুঙ্গা হৌ তম্মুম নাইজাতিনা অশৈ খোংফাংলেং অমাই লাকলৌশিন্না চীংঙু নরমবু খোইয়ুম অমাইবনা অশৈ লৌতা য়োইরেন লৌতা মৈনা হাওসি ওমগচিংনা কোংয়াং খাংতপ পায় য়োংলৈ নোংথাং কুপ তেমপাক লাল্লুশা হারু-নোংগা ফৌ পোরোম মতাশম কায়থেৎ মরুপতুপ য়ুপা খুমনা তানা য়াংদৌ মমৈশম য়াহি কোক-তাইতুপ লৌরি শুংদাইয়ন পিরেল মচি খোমনা চীংঙু নপাউশাবু শৈশকপা, খোইয়ুম নপাউবু তেংথাননা থালৈ ওমথুংলেদা হেয়িয়ো —।

ইবেম্মা য়োইবু খোইমোম লাইবেম্মা সৌবোন্না য়াইরেন চনু মালেম লৈহৌরক্কী কোরৌ নোংহৌরক্কী শিদবা মপান থা নাদবা মউ লিংবী মপন নিংথৌ পুথিবগী লোইদাম কুমদমলো অসিদা মালেম লৈপাক মনমসিনা কেগে মোইরাংচাদি শিদফৌ নোংয়াই খুননচাদি নাদফৌ নোংবান লোইজা য়াংবা লোইমোম ফৌরম তরেংনা থাংয়ি চোইনা লং য়ামজেং লৈকুপ শিরসে য়োইবু নরনকুবু নদাইরেম নমু মীপুমবু শেন্দনা থাংয়ি মশান ফবা লোইমোম মহৈ চুম্ববু লনকুবিয়ু-ও।

নপারী ইমোম ওক্লবা কোথা কাওথুম তানশমসে চীংখোং ইবুং ওক্লবা লিংলু থম্বাল লাংজেমসে। হে খোইমোম লাইরেম্মা সৌবোন য়াইরেন চনু নদাইরেম তাইবঙপান পুন্নমকপু থৌজান তাহেন নাইদবী নওগা নশানৌ তমফাতোন সনা খোংনাং লৈমগা শানৌ নচিন-ননাওদি চীংঙু লাংওন মরিরক্তা সনাকোন্নুং থৌদাবী কাজেং য়োহ্লিং কাদবী তম্ফা চেংলৌশক পাম্মোইবীবু মুরা লাংজেং মথোক্লকপিবু ওইনা পানফবী শানৌ নচিন-ননাওনা নরম খুরাই খুনফমলেন অচংবা অসিদা মুমিং অনি খোকপগুম থবা অনি পানবগুম নপন মুংবান অপানবা মমুম

মাক্তা চেংজা তুপ্তম্ববু লেপনা খিল্লিবী শানৌ নচিন-ননাওনা চীংঙু নরম্বু খোইয়ুম অমাইবা ঐনা চীংঙু নতিক অরুববু তেংথাঙমদে হায়বগী চীংঙু থাথিবিগনো অরাই লাংবিগনো, চীংঙু সনা নখোঙ খাদা হুয়ি হয়া লাউনা কোলশিল্লমগে হেয়ি-ও।

নোংমাই লৌতারোল নত্তনা অতে লৌতারোলশিংদি মফম-মফমগী মতুংইন্না শক্নে। মফম-মফমগী লৌতারোলশিং অসি শরুগা অরোইবদা নোংম ই লৌতারোল য়াওদবা য়াদে। নোংমাই লৌতারোলদি মফম পুদিংদা চন্নে। মথক্কী চেনাদা নোংমাই লৌতারোলগী লৌয়ান ঈশৈগী হো য়ানসে হায়বা তাক্লা নোংপোক চীংখৈরোমদগী তাংখুল থোরক্কনি। মশাদা লীরুং-তেন, তাবাক অমস্তুং পাই অমা য়াওগনি। লোয়ননা থুলং শৈহেক্তা ঈশৈ লৌগনি মায়কৈ মরী তেঞ্জিন তমত্তুনা তিনমু-লাইমু খিবিক ঙাকথোক্কনি।

"লৌয়ান ঈশৈ"

চীংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌগী
খালৈ মরোচানে য়াল্লোহে
হো য়ানসে —।

য়োইবু খোইমোম লাইরেম্বীগী
খালৈ মরোচানে য়াল্লোহে
হো য়ানসে — ।

ইপা লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে।

ইপু লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে — ।

থুঙ্গাউনবা লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে।

লৈচাউনবা লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে।

লৈবাক মরা তপ্পবা লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে —।

নিংথৌ পুন্সিনবা লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে।

মোইরাং ফৌরম তরেৎ লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে —।

ফৌরেল-ফৌজাউ লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে —।

মতাং অসিদা তাংখুল শাবনা নোংপোক চীংখৈবোমদগী থোরক্কনি, মশাদা লীরুং-তেন, তাবাক, অমস্থং পাই অমা য়াওগনি। লোয়নন থুলং শৈহেক্লা ঈশৈ লৌগনি।

"ঈশৈ"

তাংখুল—চীংশোমগী খুন্নুদি লমলৈমা
লমগী খুন্নুদি থারম্মি,
ইবেম্মা চেক্লা নংনা
পামেল সৈয়ি থেমজনিবু মৎক্লা তোংলদুনা,
চেক্লাগী পোম্বী নওনা
চেক্লানা নথৌ ইপোং-পোং
পোম্বী নওক ইচোই-চোই,
ইবেম্মা চেক্লানা—

পাখঙ ঐবু চিংনগী-চিংনমক্তবু য়েংলদনা
পোন্বী নঙনা অরাক তম্না-তম্না
কু-কু রু-কু হায়নমক্তবু খোংবদি,
চেক্লাগী নরোন খঙদবগী মরম্না
পাখঙ ঐগী উনবী পুক্লিং ককণ্ডাওনরেনে,
চেক্লা-ওদা পোন্বী নঙবু
নপাউ শেংনা তমলোয়াও-ও ইবেম্মা।

মুরাবী—চীংশাংনিদি অশুকপা
নারলনিদি অঙনবা—
তম্না নাকয়েখোল
মালংমক্তবু পাওদম্বদি—
কোরৌনা খাককুম-খাক
য়াংবলনা লাউতুম লাউবদি—
শারাউখোল—
চীংঙল-ওদা অরেম্বা
হা তম্বা নঙবু
কনা ওইরবনোনে নহাকপু।

তাংখুল—চীংগী খুন্নুদি থারিকপী
লমগী খুন্নুদি লমলৈমা,
ইবেম্মা—
পামেলগী শৈইহি উকাথক্তবু তোংলগা
পাখঙ ঐবু অথাবা মীৎয়েং য়েংহনা
চেক্লা পোন্বী নংনা
খোম্বাং নাইনা-নাইমক্তবু খোংবদি ইবেম্মা,
পাখঙ ঐনা—

ইদোমগী নাম্মগী পংশোই নাইবগুম
চেক্লা-ওদা পোম্বী নহাকপু
নদোমগী নাম্মগী পংশোই নাইরবনে ইবেম্মা।

মুরাবী—চীংঙু অরাং কোরৌ
লংমাই হুম্বা চীংদবু নোংশিংনা,
কৌবা চীংলেন চীংমাই নোংফাইনবদা
শরী পলেপ্পবদায় ইবুংঙো,
খাবনা মায়থিরমদাইদা
থারৈ-ওদসু লমমুংশি
পোইরৈ ঙমগা ওল্লগেরনে ইবুংঙো।

তাংখুল—আ ইবেম্মা—
লংমাই শারম্ননিদি লৈম-ও
লাংবল উচিখোই খোন্দানবী মুরানা,
চম্মুনিদি লাইয়োইনা
ক্ষিমুনা খ্বাংওইনা—
নপলনা সেলোইনিদি চীংমুংপোক
ভধ্বনিদি লৌরেনচিং—
শজিফু লৈথোং ফাৎমিল্লসি
কুমজা লকয়েন তাইমিল্লসি
হায়বদাই ইবেম্মা—
প্যাথৌ মঙাংলোই-অঙোম ময়েকচাদবু
মুরা-ওদা মফম মানবী নংবু
নীংঙোলসু লাংওন মতম ওইরক্লেনে
ইবেম্মা —।

মুরাবী—চীংঙু থরাকনরে—
য়ুহাগী লৈহারেনে,

ঈপলগী তাংসক তববু
ইতুগী য়ুমলিংদববু,
ঈপল অঙৌবদা তাংসকনৈ
ইতুমক্তবু য়ুম লিংঙোই,
মালং নংগী খোঙদোইবু কাওদনা
তাইবঙ ওকলোই কোন্দা
নমু মীপুক হুনমক্তবু লাংওলে,
হৈ মক্তবু লাওনা—
হৈয়া মক্তবু নোংশিংনরে,
খোইয়ুম নঙগী লাংওল অসে
নীংথিজৈয়ে নীংথিজৈয়ে ইবুংঙো— ।

তাংখুল—আ ইবেম্মা... ?
লংমাই শারমনিদি লৈম—ও—
ইবেম্মনা তরা চাকঙনমক্তবু চারগা,
লাইফিনা খোইদোম্না
ফিমুনা কোকশেৎনরদনা,
হাওদৈ অয়াকপা—
য়াংলৈ য়াংলৈ হাল্লদনা,
নীংঙোলনা হাউশম তুংয়াম্না
য়োৎলৈ লেংদা থোং
য়োৎখোক মাংওইনরদনা,
নোংমাই খুলং তরেৎ পুরগা
নপলগী খালৈ মরৌচা অচৌবদা,
অয়ুক য়েন্দা অঙনবদগী
তুমমু লৈকন ভৌ
মালেম লৈথোং কাংববু,

য়োংলৈ নোংথাং কুপ্পবু
য়োংলৈ মশীং কয়া শুরবগে
নীংঙোল ওইবী—
নপাও শেংনা তশ্মুগবা ইবেম্মা।

মুরাবী—আ ইবুংঙো...?
তম্বা ওইববু নহাক্না
নপলগী শেলোই চীংঙ্গাউনিদি অৱাংবা
মাঙন তরং হৈয়াই ৱাংববু চীংদগী—
পাখঙনা অয়ুক্কী য়েন্দা অঙঙবদগী
তৱাগী চাকঙন চারগা,
খুবোম য়াইসি লোনশিল্লে
খুদাং হাইজাও শিজিল্লে
নাদ চোম্নাং য়ানশিল্লে,
লীরি তেনগা নমদা পো
তিমেনগী তানা খুংতা পায়রদনা

অয়ুক য়েন্দা অঙঙবদগী— মীতৈ তমদা খোঙ্গুমলকপবু
পাখঙগী থাংলকপা খোঙথাংগা—
য়োংলৈ মশীংগা মান্নয়ে —।

খোইনোখোয় চেক্লাগী মরোলশু লৌকম খঙদে নীংঙোল ওইব মুংঙোল্লেদা তোকলে উমবী পুক্নিং য়াম্না খোইরাংলে থালৈ ঙমথুং তানব লৌ য়াম্লসে

ফৌঙাং ফৌহুম লৌনি য়ানসিদা
হো য়ানসে —।

তুমাই ফৌগাক লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে — ।
কুম্বী চংলৈ লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে— ।

তাংখুল—ও ঃ নোংমাই ইচল ?
কুরি ওইত্রা ইবুং ।
এ ইচল ক্রিরিগীনো এগী মরৌ য়ানপ্রা ।
চীংঙু ইবুংঙো খোইয়ুম লাইয়িংথৌগী খালৈ মবৌচানিদা য়াল্লোহে,
হো য়ানসে ।
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্বীগী খালৈ মবৌচানিদা য়াল্লোহে
হো য়ানসে ।
লৈপাক মরা তানপা লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে ।
নিংথৌ পুন্সিনবা লৌনিদা য়াল্লোহে
হো য়ানসে ।
লৈবাক মরা তান্না লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে ।

হো য়াল্লো,
হো য়ানসে ।
হো য়াল্লো,
হো য়ানসে ।
ইপা লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে ।
ইপুনা লৌনি য়াল্লোহে,
হো য়ানসে ।

তাংখুল—ও...নোংমাই...মুরাবী
ও...নোংমাই...ইচল
ও...নোংমাই...মুরাবী ।

কৃরিগী নীগী মরৌ য়ানপ্রা।
তানা খিনকে তেন্না কাপকে শরীসো।
ও: য়ানকনো-য়ানকনো-য়ানকনো কৃরি ওইপা শাত্রা।
মতমসি তাংখুল ওমপী পুক্লিং মুংওনখি।

মুরাবী—ও: তাংখুল কোকচাওবা নারাওবা। ঐগী ইরৌ চা পামলো
য়ানপবু তাংখুল কোকচাওবা নারাওবা নপচোবা নঙনা য়ানকনো
য়ানকনো হায়পা শাবদি কৃরি ওইবা শাপ্রা।

তাংখুল—নোংমাই ইচল ঐকী মরোনে য়ানকনো

মুরাবী—ও: ইপুং ঐকো পামলোনে য়ানকনিয়ে।

তাংখুল—ও: নোংমাই ইচল য়ানকনো। ওমপী নমুং য়াংকনো তাসিনা
লেংকনি।

মুরাবী—ও: ইবুং ওমবী নমুং হৌগনো। তিলাং নখোয় শাওখিগনো।
নচল ওইপী ঐনা য়ান্না অমত্তা চংগোইকে।

তাংখুল—ও: ইচল, নীংঙোল ওইপী নংনা ইপুং য়ান্না অমত্তা চীংগোইকে
হায়তনা-হায়তনা শাবদি নপুংনা মুংশি শাবা ওইখ্রেতা য়ান্না
নপাও চীংগোই শাবা ওইয়ো ইচল।

মুরাবী—ও: ইপুং, ইবুংবু পোইবৈ কিদায়রাইতা পানপ্রা। কৃ তৌপা
লাবপ্রা। কৃ-কৃ পোরকপ্রা য়ান্না চীংগোইপিয়ো ইপুং।

তাংখুল—ও: ইচল, ইচনগী য়ান্না অসিদি নপুং ওইপা ঐদি মখোঙ
থাংতনা চংনীংতপা ওইয়ে, তমপা ওইপা ঐহাক্না মুংশি শাখ্রেতো
ইচল।

মুরাবী—ও: ইপুং নচল ওইপী ঐস্থ ওমপী ইমুং হৌই। তিলাং
খয়োংনৈদা মুংশি শাখ্রেদা।

তাংখুল—ও: ইচল, ইচলনা নপুংপু মুংশি শাপা ওইপ্রা তমপা ওইপা
ঐহাকস্থ ইচলপু য়াম্মা য়াম্মা মুংশি শাখ্রেতনা ঐগী মপুকসে থরো
থরো ওনপা ওইয়ে।

তুরাবী—ও ঃ ইপুং, নচল ওইপীনা পাওহংজপপু কুগী পাওখুমতপা ওইপ্রা।
ভাংখুল—এ ঃ ইচল, য়েমপী নমুং হৌকনো য়াব্রা চীংকোইপীকে।
তুরাবী—হো হায়পা শাপীয়ো হায়পা শাপীয়ো ইপুং।
ভাংখুল—হো ইচল ঐতি লোইপী অব্রাংপা চীংতা পানপনে। নপুংতি লংহৈ কুমচা অসিমা য়াম্না য়াম্না অব্রাপা শাপীতনা পামস্রু থবক শুপীতে। নহাল হৌখিবা কুমগী পামদগী লফু মকক মনাও-পনাও পাম্রেং-হাম্রেং থবী মচা-মশু খরা হেকলুই। অসি পুতুনা মীতৈ তমতা পুত্থনা লাকপীপনে।

তুবাবী—হো ইপুং অত্থুদি কু ওইপাকিনো?

ভাংখুল—এঃ ইচল, নখোয়কি মীতৈ কৈথেলতা ঐকি মপোৎসিগা শেনচাকা ওন্নপীকে। অতুকী শেনচা অতুনা ঐকী মুপীকী ফনেক মপানতা হাপ্পপা হিগে কুমলং খরস্রু ঐকী শেনচা অতুকা শিন্নপিকে হায়-পীপনে। মীতৈকি লাংখোঙ খরস্রু তৌপিকে অত্থুগা শেনচা খরা নিপিকে হুইপী-হুইনাও খরস্রু লৌপিকে লাকপনে।

তুরাবী—হো ইপুং, ইপুংনা য়াব্রা চীংকোইপীপতো য়াম্না মুংশি শাবা ওইয়ে। হৌখিপা চহিপু য়াম্না-য়াম্না অনাপা শাপিতুনা রাম্রদনা পাম য়ানপা ওমতে থায়নকী পামতগী লফু, পান, হব্রাই-থাওপাক, থবী পোরকই। হব্রাই শীংঙেল খরা থাবস্রু উতীনা কোকোন্না চাথোকখ্রে অসিরা ইপুং।

ভাংখুল—হায়পিপনে-হায়পিপনে ইচল।

তুরাবী—হো ইপুং অতুপু ইপুংনা চীংতকী কুমথরকপপু কুরিকি থাত কুমলকপা ওইপ্রা।

ভাংখুল—হো ইচল কাওপিপা ওইখ্রেনা থনপীখিকে থুনপিখিকে। হো ইচল খঙপীপা ওইরে খঙপিপা ওইরে। নপুংনা চীংতকী কুমপীপা থাতি থরান থাকী মনৈতা কুম্নপীরকপনে।

মুরাবী—হো ইপুং, ইপুংকি য়াম্না নপাও অদো নীংঙোল ওইপী ঐখোয়ন
তাবদা ইপুংপু য়াম্না মুংশি শাবীবা ওইয়ে।

তাংখুল—হো নোংমাই ইচল, ইচলনা য়াম্না মুংশি শাবা ওইয়ে হায়-
গদৌবসিনা ওইপা মায়ে, নপুংনা ইপলকি মণ্ডন থরং হায়াই রাংপ
চীংতকী অস্থম-অস্থম কুমপীরকপদা নপুংনা য়াম্না রাপিপা ওইপিবে
ঐকী মপুকসি লামলে, ঈশিং খোংতা চরা রানকে হায়তন
চণ্ডপিপত্তা পামেন-শহি উফৈ থক্তা পোমপী অনি থকনা তোংপীরম্নে
পাথঙ ঐবু মনিংনা ফজনা য়েংবীবা শারে। চেক্লা অনি অভু
পোমপী মণ্ডক ইচোই চোইনা চেক্লা মখৌ পো'না অরাক্লনা খোংখিবদ
ইচল নংসে উগদৌবা ওইবা মায়েনে য়াম্না মুংশি শাপা ওইখ্রে ইচল

মুবাবী—হো ইপুং, ইপুংকী য়াম্না নপাওতো তাবতা নীংঙোল ওইপ
ঐস্থ কুপ্তবী অমা নীংশিংলকপা ওইয়ে।

তাংখুল—ক ওইপ্রা ইচল হায়পা শাও।

মুবাবী—হো ইপুং য়াম্না মুংশি শাবা ওইখ্রে। ইপুং নঙোন্দা হায়প
হায়নিংতেতা।

তাংখুল—হো ইচল হায়পস্থ ওইয়ুত্তা ঐস্থ থরা তাপিপা ওইকে।

মুরাবী—হো ইপুং, নচলনা য়াম্না চাংকোইপিপা ওইপিকে।

তাংখুল—হো ইচল হায়পীপা-হায়পীপা ওইয়ু।

মুরাবী—হো ইপুং, ইপুংকী মশকসি উকতৌপা ওইপা মায়ে। নীংঙো
ওইপী ঐনা পুলাং-লুরোই থুংতা পায়তনা লাইজ ইপাল লাংকেই
ময়োল শংকে হায়তনা ইপলকী লাইজ হিদেন তাফমদা নচলন
চংখিপপু ইরোলমুং থোংক্রা মপানতা ক কৌপনো থঙতে ফুরি
ফুরাংমু থুংই ঐকি ইখুং অম্বক চাওই থরা পীকপা অমকা থ
চাওপা অমকা অনি লৈরমই।

তাংখুল—হো ইচল করম ভৌপা ওইপ্রা।

নুবাবী—ইপুং অনিথক্কো অম্নম্না চপ মান্নবা লৈ। অতুকা মমিংনা মুম্না য়েংই নীংঙোল ওইপী ঐপু ওমপী মপুক্কিং শাওপরা খঙতে, খরা চাউপতুনা ফন চোংশিল্লগা খরা পীকপতুতা মকোক্তা চিকথায়পীরে। খরা পীকপিতো নাবা ওইপা মাম্নে, পংকপ-কম্লিপা শাথ্রেনে ঐতি য়াম্মা নুংশি শাপা ওইখ্রেনে ইপুং। তমপা ওইপা নংপু উকতৌপা অসিনা ওইপা মাম্নে ইপুং।

তাংখুল—ওঃ ইচল য়াম্মা নুংশি শাপা ওইপা জাৎনিনে ইচল।

নুবাবী—ইপুং অতুপু কু ওইপ্রা নচল ওইপীতা পাওতমপীয়ু ইপুংনা।

তাংখুল—এঃ নোংমাই নুরাবী নওনা হায়পিপা শাপতুতি অম্নক চাওয়ে অম্নক পাকই ফুক্রি-ফুরাং থুংই হায়পা অতো ক্রিস্থ নত্তে। মীকা মমিংতি হঙোই পোনদে নুরাবী ইঙা কুমতমপী ইঙেন কুমথাইনপী হঙোই পোরাপী হায়প্রতুনে ইচল।

নুরাবী—হো ইপুং অতুতি নীংঙোল ওইপী ঐনা য়াম্মা নুংশি শাবা ওইখ্রে।

তাংখুল—হো ইচল নংগী নশকসি উরগা ঐতি ইথোঙ থাংতনা চৎপিপা ওমলোইতৌরে।

নুরাবী—হো ইপুং হায়কনো হায়কনো নীংঙোল ওইপী ঐতি মপু লৈবা উরোং খিনপা নীনে নামুং শাবা ওইয়ে হায়কনো-হায়কনো।

তাংখুল—হে নোংমাই নুরাপী ইচল, ঐস্থ নংকীতমক মপু শাপা য়াইনা উরোং খিনপীপস্থ য়াইনা।

নুরাবী—হো ইপুং, হায়কনো হায়কনো ইপুংনা হায়পস্থ য়াপিপা ওইকে। ইপুংস্থ তমকী সনা কৈথেল কারুনি হায়পতো কারুপা ওইরো। নচলপু নুংশি শাই হায়পীপনিনা নীংঙোল ওইপী ঐগীস্থ কুৎমপা থুদোলপোং অনৎতা লৈপিপা ওইয়ো।

তাংখুল—ওঃ নোংমাই মুরাবী ইচল কু পাম্বা ওইপ্রা ইচলনা পাম্পতো
ইপুংতা হায়গীপা শাও লৌপীপসু ওইকে।

মুরাবী—হো ইপুং নীংঙোল ওইপী ঐনা পামপতি নীংঙোল ঐদি
থুনিংথৌ অসিতা হুকচনতনা শিপা য়াবা চক খুদোপ অমখক্তা
লৈপীপসু ওইবো নচলপু মুংশি শাপা ওইরপতি।

তাংখুল—এঃ ইচল, নপুংনা লৈপিপসু ওইকে লৈপিপসু ওইকে।

মুবাবী—হো ইপুং অদু ওইরপতি ইপুংসু খোঙদোইপীরো নীংঙোল ওইপী
ঐখোয়সু অরা শাপীপা ওইতনা পামতা ইপুংপু ঙাইবা শাতনা
লৈপা ওইকে ইপুং।

তাংখুল—ওঃ ইচল নোংমাই মুরাবী ইচল নখোয় পাম য়ানলমকমুকো
ঐপু ঙাইপিপা ওইনা লৈপিপা ওইয়ুকো। ঐসু তমতা চৎপীপা
ওইকেকো।

মুবাবা—হো ইপুং খোঙতোয়পীবো-খোঙতোয়পীরো।

তাংখুল—উম কু ওইপ্রা ঐনা অমুম-অমুম লাকপীপতা মফম অর্সি
ঐকী মমিং অসিনা য়েংপিপতা য়াম্না য়াম্না মুংশি শাপা ফজপিপ
ওইখ্রে কনাকা ময়ুম ওইপ্রা। উমঃ মীতৈ ময়ুম ওইপা তায
মখোয়কী ময়ুমতা ঐ চঙপিপা ওইকে।
ওঃ মীতৈ ইপা কিনা লৈপ্রা। ওঃ মীতৈ ইপা কিনা লৈপ্র
ঐনা কৌপা শাবসে নিংথৌ ওইপ্রা। ওঃ মীতৈ ইপা নিংথৌ।

মতৈ নিংথৌ—আঃ কনাবু ওইরিগবা য়াম্না খোঙ্গেল অমা তাবিবগে।
মহাক্কী মরাহৈ মপাওখোলসে তাবদা খঙহৌদনা তু চুংখি। পাইনা
ওমবী পুক্লিংবু খোইরাং-খোয়শাওনৈদা পোইরৈ লমদম কদায়
ব্রাইদগী ওইরমগবা অমুক্তদি পাওহংঙগে।
কদায়-কদায় পারী মদম মানবা নহাক্না ইপা নিংথৌ ইপ
নিংথৌ হায়না তোয়না-তোয়না কৌববু লাও চঙশিন্নকউ ইপান
নংবু য়াম্না পাওহংগে।

তাংখুল—হো মীতৈ ইপা নিংথৌ য়াম্বা চীংকোইপিরো নচানা য়াম্বা পাউথুমচকে।

মীতৈ নিংথৌ—কদায় পারী মদম মানবা নহাকপু ইপানা চেংলৌ নশক হেক উরগা ইপাবু খঙহৌদনা তু চুংই। নহাকপু পোইরৈ কৈদা পানবনো লমদম কদায়রাইদগী লাকপনো নহাকপু পোকপা নপন-পন্থেগী কোলোয় মমিং করি কৌই হায়য়ুপলেম নমা পোকমাবীগী কোলোয় মমিংনা করি কৌই। পারী নঙগী কোলোয় নমিংনা করি কৌই ইপাদা শেংনা তম্মু।

তাংখুল—ওঃ মীতৈ ইপা নিংথৌ ঐকী ইপানা পানপা খুলতি হুনতুং হায়গা খুলতুতা পাল্লি। ইপাকী মমিংতি পোইরৈ হুনতুং লানথপা কৌই। ঐপু পোকপীপা ইমাকী মমিংতি লাঁশি-লীনমপী কৌই। ঐকী মমিংনা নমপা চরুরেন হায়না কৌয়ে মীতৈ ইপা।

মীতৈ নিংথৌ—মুংশিদা পারী মদম মানবা নহাকী নরাহৈ নপাউখোলসি তাবদা ইপানা নহাননোংগী রাবু নীংশিংবা ফংই। নহাক্না ইপাগী ইনাক্তা লাকপদি করি হায়নিংবা লৈ করি চানিংবা রাংলি হায়য়ু ইপাদা।

তাংখুল—ইপা নিংথৌ নচা ওইপা ঐতি চীংতা পানপনিনা খরা রাপিপা ওই। ইপা নিংথৌকী তমতা কুমপীরপতি খোংপান খরসু তৌপিকে খোংপান তৌপকী মমল শেল অতুনা হুই মচা খরসু লৈকে চক্‌-চনাই খরসু লোকে। ঐকী মুপীকী ফিনেং মপানতা হাপ্পা হিকে কুমলং খরসু লৌপীকে হায়তনা হায়তনা লাকপীপনিনে ইপা নিংথৌ।

মীতৈ নিংথৌ—মুংশিদা পারী মদম মানবা নহাক্না শুগদোবা থবক্তো ইপানা রাংতনা পীগনি। নহাক করিমত্তা রাগমু।

তাংখুল—ইপা নিংথৌ ঐসু থপক খরা শুবা ওইকে শেনচা খরসু পীপিয়ু। রানা কম্না-কম্না শুপীকে ইপা।

মীতৈ নিংথৌ—ইপানা ৱাৎতনবা পীগনি।

তাংখুল—ইপা নিংথৌ ক্ব তৌপা ওইপ্রা মীতৈ ময়াম ফমপীপসে মুপীস্থু ময়াম-ময়াম ফমপীপা অসোমতস্থু য়াম্না ফিজ্ঞশা অনিখকস্থু ফমপীতনা নোক্তনা-নোক্তনা লৈপীপসে ক্ব তৌপা ওইপীগবা ইপা নিংথৌ।

মীতৈ নিংথৌ—মুংশিদা পারী মদম মানবা ইপানদি নংবু খঙজোই-উয়োইদরা হায়দনা নীংই অত্বু ইচানা খংঙে। ইপানা পাল্লম্নিবা পোইরৈ লমদম অসে চীংঙু উমংলাই হায়দনা তমা লৈ। অসিদ ইরাৎ থৌনিদনা খুনচাউগে-লৈচাউগে মুংঙাই-য়াইফজগে ৱাৎত-পাদববু থৌনিগে হায়দনা হরাও-কুম্মৈ শাম্নবনি ইপানা।

তাংখুল—এঃ ইপা নিংথৌ য়াম্না ফজপা ওইপীয়ে। চাকস্থু-ঙাস্থু হোঙ-পীকনি, মুংঙাইপস্থু ফংপীকনি অৱাৎপা লৈতপা ওইপিবোইয়ে ইপ নিংথৌ।

মীতৈ নিংথৌ—মুংশিদা পারী মদম মানবা নওগী নৱাহৈ নপাউখোনসি তাবদা ইপানা ঙসিদি ইপাগী খুঙ্গং-লৈকং অসিদা লৈরিবা তু-খোং ইরম-খোঙলম ফত্ত-হাণ্দি লৈদ্বিবশিংসে পারী নহারু লোইনমক ফম্নবা শেমম্মুকো ইবুংঙো।

তাংখুল—ইপা নিংথৌ নচানা লোইনমক শেমপীপা ওইকে। ঐতি কুস্থ পাইতে লৈপাক খোৎপা য়াপা অমা পীপিয়ো ইপানা।

মীতৈ নিংথৌ—সে-সে পারী মদম মানবা অসি পায়মু। খোংশিংদে ফজনা তেংথোকউকো।

( মতাং অসিদা তাংখুল য়োৎ তৌত্নুনা খোং তেংগ্রে )

হো হৌই,
হো হৌই,
হো হৌই।

অস্নুম্না তাংখুল তু-খোং তেংবা লোইরে।

তাংখুল—হো ইপা নিংথৌ, হো ইপা নিংথৌ।

নিংথৌ—কদায়-কদায় পারী মদম মানবা নওনা শুরুবা থবক লোইরব্রা।

তাংখুল—ইপা নিংথৌ, লোইখিপা ওইরে ফৈ-ফত্তে য়েংপীয়ো।

( মতাং অসিদা তেংলিবা খোংশিংগী মমিংদি মুংগী-পানগী ওইবনিনা শকপা-শোনবদা মুংঙাইতবনা থমজরম্মে। )

নিংথৌ—মুংঙাইদা পারী মদম মানবা ইচানা ইপাগী লৈকাই খুঙ্গং অসিগী লৈরক-খুল্লক তু-খোং পুম্নমকপু শেংদোক্লম্বসে ইপানা পেল্লে। ইপানা য়াম্না মুংঙাইতনা লৈরমবা খোং অনিখকস্থু ইচানা য়াম্না ফজনা শেংদোক্লমলে ইপা পেল্লে। ইচানা থবক শুরম্বগী মমলদি ইপানা শেনজা খরা পীরিবসে সে লৌশিল্লো।

তাংখুল—হো ইপা নিংথৌ নচাস্থু য়াম্না হরাওপা ওইরে মুংঙাইপস্থু শারে ইপা নিংথৌ।

নিংথৌ—পারী ইপুংঙো নহাকস্থু ইপানা পীরিবা শেনজা খরা অচুনা রাৎত-পাদবা কোরী শেংগাও ময়োল কংদবা হি-য়াই ওইতুনা মুংঙাইনা পাল্লুরোকো ইবুংঙো। ইপাগী খুঙ্গং অসিস্থু ইচানা ইরম খোংলম তেংথোকপিরম্লিবসে অসিগী মপান্দগী খুনজাও-লৈচাওবা ওইহৌগে চাকহোং-ঙাহোংবস্থু ফংহৌগেকো ইবুংঙো। কুমজা-কুমজা খুদিংগী ইপানা মকম অসিদা হরাও-কুম্মে শাম্নগনি চংঙুবা লাইতোল লোমবা মুমিং অসিদা কাউবা লৈতনা চহী লাংঙৈ কুমজা অমগী মমুংসে ইপাগী নাক্তা লাকউকো।

তাংখুল—ইপা নিংথৌ নচা ঐশু লাংহৈ কুমচাপু কাউতনা ইপাকী য়ুমতা অম্মুম-অম্মুম লাকপা ওইকে ইপা নিংথৌ।

নিংথৌ—ফরে-ফরে পারী মদম মানবা ইচানা য়ুমজাও লাইরেম্বী পলেম নমানা কারিবা কৈথেলদো পারী নওনা চৎকনি হায়বদো য়েংউ ইপা লমবেল তাকলগে। ইপাগী খুৎনা থিল্লিবা মাপ্পা অসিদা

উরিবা অসি য়ুমজ্ঞাও লাইরেম্বী মাপলনা কাবা কৈথেলনে চৎলো চৎলো পারী মদম মানবা।

তাংখুল—ইপা নিংথৌ নচাম্নু খোংতোইচরকেকো ইপা নিংথৌ।

তাংখুলঃ—ঐনা ঙসি অস্নুম-অস্নুম লাকপসিনা মীতৈকী কৈথেল য়োপা ওইরে। অসিতা থমপা ঙাংশং ঙাঙপা অসি কৃ ওইপ্রা হংপীপা ওইকে।

হো মীতৈ ইমা, হো মীতৈ ইমা, হো মীতৈ ইমা। লং য়োনপী (কোনশপী)—অঃ পারী মদম মানবা নহাকপু কনানো নহাক্না মীতৈ ইমা, মীতৈ ইমা হায়দনা খুলাম তোয়না-তোয়না কৌববু ইমাদা কন্নি হায়নিংবগে পারা মদোম মানবা।

তাংখুল—এঃ মীতৈ ইমা লাই মাপলনা কায় হায়প্া কৈথেলদো অসি ওইপিপ্রা।

কোনশবী—ঙাইখো-ঙাইখো পারী মদম মানবা কৈথেল অসিবুদি ইমানা ফমলিবা মফম অসে লাই মাপলনা কায় হায়বদো মফম অসিনি। অদুবু পারী মদম মানবা নহাকপু চেংলৌ নশক য়েংলুরগা নরাহৈ নপাউখোলদু ভারগা ইমাবু খংহোদনা তু চুংই। পোইরৈ কৈদা লৈবনো লমদম কৈদগী লাকপনো ইমাদা রায়া নপাউ শেংনা পাওদম্মুগবা ইবুংঙো।

তাংখুল—এঃ মীতৈ ইমা ঐতি লোইপী চীংতকী লাকপীপনে নখোয়কী মীতৈ কৈথেলতা চৎপীকে হায়তনা লাকপীপনে।

**কোনশবীনা থনবা ৱাথল ঃ—**

ঙসি ঐহাক্কী ইনাক্না লাকইবা তম্বা নিপা অসে মহাক্কী মশক অসি হেক উরুবদা মহাক্কী মরাহৈ মপাউখোল হেক তারুবদা ঐগী ইশাসি ইখঙ-খঙহোদনা তু-জুং-মানজুংই পোৎশি-পোৎ-কাউই। মসিগী তম্বা নিপা অসিবু য়েংঙু য়েংঙুরগা ঐবু নহান নোংগী লাংলোন অমবু নীংশিংলকই। মসিবু কনা ওইরমগবা। মাগী অশেংবা অমা কোন্না কাইনথংদা হংঙগে।

কোনশবী—হো ইবুংঙো হাও পাখং ইমাগী অসিদা লৈরিবসি নওগী করি অপাম্বা য়াওই।

তাংখুল—হো মীতৈ ইমা ঐখোয়কী ফনেক ফিপানতা হাপ্পপা হিগে কুমলং হায়পতো য়াওপিপা ওইপ্রা।

কোনশবী—হো ইবুংঙো প্যাখং ইমাদা য়াওরি-য়াওরি।

তাংখুল—মীতৈ ইমা কিতায় ওইপ্রা।

কোনশবী—হো ইবুংঙো ইমানা পায়রিবা অসিনি। ইমাগী ইবুংঙো মসিগী লং অসিদি ইমানা কুম অমা চংনা ইমাগী ফৈবাক অসিদা খুবাক অসিনা তাদনা-তাদনা তক্কনা-তক্কনা নাইবা লংনি। মসিগী লং অসিবু কুম অমা চঙনা নাই হায়বগী মাগী মমিংমু হিগে কুমলং উহি কুমলং হায়বা লংদো অসিনে।

তাংখুল—হো মীতৈ-ইমা মতুকী লং অতো ঐঙোনতা পীপিপা ওইয়ো মরন কয়া লৌপীকনি।

কোনশবী—ইমাগী ইবুংঙো হাও প্যাখং ইচানা পামই হায়রবদি ইমাগী লং অসিদি মমল লৈতে ইচানা পীনিংবা মমল পিয়ু ইমানা য়াম্মী-য়ামদে হায়রোয় ইবুংঙো।

তাংখুল—ফৈয়ে মীতৈ ইমা চক খুতোপস্থ য়াওপিপা ওইপ্রা।

কোনশবী—ইমাগী ইবুংঙো চক খুদোপস্থ য়াওরি। সে-সে ইচাগী শিবা য়াত্রা য়েংউ।

তাংখুল—হো মীতৈ ইমা চপ চাপিপা ওইয়ে। মীতৈ ইমা ঐকী মরন শেনচাসি য়ানপ্পিতপা ওইয়ে। অসিথক লৌপিয়ু হায়পা য়াপিপ্রা ইমাম্থ শাওগনো।

**কোনশবীগী খাখলঃ—**

ওসিগী হাও অসে মহাক্কী অরেম্পা অমগুং য়াম্না খংনীংব ওইখ্রে হেক্তমক হংগুগে মহাক্কী পান্নী-পুরী অসি খণ্ডরবদি ঐ য়ান্ন চংঙাইতবা ওইরে।

কোনশবী—কদায়-কদায় পারী মদম মানবা হাও পাখং ইমানা ঙসি পীরিবা হিগে কুমলং অসে অসিগী মপান্দগী ইচান্নুপীদো য়াম্না মুংঙাই য়াইফবা শুকতা-শোইদনা রাৎত-পাদনা পাল্লুরোকো নখোয় অনি। ইচানা ঙসি পীরমলিবা শেন অসিনা ইমাগী কোরী শেংগাও চোনবা ময়েং তাদবা ওইহোগে অসিগী মপান্দগী ইমাগী লৈকাই খুঙ্গং অসিম্নু রাৎত-পাদবা য়াইফ-মুংঙাইনা পানবা ওইহোগেকো।

## কোনশবী শৈশক শিগপলোন :—

ইমাগী ইবুংঙো...ইমাগী ইবুংঙো হা পারী মদম মানবা নহাকপু ঙাইখোনে পারী নংগী চেংলৌ নশক উরুরগা ইমাবু নহান নোংগী মপোক লাংওন অমবু নীংশিংলকইনে ইমানা। পারী ইবুংঙো ইমাদা নংবু পোকপা পম্মৌগী কোলোয় মমিং হায়রমখো, পারী নংবু পোকপী পলেম নমাগী মমিং তাক্লমখোনে। ইমাগী ইবুংঙো মুংশিবা নংগী কোলোয় নমিংনা করি কৌবগে পোইরৈ লমদম কদায়রাইদা পানবনো পারী, কোলোয় নপাও শেংনা তম্মুগবা ইমাদা।

তাংখুল—উমঃ ঐকী মশকসি খঙখিবা তারে হায়পীরোই হায়পম্নু মীতৈ ইমাসি ওমপী মন্নুং হৌনা তিলাং মখোয় শাওখিগনিকো করম তৌসিরা।

( তাংখুলগী মপুক মুংগী রাখল )

তাংখুল—মীতৈ ইমা নচা ঐতি চীংতা পানপনে ইমানা হায়পিপসে নচাদি কু হায়না খুমপীপা ওইকনি মীতৈ ইমা।

কোনশবী—পারী ইবুংঙো ইচাগী অশেংবা অমা ইমাদা হায়ত্রবদি চৎখিব য়ারোই নপাউ শেংনা তম্মু।

তাংখুল—কৈয়ে-কৈয়ে ইমা।

## শৈশক শিগপলোম :—

ইমা ইবেম্মা...হা পলেম মানবী তাবিয়ো ইপা ইবুংঙো পম্বৌ মুংশিবনা পানবা লমদমদি পোইরৈ লমদম হুনতুং হায়না কৌই। ইপা ইবুংঙো পম্বৌগী কোলোয় মমিংনা পোইরৈ হুনতুং লানথবা হায়না কৌইনে ইমা-ও। ঐবু পোকপী পলেম ইমাগী মমিংনা লীশি লীনম্বী হায়না কৌই। নপারী ঐগী কোলোয় ইমিংনা নম্বা চুরুরেন হায়না কৌই...নে...ইমা-ও।

কোনশবী—অঃ মুংশিদা পারী ইবুংঙো ইমানা নহান নোংগী রাবু খঙনিংদনা পারী নঙোন্দা ইমানা প্যাউহংবনি। চহি কুমজা অমত্তা কাওদনা লাংহৈ কুমজাবু কুমকাউদনা ইমাগা-ইচাগা উন্নশি। ইমানা কৈথেলসিদা পারী নংনা লাকত্রিফাওবা ঙাইহুনা লৈরমগনি পারী ইবুংঙো নঙ লাকউকো।

তাংখুল—মীতৈ ইমা পলেম মুংশিপী নচাস্থু কাওপা লৈতনা লাকপিপা ওইকে নচাস্থু চংপীপা ওইরকে।

( কৈথেলদগী তাংখুল হল্লকলে। )

## নুরাবীনা লৌ য়ানবা :—

হো য়াল্লো,
হো য়ানসে।
ইপা লৌনি হো য়াল্লো,
হো য়ানসে।
ফৌরেন ফৌজাও লৌনি য়াল্লো,
হো য়ানসে।
লোম্বা ভেঙ্কা লৌনি য়াল্লো,
হো য়ানসে।

তাংখুলনা লৌ য়ানবা উবা।

## ঈশৈ শিগপলোন :—

অঃ ইবেম্মা · লৌমাই কাইনৌ চীংশোম্বগী মমোমলোই নপনগী মোংবা য়ুমজাও নিবু মন্নুংদা শানৌ ইপেম্মা নীংঙোল নওনা খুমলেন তুমখুনমক্তপু তানববু পাখংওদা ঐনা অরাবা শরুক ওইরদনা কোরৌগী মৈশা খাওলিবসিবু নীংঙোল ওইবী নংগী খোমলেন মওলানচাত্নদা মওফাওনদ্রিবরনে ইবেম্মা।

মুরাবী—হো য়াল্লো,

হো য়ানসে।

ফদিগোম পাখোন লৌনি য়াল্লো

হো য়ানসে।

খোংহুম মাইরেন লৌনি য়াল্লো

হো য়ানসে।

তাংখুল শাওহুনা চেনশিল্লক্রে।

ওঃ নোংমাই মুরাবী

ওঃ নোংমাই ইচল

মুরাবী—ওঃ ইপুং কু ওইপ্রা কৈথেল কারুপস্থ কুনপীরক্লপ্রনে ইপুং

তাংখুল—হো ইচল কৈথেল কাপিপস্থ কুমপিপা শারে য়াম্না রাপ্পিপস্থ শাপ্রে।

মুরাবী—হো ইপুং নচল ওইপীকী খুত্তোনপোৎতি য়াওপিপ্রা।

তাংখুল—হে ইচল লৈপিপা ওইখ্রে লৈপিপা ওইপ্রে শে চাপর্বা য়েংও ইচলকী চক খুত্তোপসে য়াম্না ফচপা ওইয়ে।

মুরাবী—হো ইপুং নচলপু মুংশি শাপিপা ওইপা মাক্লে চক খুত্তোপ অসে নীংঙোল ওইপীকি খুৎনিংথৌতা শিপতা চপ চাপিপা ওইয়ে ইপুং

তাংখুল—এঃ ইচল মুংশি শাপনো মুংশি শাপনে।

নুবাবী—হো ইপুং হুইপি—হুইনাও লৈকনি হায়পতুত্তি কতায়।

তাংখুল—হে নোংমাই নুরাপী ইচল, ইচলকীতমক্তা হায়তনা হুইনাও মচা অমা লৈপিপা হুইকং থাতনা নপুংনা অম্বুম-অম্বুম চিংতনা পুপিপতা নপুংনা য়াম্না মুংশি শাপিখ্রতনা লমপীতা লৌরী শেপ্রাই মথক্তা লৌতনা চাথোকপীখ্রে ইচল।

নুবাবী—হো তাংখুল কোকচাউপা নারাউপা নপচোপা হুই অতুপু মুংশি শাখ্রে হায়তনা লৌতনা চাপিপা ওইরপত্তি নীংঙোল ওইপী ঐখোয়পুম্বু লৌতনা চাথোকপীপা শারপত্তি করম তৌপ্রা।

তাংখুল—এঃ নোংমাই ইচল ইচলপুত্তি কুম্বু চাথোকলোয় য়াম্না য়াম্না মুংশি শাতনা থমপিপা ওইকনিয়ে নপুংনা।

নুবাবী—হো ইপুং নীংঙোল ওইপী ঐহাক্না য়াম্না য়াম্না কিপিপা ওইয়ে হায়কনো হায়কনো ইপুং।

তাংখুল—হো নোংমাই ইচল য়েনপী নম্বুং হৌকনো তিলাং নখোয় শাওপিকনো ঐতি লমপী লমশাং লাকপীপতা য়াম্না ব্রাপিখরে ঐকী মপুকসে য়াম্না লামপা ওইখ্রে। চয়োম য়াওপিপরা খরা খচিক্তং চাশিপা ইচল।

নুবাবী—হো ইপুং, ইপুংনা চাপিনপত্তি য়াওপিপা ওইতে নীংঙোল ওইপীকী নিপাকী পরুক্তি য়াওপিপা ওইয়ে।

তাংখুল—হো ইচল নোংমাই নুরাবী কু ওইসিরা নংকী নিপাম্বু ঐ, ঐকী নুপীম্বু নওনা ওইপিপা অপুনপনে চয়োম খরা চাসে ঐকী মম্বুং শাসে হোনপিপা ওমত্রে।

(তাংখুল চয়োম চাবা)

নুরাবী—হো ইপুং নচল ওইপী ঐখোয়কীম্বু খরা খাকপিপা শাপিও।

তাংখুল—ওঃ নোংমাই ইচল চয়োমসি চাপিপতা ঐকী মথপাকসে য়াম্না য়াম্না ফুনপীখরে মুখোম য়াওরপত্তি খরা খচিক থকপীপা ওইসে।

মুরাবী—ওঃ ইপুং তাংখুল কোকচাউপা নারাউপা নংকী শরুবগি য়াওপিপা ওইতে।

তাংখুল—হো ইচল নোংমাই মুরাবী ঐসে পিপিপা ওইকতৌরে খরা খচিক পীপিয়ো।

## মুরাবী য়ুখোম লানবা :—

তত্থুই-রাংতুই লুনাই-লুখেং লুনাই শোংশোং লুখেং মাই লৈহৈ হো শোরারেন মখৌনিরা জৌ-জাং-থো।

য়াংথো-য়াংথো
জাংথো-জাংথো
য়াংথো-য়াংথো।

( তাংখুল য়ু মুন্দুনা থকপ্রে ময়ু ডাওখ্রে খুলং তরেংতা তানা থিনকে তেন্না কাপকে হায়তনা কোয়তান তান্নদুনা তেন্না পাচুংনরে।

মুরাবী লৌ য়ান্না-য়ান্না চেন-চোংদুনা লৌ য়াপ্লি।

তাংখুল খুলং তরেংমক তানথায়রে পাচুরে।

মুরাবী—হো ইপা মীতৈ লমপু
হো ইপা মীতৈ লমপু
হো ইপা মীতৈ লমপু

তাংখুল কোকচাউপা নারাউপা অমা লাকপীতনা তানা থিনকে তেন্না কাপকে হায়তনা নীংডোল ওইপী ঐখোয়পু তাম্থোকপীরে। হো ইপা মীতৈ লমপুনা অমুক্তা কনপিয়ো।

মীতৈ লমবু—অঃ কনা ওইরিগবা ইপা মীতৈ লমবু ইপা মীতৈ লমবু হায়ন য়ারা খোঞ্জেল রাংনা কৌখিববু কনানো।

কদায়-কদায় ইমোমগী মদম মানবী নখোয়রা ইপা মীতৈ লমবু ইপা মীতৈ লমবু হায়দনা কৌববু করি তৌরবগে ইপাদা য়ার নপাউ শেংনা টাংজোইয়ো।

মুরাবী—হো ইপা মীতৈ লমপু নমোম ওইপী ঐখোয় তরেংনা পাম য়াম্লিঙৈতা কিতায়তকিনো খঙতে তমপা ওইপা অমা লাকলকা য়াক্নী মরোঁচানি লৌ য়ানকনো হায়তনা নমোম ওইপী ঐখোয়পু ত্রেম্না পাচুকে তানা লেংপীকে হায়তুনা কোয়তান ভানপীপা ওইরে ইপা মীতৈ লমপুনা অমুক্তা রায়েনপিয়ো।

মীতৈ লমবু—কদায়-কদায় ইমোমগী মদম মানবী ইমোম নখোয়না লৌ য়াম্লিঙৈদা শখঙদবা নিপা অমা লাক্লগা লোয়ানবা য়ারোই হায়দনা ফুবিরে চৈবিরে অসিরা।

নুরাবী—হো ইপা মীতৈ লমপু অতু ওইপনে অতু ওইপনে ইপা অমুক্তা রায়েনপীয়ো ইপা।

লমবু—কদায় ইমোম্না তম্বা নিপা অতুদি পোইরৈ লমদম কৈদা লৈ।

নুরাবী—ইপা মীতৈ লমপু অ...তু লেপ্তুনা লৈরিপসে অসিনি ইপা মীতৈ লমপু।

লমবু—উম্নঃ কদায়-কদায় পারী মদম মানবা তম্বা ওইবা নহাকপু ইপাগী ইনাক্তা চঙশিল্লকউ ইপানা য়ারা চীংগোয়-পাউহংগে।

তাংখুল—হো ইপা মীতৈ লমপু য়ারা চীংকোয়-পাউহংপীয়ু।

লমবু—শে-শে পারী মদম মানবা, নহাক্না ইমোমগী মদম মানবী তরেং অসিনা মপাগী মপুগী লৌ য়ানজববু তম্বা ওইবা নহাক্না য়ানবা য়ারোই য়ানগমু হায়দনা ভানা থিনগে তেম্না পাচুগে হায়দনা নঙনা য়াদে হায়বসি চুমব্রা।

তাংখুল—ইপা মীতৈ লমপু নোংমাই নুরাবীশিংসে মচিল ওইতপা ভাঙয়িপনে ঐকী মপাকী মপুকী লোনে। মখোয়কী মপাকী লৌ নংপীতে য়ানকনো হায়পনে মখোয়না পংয়ান-য়ানপা শাপনে। ঐকী মপুকসে য়াম্না-য়াম্না শাওপিতনা তেম্না পাচুকে হায়পনে ইপা মীতৈ লমপু ইপানা ফচনা অচুম্পতা রায়েনপীয়ো।

মুরাবী—হো ইপা মীতৈ লমপু তাংখুল কোকচাউপা নারাউপা নপচোপা নপতৈপা নপলাকপা অসে মাকি মচিল অসে থিপিপা শাপনে ওইতপা শাপীতনা ভাঙপীপনে। মাকি মপাকি মপুকি লৌ নত্তে। নীংঙোল ওইপী ঐখোয়কী ইপাকী-ইপুকী ময়োচা অশেংপনে তাংখুলকী মীচঙ-শাপিকনো অচুমপা শেংনা রায়েনপীয়ো ইপানা।
(মীতৈ লমবু খুম্বম খণ্ডদতুনা লৈরি)

তাংখুল—ইপা মীতৈ লমপু মুরাপীকী মীচং শাপীকনো ঐকী ইপানা ইপুনা থমপিরমপা মরৌনে। থায়ন উক্রোং হোংঙৈতা ইচা মদোম পোকপনি হায়না উরোং খিনতনা থমপীপা লৌনে। নোংমাই মুরাবী মচিন থিপিপা শাপনে চুম্না রায়েনপীয়ো ইপা।

মুরাবী—হো ইপা মীতৈ লমপু তাংখুলকী মরা তাপিকনো নীংঙোল ওইপী ঐখোয়কীসু থায়না ইপানা ইপুনা উক্রোং হোংঙৈতা নীংঙোল ইদোম শাৎপীনি হায়তুনা ইমোমকী অউল লৌ ওইকনি হায়তুনা উরোং খিনতুনা থমপিপনে। নীংঙোল ঐকী লৌচাননে য়াপী-রোয়য়ে ঐনা।
(মীতৈ লমবু রাখল থোকলক্লে)

লমবু—ভাইখো-ভাইখো পারী মদম মানবা ইমোমগী মদম মানবী নখোয়সে ইপা য়ারা অমা চীংঙ্গাগে নখোয় অনিগী লৌ অসে তাংখুলগীসু উরোং খিল্লি হায়রে ইমোম নঙগীসু উরোং খিল্লি হায়রে নখোয় অনিগী উরোং খিল্লিবসে ইপা অমুক্তা য়েংখিগে।

কদায় ইমোমগী মদম মানবী ওমবী মঙ্গুং হোৌগন্নু তিলাং নখোয় শাওগন্নু ইপানা ফজনা রায়েনগনি নীংঙোলবু পোকপা পম্ভৌগী কোলোয় হায়য়ু। ইমোম নঙবু পোকপী পলেম-পম্ভৌগী মিংলেন অদো ভাকউ। ইমোম নঙগী কোলোয় মিংলেন্না করি কৌই ইপাদা হায়য়ু।

মুরাবী—ইপা মীতৈ লমপু নমোম ওইপী ঐপু পোকপা পম্হৌতি নোংমাই কাইনৌ চীংশোম্বা হায়না কৌই। নীংঙোলপু পোকপী পলেমকী মিংলেন্না নোংমাই কাইনৌ চীংশোমপী হায়না কৌই। নমোম ঐতি ইতোম পোকপীনি হায়তুনা চীংকি মচা হেনৌবী তমকী মচা ননৌপী উমাসনা চীংচ্রোইপী হায়না কৌই মীতৈ লমপু।

ল-বু—ফরে ইমোমগী মদম মানবী ইপানা মুংগী লংজিল ইপুনববু কিশি কোক্লে। নীংঙোলগীদমক্তা উরোং খিল্লম্মী হায়বদো ইপা য়েংগে লৈপাক তোথোকউ।

( মুরাবী লৈপাক তৌথোকই )

মুরাবী ইপা মীতৈ লমপু মফম অসিনি থরা খুৎতক তৌবা ককই চীংজুম থোক্লিবসে। ইরোইকী মচী তরেৎ পুখম শেনচা তরেৎ ফুমতনা থমলিপা অসিনে ইপা মীতৈ লমপু য়েংপীয়ো।

ল-বু—ইমোমগী মদম মানবা নহাক্কী অসিদি য়াম্না ফজনা লৈয়ে ইপানা য়াবা ওইরে। ঙাইখো তম্বা ওইবা অসিগী রা হংখিগে।

কদায়-কদায় পারী মদম মানবা হাও পাখং ইমোম অসিগী রাদি চুনলে মপা-মপুগী লৌনি হায়বদো য়ারে ইপানা। নহাকসু য়েনবা নমুং হৌগন্নু তিলাং নখোয় শাওগন্নু ইপানা চুম্না রায়েনগনি। নঙবু পোকপা পম্হৌগী মিংলেন তাকউ। পলেম নমাগী মিংলেন হায়যু ইপাদা। পারী নঙগী কোলোই নমিংনা করি কৌই হায়য়ু। পোইবৈ লমদম কৈদা পানবনো ইপাদা শেংনা তাকউ ইবুংঙো।

## তাংখুলগী শৈশক শিগপলোন :—

ইপা ইবুংঙো মীতৈ লমবু তাবিয়ুনে ঐবু পোকপা ইপা-ইমানা পানবা লমদমদি হা পোইরৈ লমদম হুনতুং হায়বহৃদা পানবনি। ইপাগী কোলোই মমিংনা হা পোইরৈ হুনতুং লানথবা হায়না কৌই। পলেম ইমাগী কোলোই মমিংনা লিশি-লীনম্বী হায়না

কৌইদো। নপারী ঐহাক্কী কোলোই ইমিংদি নম্বা চরুরেন হায়ন
কৌইনে ইপা ইবুংঙো।

লমবু—( লাম্বা ফংদবা পুক্লিংগী রাবু নীংশিংখি।)
মুংশিদা পারী মদম মানবা নরাহে-নপাওখোল তাবদা ইপান
খঙহৌদনা তিলাং খয়োংনখিদা। ফরে হৌজিক্তি মুরাবীগী অসিদি
উরোং লৈরমলে ইচাগীসু ইপানা য়েংগে লৈপাক তৌথোকউ।

তাংখুল—ইপা মীতৈ লমপু য়েংপিপা ওইয়ু খরা খজিক লৈপুং ওইন
ভোংবসে অসিতা শনতংগী মচী তরেৎ পুখম-শেনচা তরেৎ শেমপু
তরেৎকা ফুমপিপসে ইপানা ইমানা ঐকীতমক থমপীপনে উবে
খিনপীপনে য়েংপীয়ো ইপা।

লমবু—নহান নোংদা শেমখিবা খুৎশেমবু ঐগী মাংদা লেম্লরে ওমৈ
পুক্লিং য়াম্মা হরাওনা লৈখিয়ে।

পারী মদম মানবা নহাকসু ইমোম মদম মানবা নহাকসু ওনব
নমুং হৌনরগনু তিলাংগী নখোয়বু খোয়শাওনরগনু তিলাং খয়োংনন
পাইমা মুংবু খোয়দানরোগবা নখোয় অনিসে কোরী শেঙ্গাউ
অমত্তদা পুল্লগা লৈমিন্নৌ হায়ববু করি হায়বগে।

তাংখুল—ইপা মীতৈ লমপু ঐতি য়াপিপা ওইরে।

মুরাবী—ইপা মীতৈ লমপু তাংখুল কোকচাওপা নারাওপসিনা য়াপিপ
ওইরপসু নীংঙোল ওইপী ঐতি য়াপিপসু ঙমলোইয়ে।

লমবু—ইমোমগী মদম মানবী নোংমাই মুরাবী ইপানা হায়বসি য়াদব
তৌগনু।

মুরাবী—ইপা মীতৈ লমপু তাংখুলকী মীচং শাকনো। ঐতি শুকয়া-
য়াপীরোইয়ে। অতুকা ইপা মীতৈ লমপু মখোয়সে মপুক য়াম্ন
ফত্তবা শাইয়ে। মাকি পামতা শেবোং থাপসু ঐকী পামতা মৎ
চৎশিন্নরুকা পাম্নে। নীংঙোল ঐকী পামতা খোংহুম থাপসু মাক

পামলোমডা চংডনা পঙপানডা পানপা ওইখি। মানা হেক্কনা হেক্কনা লোইনা চাবিখিয়ে তাংখুল কোকচাউপা অসিনা।

লমবু—ঙাইখো-ঙাইখো ইমোম মদম মানবী নখোয় অনি অসে পামলৌস্নু থংনরে শেবোং, মাইরেন, খোংতুম থাবস্নু মরী লোনশন্নবা পানবা ওইরে। নখোয় অনিসি অমত্তা ওইনা পানমিন্নরো হায়ববু করি হায়বগে।

মুরাবী—ইপা মীতৈ লমবু নমোমতি ঙমপীপা ওইপীরোইয়ে হায়কনো ঐকী মপুকনা য়াপিত্তেয়ে ইপা।

তাংখুল—ইপা লমপু মানা য়াপিত্রপস্নু তোকসনো মাকী পীপুকন্নুংতা ঐকী মচা মরুম তবেং লৈখিপনে মতুপু অমুক্তা লৌপিয়ো ইপা মীতৈ লমপু।

লমবু—কদায়-কদায় ইমোম ইবেম্মা তাংখুল অসিনা হায়রিবা ৱাসে অওইবা ৱারা। অচুম্বা ওইরবদি নঙনা য়ানিংদে হায়রবনিনা পীথোকখো।

মতাং অসি তাংখুল, মুরাবী অনি য়াম্না নিংঙাই-শংদাইনৈ য়াররোই হায়বা খওঙহনা মুরাবীনা পাওথুমখি।

মুরাবী—হো ইপুং তাংখুল কোকচাউপা নারাওপা নংকী মরুম তরেং লৈপিপা অতুতি লোইনমক মাংপিপা ওইপিখ্রে।

তাংখুল—এঃ নোংমাই মুরাবী কুকী মাংপিপরা মশীং ৱাংপা য়ারোই পীপিপা ওইয়ু।

মুরাবী—হো ইপুং নংকী মরুম তরেং অতুতি ঐনা তুমপীপা হৌগংপতা অনি পাইথোকখ্রে। থোংচিন কামপতা অমা পাইথোকখ্রে। হাংথি খনপতা অমা চোংথোকখ্রে। ডারি মপান কুমপতা অমস্নু চোংথোকখ্রে। হাকাম চমপতা অমস্নু তাখরে। ইকোন কোনপতা নীংঙোল ওইপী ঐনা মোকপতা অমা কন চোংথোরক্লমা পীথোকখিয়ে। অতুননে ঐনা লোয়না মাংখ্রে হায়পত্রুনি ইপুং।

( তাংখুলগী মরুম তরেৎ অসিগী মতাংদা অসিদা ননাই ঐহাক্না উঝা-গুরু কয়াগী মনাক নকচহৌবা অমসুং ওঝাশিংনা তাকপীরকপা পাউতাক মতুং ইন্নদি খোই মরম তরেৎ ওনখি হায়না অমুম্না তাকপী। ওঝা-গুরু অয়াম্বনা অমুম্না মান্নবা রাখল্লোন পী। ননাই ঐহাক্নী মায়কৈদগীসু খোই মরম তরেং অসিনি হায়না ওঝা-গুরুশিংগী মত মতুং ইনজে। কনাগুম্বা ওঝা-গুরুশিংনা অতোপ্পা পাউতাক য়াথং পীবিরকপসু ফিগাউ শানা ওকচরি। )

লমবু—কদায়-কদায় পারী মদম মানবা ইমোমগী মদম মানবী নখোয় অনি অসিবু ইপানা পাইমা মুংদা খোইজংই তিলাং মুংদা খোয়দাবা শরুক ওইরে ইপানা। নহাল নোংদা ইপানা হৈরাং মরু থাখিবা লৈরাংগী মরু হুনখিববু হৈরাং-হৈপান ফারম্মে তাংজিং মরোং চুম্না পাল্লে। লৈরাংগী লৈপান চাওবা মপুঙ ফাহুনা লৈরাংগী লৈপাং তমলমলে। ঙসি কৌবা মুমিং শীমবুং য়াইফবা অসিদা ইপানা লৈরমলিবা কৈরোই লৈকাই থুঙ্গং অসিদা পারী ইবুংঙো নঙনা য়ুমগী নিংথৌ ওইযু ইমোম ইবেম্মা নহাক্না য়ুমগী মবেম্মা ওইয়ু, ইমোম ইবেম্মা নহাক্না য়ুমগী মবেম্মা ওইহুনা নমু পোং অপঙবশিংসিবু নাওয়োকউরোকো।

## তাংখুলগী শৈশক শৈগপলোন :—

ইপা ইবুংঙো...হা পম্থৌ হায়না কোলোয়জগেনে নচানা ইবুংঙো পম্থৌগী য়াম্না কোলোই মপাও অহকপবু কোরৌগী নোংদা কাকদে হা...মালেমগী লৈমায় থক্তসু তাফরোই নপারী ওইবা ঐনা অমুমগী য়ুমবুং অমত্তা রাৎতনা নমু পোং ওইবা পুম্নমকসু থৌদি-থৌদানা নাওয়োকচরুগে। ইপা ইবুংঙো পম্থৌগী য়াম্না কোলোয় অহকপবু নপারী ঐঙোন্দা থৌজানবীরোনে-হে চীংঙু-ও।

লমবু—ইমোম ইবেম্মা কমদোই নহাক্তি।

## মুরাবীগী শৈশক শিগপলোম :—

ইপল...হো...হা পম্মৌ কৌগেনে নমোয়া ইপলগী কোলোয় নপাও অহকপা য়ারাগী মপাউ অথুম্বা অচুবু নমোম ওইবী ঐহাক্না চরৈ ফিগাও শানা য়াজরি। নীংঙোল ওইবী নমোম ঐহাক্না শমু ইনমগন্দা পোরদনা মুমুগী য়ুমথোঙ অমত্তা রাৎতনা পারী মথোঙ শোম্মুগে ইমোমগী মথোঙ শোমলগা চেংনা-চান্না য়োকচরুগেনে ...ইপল-ও। লেংঙি-পাল্লিবা থরায় খুদিং. নমু তাইবঙপানবা খুদিংবু নপারী-নমোম শক্না নাউয়োক্নুনা অয়ুক ঙন্না কোম্বা মুমিদাং ঙন্না কোনশিন্দুনা কাউরেন শন কোন্দৈদবগুম থরায়-মীরেল হামচং হামফোইনদনা নাউয়োকউরোকো। রাৎতবা-পাদবা, মুংঙাইবা-য়াইফবা, কাউরেন শনগোল থনবা, তয়ুম নাইকোল থম্বা, তরেং শেনগাউ চোনবা, মীকপ-মীরাউখোল তাদবা, থাংকম মৈথু খুদবা, তোং পুন্সি মুংশাংববু তয়ুম য়ুম্মুম অম্মা চীংথদনা য়েন্নুরোকো। নপারী-নমোমশিংগী তরা পীবুক থম্মনবা কৈবী-কৈরেন থম্মনবা লোইমোম ফৌ থারুরো।

(মীতৈ লম্বুনা অমুম্মা পাওমেম্বীরে, তাংখুল হাংবা অমসুং মুরাবী অনিশু ইপা লম্বুগী য়ারাবু চরৈ ফিগাও শানা য়াহনা হোইয়ারে। অসিগী মতুং তাবদি লোইমোম ফৌ থানবগীদমক মুরাবী. খুলং তরেং অমসুং তাংখুল লোয়ান ইশৈ শক্নুনা লৌ-য়াম্লক্রে।)

ফদিগোম পাখোন লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে—।
মতীল-মকাং তাদবা লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে—।
মহৈ-মরোং চুম্বা লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে—।

কৈবী কৈরেন থমবা লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে— ।
লকু পামলৌনিদা য়াল্লোহে
হো য়ানসে— ।
লশিং পামলৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে— ।
চাকহোং-ভাহোংনবা লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে— ।

**মতাং অনিদা:—**

তাংখুল—হো ইচল, নোংমাই মুরাপী, উনা খোইনা চীকলে...ও খোইনা চীকখ্রে...খোইনা চীকএ।

মুরাবী—ও ইপুং, কতায়তা চীকখ্রে. ঐ শোনপীকে
(নোংমাই মুরাবীনা শোনবদা ফরে।)

তাংখুল—ও ইচল, খামপী মৈপা চিংতুনা খোই লোকে।

(মৈবা চিংতুনা মৈ লৌই, মৈ থাতুনা খোই লোকই. খোই লোকপ লোইরতুনা তাংখুল-মুরাবী অনিনা খোইরা-খোইবাক পায়তুনা লাইদ কংলি।)

## খোইরা খোইবাক কংপগী য়ারোল:—

"চীংঙু ইবুংঙো খোইয়ুম লাইয়িংথৌ, য়োইবু খোইমোম লাইরেম্বী, চীংঙু নতৈ-ননাও অনিগী লোইদাম কুমদম লৌ অসিদা খোইবী খোইব শারমলে, খোইবী খোইরা অসিনা খোইহী মবুক থম্না য়াওবা, মচা মগু, চুক্তা সোয়দানা পোকইবা অসিগুম্না নদাইরেম থুনবুকলেন অচৌব অসিবু চুকতাবা শোয়দাবা য়াৎত-পাদবা, মহৈ-মরোং চুম্ববু চীংঙু নবল কুনা লনকুবীয়ো"।

( খোইবী খোইরা কৎপা লোইরবদা মুহু য়ুমুম অমা চিংথদনা য়েননবা থাকখ্রে, তাংখুল অমসু নোংমাই খুলং তরেৎপু খোইরা খোইহী চুপলে, খোইবাক চারে। )

তাংখুল—ও ইচল, নোংমাই মুরাবী খোইরা চারুবদগী মবুক য়েকলে, মথী ফাইসে।

মুরাবী—ও ইপুং, অসিরাই অসিতি তিনকমনে-লাইকমনে য়ারোইয়ে, মফম অসিমসু লাইফমনে য়ারোইয়ে।

( মতাং অসিদা তাংখুল মখোঙ হামলে, লোইরহুনা মখোঙ-মখুৎ, মমায়-মমিৎ তাবা লোইরে। অতুদগী তাংখুল অমসুং মুরাবী অমুক হন্না পুন্না লৌ য়ানগনি। )

হো য়াল্লো
হো য়ানসে—।
ইপা লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে—।
ইপু লৌনি য়াল্লোহে
হো য়ানসে—।

( লৌয়ান ঈশৈ অসিসু য়াম্না পাক-চাউবা মরম্না মতেক খর-খরদং শৎকৎলগা হাপচবনি। ) ( লৌ য়াম্বা লোইরহুনা লৌকা ঈশৈ শকুনা লৌকাগনি। )

## "লৌকা ঈশৈ"

চীংগু ইবুংঙো খোইয়ুম ইবেম্মা অনিগী
নদাইরেম খুলং অচৌবা অসিগী,
খুঙ্গাউ-লৈচাউনবা
লোইমোম ফৌপাল চাউনবা,

মহৈ-মরোং চুম্ববা
খালৈ দৌগা য়ানববু,
খালৈ ভমথুং তাল্লক্লে।
লোইমোম মরু তাবদি
কুমশী চহি কুমজাগী,
নদাইরেম খুঙ্গং অচোবগী
খালৈ মরো ক্লোন্দা,
মতিল-মকাং তাদববু
লোইমোম ফৌপাল চাউববু,
মহৈ-মরোং চুম্ববু
পীনবিরমউ লাইয়িংথৌ।

## "মাইবগী থৌরম"

অসুম্না লৌকা ঈশৈ শক্তুনা কাররক্লগা তাংখুল-হুরাবীগী মতাং লোইশিনগনি। অতুদগী মাইবনা থৌরী পুথোররক্লগা হুইথী-য়েনথী য়েপকনি, কৈ-য়েল তাম্নগনি, ঔগ্রী শক্কনি। নিংথৌরোল শক্কনি।

অতুদগী মাইবনা থৌরী লোক্লগা লাইদা কৎকনি, মথং শরী লীৎকনি শরী হনগনি, খেনচো পাউসা শক্কনি। শকপা হেক লোইবগা শা ফারগা লাইদা কৎকনি।

শা কৎপা লোইখিবগা ইকৌবদা য়াওখিবা লাইপু-তিনবুবশিং কৌথোক্লগা লাই হাপ্লগা হি হোম্বা য়াওহনগনি। হি হোনবদি লাইয়িং-থৌগী পানা লাইরেম্বগী পানা অসুম্না থায়গনি। পানা অনি য়েৎ-ওই কায়দনা খুত্তা নৌ অমমম পায়রগা কাগুপ লেপকনি।

মাইবনা উয়াল্লোন শক্কনি। হি শানবা উ য়ান্দুনা হি শাতুনা হি হোল্লকপগী ঈশৈ রারী লিখুন হিজিং হিরাউশ-তুনা হি হোনগনি। য়াওরিবা মীপুম খুদিংমু হি হোম্বগী মওং তৌগনি।

মাইবা—হো লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা মনাইশা।

ময়াম—হাউ।

মাইবা—খোইয়ুম কংলৈ মণ্ডমাংদা খুঞ্জাউনবা, লৈচাউনবা ৱাকয়ৈ হি হোল্লসে।

ময়াম—হোল্লসে।

(মীপুম খুদিংমক্না পায়রিবা নৌ অহু খুৎ অনিনা মপাল্লোমদা ওন-থোক্লগা নৌ পায়বগী মওং তৌগনি। লাইয়িংথৌ পুবনা মাইবগী তুংদা লাইরেম্মা পুবনা মাইবীগী তুংদা চৎকনি।

হি থৈনবগী মওংদা কারল-কারলস্থু চৎনগনি। অমুক-অমুকস্থু চীল্লোক্লগনি। মতাং অসিদা পেনা খোংগনি, মাইবী শরীক খিংগনি লোয়ননা ঈশৈ শকনি।)

## "হিহোন ঈশৈ"

হি...ও...হি...ও
হি নংবু হোন্দেদা
লাইয়িংথৌবু হোনবনি
হি...ও...শমদে—
করেংঙা...করেংঙা—;
হি...ও...হি...ও
হি...নংবু হোন্দেদা
লাইরেম্বীবু হোনবনি
হি...ও...শমদে—
তরেংঙা...তরেংঙা—;
খুঞ্জাউ লৈচাউনবা হোনবনি
লৈবাক মরা তম্নবা হোনবনি,
নিংথৌ পুক্সিনবা হোনবনি

কুমবী কোংয়াং চাহুনা
লাপোং-শীংপোং পুহুনা
ও...ও লাংগা ছিহোল্লে।

ঈশৈ অসি শক্লা-শক্লা তরেংলক হি হোনগনি। অরোইবগী হোনব
মতাংদা হান্নগী প্নরেং কায়দনা লাইবুংলোমদা মায়য়োক্লনা কারক্কনি
মাইবনা নৌ হায়গৎতুনা লেংবান্দা থম্নগা মীপুম খুদিং মায়গা-মায়গ
ওনশিন্নহন্দুনা নৌ মতোল থেংনহনগনি মসিবু "নৌ খোংত্রেন হানবা
কৌই।

মাইবনা হায়রকপা মতুংইন্না নৌ অমুক লেংবান্দা হাইগৎনরগ
হি কাগনি। হি কাবদি লাইরোমদা মাই ওনশিল্লগা খোঙথাং তপ্পা
তপ্পা লাক্কনি। মাইবনা "হিগা ঈশৈ" শক্কনি। লাইগী শাইচিল
চুরি হেক য়োবদা হি খাম্বগী মঙং লেপকনি। মাইবনা তাক্লক
মতুংইন্না নৌ পুন্নমক লাইরোমদা চাওশিন্না মাঙদা শৌরগা পৈথহন্দু
পায়গনি অতুদগী মাইবনা "হি খাম্বগী" লাইরোল হায়হুনা হি খামগনি

হি খাম্মগা মাইবীনা লাই ওক্কনি। লাইগী পোং-চৈ পুন্নম
লাইমুংদা থমগনি। মথংদা নৌ অহুনা ফিদা ওইনা থারগা মী পুন্নম
ফমগনি লোয়ননা হিরোই চাক খাঙগনি। কঙ চাইনগনি। নাক
অনিগী পানা অনিগী নৌ পুন্নমক খোমগনি। খোম্বদি লারোই-শিংলো
নত্রগা পাখঙ লাকপা অমদি নীংঙোল লাকপনা খোমগনি।

নৌশিং অসিবু লাইবুংদা হুনজিন্দুনা শানবা তান্নগনি লোয়নন
চেনশিন্নহুনা অহানবা-অনিগুবা নৌ অমদি অতৈ-অতৈ মথং-মথং থুননগনি
মসিদা থুল্লিবা নৌ অসি ময়ুম-ময়ুমদা পুহুনা চৎনখিগনি। নোংঙাল্লগ
মাগী-মাগী পানা থোক্লরকপদা নৌ মতোন্দা তাইরেল মশা পুল্লগ
পায়হুনা থোক্লরক্কনি।

নৌ থুনবা হাম্বা তান্নরবগী মতুংদদি লাই নোংকাগনি। লাই
নোংকানবগীদমক লাইমাঙদা পুন্না লেপলগা মাইবা অমস্তুং মাইবীনা

মৈ মমহল্লগা লাইমুংদা কি খন্দুনা, খুং নাম্মনা থাকল লৈনা খুং নাম্মনা শরীক খিংলগা "নোংকা ঈশৈ" শকনি। পেনা লাইগী মপান্দা খোংগনি, নোংকারোল মরোল খোংগনি। পুং শেন য়ৈগনি। খুবাক খুগনি ঈশৈ খুমগনি।

## 'নোংকা ঈশৈ"

সোরারেল্লা নোংদোল কাগে হায়রক্রে
ছা-পা খাউপুবা—
পুররো-পুররো ;
অরাং কৌবা চীংদোন্দা
লাংগোই শাবোৎ হাপকৎলে,
উচাল খাম্বী মৈরা চাউনা থান
তরেৎকী শেম্বাং য়ৈরক্রে
থাওলেন চুপথাং ফারদনা
পেনাগী শামৈ রায়রদনা
লাইনিংথৌ নোংগাগে হায়রক্রে—
ছা—পা—খাউপুবা
পুররো-পুররো-দে ।

## "শরোই খাওবা"

লাই নোংগাবা লোইরগা লাইগী শুমাং লাইবৌ-লা থাবা মকম অহুদা মায়কৈ মরী লাক্লা শরোই খাওগমি।

হৈরম-লৈরম, কবোক নাচল, য়াম, চেং, লাংথ্রে অমদি হৈবী মনা শিংজুনচিংবা য়াওনা শরোই খাওদোকনি। মসিদা মাইবা মাইবীনা লাইরোল শোন্দুনা শরীক খিংদুনা তীনমু-লাইমু, শরোই, ঙারোই হরাওবদা তিনবা খুদিং তাম্মোকনি ।

শম্রোই শাওবা লোইরগা মৈজাও থাছ্না মীপুম খুদিং বৈ ওক্লগা মুন্-মুন্না হুন্নগনি।

## "লৈ খোম্বা"

লৈ খোম্বদি ৩নি ৫নি ৭ নিদা খোমগনি। অহুবু মসি লম-লম, লৈকাই-লৈকাইগী খেন্নে। লাই লোইবা মুমিংকী লাই নোংকারগা লৈ খোম্মগা লাইগী মপোৎ-মচে লোইশিন্নগা মাইবনা কোনয়ায় হুন্নগা লোইরে।

মুমিংসিদা লৈ খোম্মোই হায়রগা লাইথোঙ লোনশিনগনি। ৩নি ৫নিদা অস্নুমা খোমগনি কোনয়ায় হুনগনি।

হরাওবা হৌবা মুমিংতগী ছুন্নকপা লাইগী কায়হৈত্রবা লাংথ্রে ময়াম অহুবু খোমদোক্লুনা ভৌবা থৌরম অহুবু লৈ খোমবা হায়না খঙনৈ।

অস্নুমা ৩নি ৫নিদা ৭নিদা লৈ খোম্বা তারবদি পেনা থৌগল অমস্নুং লাইমাও ফম্বা তঙাইফদনা চংঙি।

অহুদগী অনৌবা লৈহুলনা ওন্নকপা মথংগী কুমজা ফাওবগী হুন্দূনা থৌরম লোইশিনগনি। চনিংদি মীয়ামদা য়েম্বোকহৈদে খুল-শাগে মহী লাংঙী হায়না থায়নদগী চংনরকই।

## অতৈ-অতৈ হৈথা পোৎথা:—

অতৈ-অতৈ হৈথা-পোৎথা হায়বদি:—লাইয়িংথৌগী মনীং থংবা ফাঁনখোঙদা থাবা অমদি লাইবুংথৌ ৯গী পোৎনা মাইবগী শরুক ওইগনি।

মমাং থংবা ফানখোঙদা থাবা অম'দি পাখোমদা থাবনা পেনা খোংবগী ওইগনি।

ফানখোঙদা লাইবুংথৌ ৯গী হৈন্নৌবা চেঙনা পেমা অমস্নুং মাইবা অনিগী অপুম্বনি।

লাইরেম্বীগী কানখোগু অনিদা থাবা অমসুং লাইরোইশীদা থাবা পোংনা মাইবীশী অসুম ওইগনি।

লুকমাংদা হৈরিবা চেগুনা লৈকাই. থুল, অমসুং শাগৈগীনি। য়ুমথোগু শুনা খরা-খরা চনীং হজিনগনি।

হৈরুকনচিংবদি তিল্লিবা মীয়াম পুমমক্তা য়েনগনি।

শাগৈগী ওইনা লৈবা লাই হায়বদি অপোকপা ওইরবদি কংলিবা পোং অহু অতোপ্পদা পীবা য়াত্রে।

হায়রিবশিং অসি থায়নদগী চংনরকপা থৌরম ওাক্তনি।

## "শরেন কংপগী মগুং"

লাইদা শরেং অমসুং ওাপাং য়াওনা লাইদা চাক থোংহনা কংপবু শরেন কংপা নত্রগা চাকলোং কংপা হায়না থগনৈ।

সুংতিগী কংপা লাইশিংগীদি সুমিং থুদিংগী হরাওবা হৌবদগী লোইবা ফাওবা অহুম কংকনি।

সুংতিগী কংপা কংতবা লাইশিংদি ৩ নি, ৫ নি ৭ নি অসিগুম্বা সুমিংসিদা নত্রগা লাইরোই সুমিংতা কংকনি।

## লাইরোই সুমিংকী নোংগাকবা অয়ুক

লাইরোই সুমিংকী অহিংদা খুন্নুনা পুনখিবা নৌ অহু মাগী-মাগী পানানা পায়হনা পুনরকনি। পানা-পামা মখল-মথেল কয়াগী মশানা শায়হনা অথোই-অহেম তায়গনি মদা লৌনগনি।

## শায়বগী হীরমশিংদি :-

মুক্রা, লমজেল, গুক হুবী, সুং হুবী, মাগুজোং, খোগুয়ায়, খোগুকৈ, খুবৈ চোংবী, পৌ চিংনরা অসিনচিংবা মখল কয়াগী খুংশায়া কয়াশিংবু লাইরোই সুমিংকী নোংগাখদা শায়ে।

মথল-মথেল মশান্না কয়াশিংসিগী মখোয়-মখোয়গী হীরমগী মতুং ইন্না যত্রা খনগনি। যত্রা অমমম খল্লগা অস্মুন্না থৌরম লোইশিন্নি।

অস্মুন্না থৌরম লোইশিল্লগা, মখোয়-মখোয়না তৌরুবা অশোয়-অঙাম খিবিক কোকপীনবা মফম চাবা অমদা পেনা লাইরোল তাগনি। মসিবু "কৈনিং কুম্বা" হায়না খঙনৈ।

হৌজিক্তি মসি থোইনা উবা ফংলকত্রে।

## "হৈরুক লৈরুক কাইবা"

হৈরুক-লৈরুকনচিংবা কাইবদি ৩ নি ৫ নি ৭ নি অস্মুন্না চং তাদবা মুমিৎশিংদা কাইগনি। অস্মুন্না হৈকাইবা খুদিংগী অতৈ লোইনা ফুল্লগা সুপ্নগী চনিং অত্তুভনি কাইরোইদবা। চনীংদি লাইরোই মুমিৎতদা কাইগনি।

চনীং থারিবা অসিনা লাইকোন্নরিবা লাইপুদা পীগনি। শাগৈ লাই ওইরগা পীবাদা, লৈকাই-খুনগগী ওইরগা লাই শঙবা নত্রগা লাই সেলুংবদা পীগনি।

## "লাই লম থোকপা"

শাবল লমথোকপা কোংবা লময়েবগী থৌরম অসি হরাওরিবা মুমিৎকী মতুং ইন্না পাঙথোকনি।

মঙানি হরাওরগনা হুমনিদা থোকনি, তরেৎনি হরাওরগনা মঙানিদা থোকপা, মাপন্নি হরাওরগনা তরেৎনিদা লম থোকপা অস্মুন্না মুমিৎ-মুমিৎকী মতুং ইন্না লম থোকনৈ।

লম থোকপা চৎপগী মওংদি লাই ঈকুম ঈতাবগী মওংগা চপ মান্নৈ। থোন্নবা হায়ববু লম থোকপদনা দোলাই য়াওগনি।

লম থোকফম য়ৌরে, দোলাই থারে, লাইগী হৌনবী মতুং ইন্না মাইবনা কোনয়াই হুন্দুনা দোলাই মখোঙ মরীদা খুনেৎ-খুদা-শেন থাগনি।

চনীং, ফাংখোঙ, লুকলেন, পাম্বোম অমস্তুং লাইচোই থাগনি। মাইবনা অনম-অথৌ কোক্কনি। অনম-অথৌ কোকপদা থাঙ-ফিরাল য়াওনা কোকহৌগনি।

মখা তাবদা লৈ লাংঙগা হোই লাউগনি, লাইবৌদি, লাইবৌ শান্নবদি লাইবুংদা শান্নবগা চপ মান্নে। খেন্নবা হায়ববু লাইরেল মথেক চৎপা লোইরগা থাঙ থাগনি অমস্তুং থাঙনা মায়কৈমরিমক্তা হকচাং শাগনি। লোয়ননা হকচাং শারিঙৈ মনুংদা মায়কৈ মরিমক মৈ থাগনি। অসিগী মতুংদা মাইবা-মাইবীশিংনা শরোই থাঙগনি।

শরোই থাঙবা লোইরবা মতুংদা মাগী-মাগী পোৎ-চৈ পায়দুনা মথং-মনাও কায়দনা হান্না লাকপগুম লাইবুংদা হল্লক্কনি। লাইবুংদা হল্লকপা মতমদা লাই ঈকৌবগী ঈকারকপগুম থেংখাঙ অহুম নক্রগা মঙারক জগোই খুৎথেক ওক্কনি, মৈ ওক্কনি অমস্তুং থোইজু লম্মুক্লগনি।

লাইবুং য়ৌরে, দোলাইদগী লাই পুশিল্লে। মাইবনা রাকোন লাউদুনা লম থোকপা মুমিৎ অহুগী থৌরম লোইশিনগনি। লাই খরদি লম থোক্তবস্তু লৈ।

## "নৈনবা শরুক"

১। লাই হরাওরিবা অসি করিগীদমক হরাওরিবনো? হরাওরগা করি কান্নে? হরাওদ্রগা করি মাংবগে।

২। করম্বা মতমদগী লাই হরাওবা হায়বা অসি কনানা হৌদোকখিবগে?

৩। লাই হরাওবদা শারিবা জগোই অসিগী মনুংদা পুন্না খুৎথেক কয়া শুবগে?

(ক) খোঙগী জগোইনা মশীং কয়ানো ?

(খ) খুৎকী " " " ?

(গ) মীৎকী " " " ?

(ঘ) লেং অমসুং ফৈগী " " ?

(ঙ) থবাক অমসুং খাংগী " " ?

(চ) জগোইশিং অতুগী খুৎথেক খুদিংগী পান্দম্ম লাওবা, খুবা, নেম্বা, য়াংবা, হাইবা, লৈবা, তংখাই লৈবগী চাং অসিগী মওংদা চোংবগা লোয়ননা লৈবা, অতুগা কোন্নবা মওংগী খুৎথেকশিংগী মমিং অমদি অতুনা তাকলিবা থৌরম অতুবু হায়বদি খোঙ, খুৎ, মীৎ অমসুং হকচাংনা তাকপা অতুবু জগোই শাবা কৌরিবা করিগীনো ?

(ছ) লাইচা য়েংলগা ৩ | ৫ | ৭ নি নত্রগা মসিদগী হেনবা নুমিৎ মশীং য়াম্না, হরাওবা হৌবদগী লাইরোই নত্রগা লাইচনবা ফাওবদা তৌরিবা মওং মতৌ পুম্নমকপু হরাওবা হায়রগা খঙনরিবসি করিগীনো ?

৪। লাই হরাওবা মথল অসি লাই-লাইতুগী মওং থেম্নৈ অতুবু চাওরাক্লা মথল অতুম থোক্লা থায়দোকই, কংলৈ, চকপা অমসুং মোইরাং, অসুম্না থায়দোক্লিবা অসি মওং মান্নদে থেম্নৈ, থেন্নরিবা অসি করি মরমগী করি তৌবদগী থেন্নরীবনো ?

৫। মমাংঙৈদগী লাই অসি মীওইবনা হেক হরাওবা হৌরকপদগী হৌনা ঙসি ফাওবগী মনুংদা করি করি মাংথরকপা অমসুং করিনা ফগৎলকপগে ? ফিজ্রেৎ, হৈকৎ-লৈকৎ, চৎনবীগী মওং অমসুং তিল্লম-লাইল্লমগী মতাংদা করি-করি অহাংপা লৈবগে অমসুং

অহেনবনা করি-করিনো? হেনগৎলকপা অমস্থং হাপচীনখিবনা মাঙত্রা নত্রগা ফসংলকপ্রা?

নোংদা লাইরেল পাখঙবগী মতমদগী করম করম্বা নিংথৌরোলদা মীতৈগী লাই হরাওবগী মওং শেমদোকখিবা নত্রগা মাংথা-ফগৎ-লকপগী মওং নৈনসি অমস্থং খংজিনসি।

লোইয়ুম্বা নিংথৌগী সনা হাক্তা মাইবনা ঔগ্রী শকপগী লাইরোল অসি হৌখি।

অঙোম নিংথৌবু থাত্নুনা শেক্তাদা লৈবা ঙা-থোকপা ফাল লৌরুনবা থাখিবদা শেক্তানা ফাল অদু পীরক্লরে। পীরক্লবা মরমগীদমক শেক্তাবু ৱারক্লবা হায়ত্নুনা মাইবনা ঔগ্রী শকপা হৌখি।

অসিগী মমাঙদদি খেনচো পাউসা অমদি হিচিং হিরাউ শকলগা লাই নোংগাবগী থৌরম নোংগাবোল শকলগা কোম্বাত্নুনা লাই লোই-শিন্নরম্মী।

অসিগী মমাংদদি ঔগ্রী শক্লমদে। লোইয়ুম্বা নিংথৌগী সনা হাক্তগী ঔগ্রী অসি শকপা হৌখি।

নোংদা লাইরেল পাখঙবগী মতমদা লৈরম্বা অমস্থং মমাঙদগীন্সু লৈবক্লবা মাইবীশিংগী মমিংশিং অমদি মখোয়-মখোয়গী লৈছনলোন:—

১। তক্ষা ৱাঙমলোন (পাম্বোইবীনে)।

২। তম্পাক লৈহৌ মাইবী।

৩। চকপা লমলাং মাইবী (খোমলেন মংজং থৌবি হায়নম্থু খঙনৈ।)

হায়রিব্রা মাইবীশিং অফিনা ছমম্বা লৈছন্দি নোংপোক লাংথ্রেনে। লৈছনগী মওংদি মথাসীশিং অসিনি।

১। তম্কা য়াওমলোন (পাম্বোইবী) গী লৈছন :—

| লাইপুংথৌ | লাইয়িংথৌ তমপাক | গুরু | লাইরেম্বী তমপাক | লাইরেম্বী | লৈমরেল |
|---|---|---|---|---|---|
| ৯ ৩ ৩ ৩ | ৩ লাইয়িংথৌ ৩ ৩ ৯ | ৯ | ৩ লাইরেম্বী ৩ ৩ ৯ | ৭ ১ ৩ ৩ | লৈমরেল ৩ ৩ ৭ |

২। তম্পাক লৈছম মাইবীগী লৈছন :

| লাইপুংথৌ | গুরু | লাইয়িংথৌ | লাইরেম্বী | লাইরেম্বা | লৈমরেল |
|---|---|---|---|---|---|
| ৩ ৩ ৩ | ৯ | ৩ লাইয়িংথৌ ৩ ৩ | ৩ লাইরেম্বী ৩ ৩ | ৭ ১ ৩ ৩ | লৈমরেল ৩ ৩ ৭ |

৩। চকপা লমলাং মাইবীগী লৈছন :।

| লাইপুংথৌ | লাইয়িংথৌ | গুরু | লাইরেম্বী | লাইরেম্বা | লৈমরেল |
|---|---|---|---|---|---|
| | ৯ ৯ লাইয়িংথৌ ৩ ৩ | ৯ | ৭ ৭ লাইরেম্বী ৩ ৩ | | লৈমরেল ৩ ৩ ৭ |

তমপাক লৈছল

Y YYYYYYYYY Y

৩ ৯ ৩

লাইপুংথৌ

চক্পা লমলাং মাইবীদি শেনম্রিংনে মণ্ডদাবগী থবকনে অসি তৌরমই। মরু ওইনা মণ্ডদাবা মাইবীদি, নোংশাবা, শেঁারারেল, প্াখঙবা, পুথিবা, মারজিং, য়াংব্রেল, থাংজীং হায়রিবা মফমশিং অসিদা চঙবা য়াদে।

## "লাই ঈকৌবগী চফু জগোই"

ইকৌবগী চফু জগোই তরেৎ শুই। মখোয়শিং অহুদি :—(১) থাংহী ভাংভোই (২) চেংঙা চুকফারোল (৩) য়ু-চেঙ চুকফারোল (৪) য়ুহা চুকফারোল (৫) চুকলোই (৬) চুকপুন (৭) ইকৌ-ইতা-ইকং লাংপুম অসিনি।

(১) থাংহী-ভাংভোই—জগোই অসি থাংজীং মাইকৈদা ওল্লগা শাবনি। থাংজীং মাইকৈদা ইহান হান্না শাবগী মরমদি, তমপাক লৈহৌ মাইবীনা থুৎথেক খোঙথাংবু হৌদোক্লগনে, মরম অসিনা অহানবা জগোই অসি থাংহী-ভাংভোইদগী হৌই।

(২) চেংঙা চুকফারোল—জগোই অসি মারজিং মাইকৈদা ওল্লগা শাবনি। মসিনা অনিশুবা চুক থাবনি।

(৩) য়ুচেং-চুকফারোল—মসিনা নোংপোক অমসুং মথা অনিগী মরক্তা মায়কৈ চুকথাবনি। য়াংব্রেল মায়কৈদা শাবনি।

(৪) য়ুহা-চুকফারোল— কৌব্রু মায়কৈদা শাবা জগোইনি।

(৫) চুকলোই—জগোই অসিনা ঈশিং অমসুং কংফাল অনিবু তাইননা শাবনি।

## "ঈথক পুঙলোন"

মাইবীনা য়েৎনা লাইয়িংথৌ অমসুং ওইনা লাইরেম্বীগী ইকৌফু (ঈহাইফু হায়নসু খঙনৈ) অনিতু লাই পুবা অনিগী হিগাউ ফিদা হাপলগা অতুদগী হীরী অনি অতু তিংথোক্লগা মতোন্দা কিরিবা লৈয়োম অনিতু ঈশিংদা লুপ্পা পায়রগা খুং নাম্মনা শরীক পায়তুনা ইচংচোল-ইহৌ-রোল লাইরোল শকনি লোয়ননা ফিরুক খুমগনি।

অসুম্না ইকুম হৈতাংরোলগী লাইচোং শরিকয়া অসিবু খাদী লোংনাউ মোপীনা শরীক চোমজাউ পায়না মালেম নৈসেহোবোশুবু নীংশিংগনি লোয়ননা অচিক-অপা য়োওময়বা মালেম চুনীং লৈখেলোন্দা তমপাক্লোন লৈমরোলবু শমথনা অমদি কোরৌ মরোল মাপলদগীসু মালেম লৈমরোল ৭ মক্কা লংগুংগুম্না লৈহৌনরকওৈগী লীক্লাং হৈরু যাইমরবগী থাংদিন-শুংদিন লংগুম্না লৈহৌরকওৈগী থৌরকওৈগী রারমবু লাইরোম্না শৈথাহুনা শকনি লোয়ননা থোক্লগদবা থৌবম-থৌদোক কয়াগী রারমবু তাইবঙ পাউজেল পীগনি মসিবু লাইপাউ চেনবা হায়না খঙনৈ।

## "ইকাবগী থৌরম"

হীরীদি তাইবঙ খোইরীগী শক্তমনি হীরী অনী অসি পী-পাগী মওংনি অমনা মাপরি অমনা তরেংনি। মাপম্না লাইয়িংথৌগী তরেংনা লাইরেম্বীগীনি। লৈয়োম্না খোইবুংগী পান্দমনি, চফু অহুনা মালেমগী শক্তম লাকপনি, লা থেকথরীবা অতুনা মরা তাথখিতুনা লেংতি-পালিবা উরী-উপাল অমদি থরায় পানবা কয়া ওইরকপগী হায়বদি তাইবঙপান তাথরকপগী মওংনি। লাকোন হায়বদি চফু ময়ায়দা লা কোন্দুনা চুম্না য়ুংলিবা অমসুং মহুগী মতোন্দা লৈ-য়েংপা অসিনা মপু শিদবগী শক্তম লাকপনি।

হীরী য়েংলিবা চৈ অনিনা খোয়বুংচৈগী মওংনি. লৈয়োমগী লা অহুনা নাউফমনি। লাইজ তরুং থক্তা লৈশেম্নকপগী মওংনি, চফুনা কোয়রে মালেমগী মশক্তি মথক্তা হাংলে অতিয়াগী মওংনি অসুম্না মালেম লৈশেম্নকপগী মওংবু ফিদম্বনি।

অসুম্না ঈহাইফু অহুবু হিগাউদা হাপ্লগা লাই লৌথংপা অসিবু ইকাবা নত্রগা হিগাবা হায়না খঙনবতনি।

অসুম্না হিকারকপদা লাইপুং য়ৌত্রিফাওবা হায়বদি ঈশিং মপান্নগী লাইপুং ফাওবগী লম্বীদা থেংথাং অহুম জগোই ওকনি।

জগোই অসিনা ত্মাক্লিবুদি তরং ঈপাক্তা য়ালেম লৈশেম্লকপদা ইহান-হান্না ঈশিং মথক্তা হিংবা ওম্বা পাম্বী হায়বদি ঈশিংদা তাউরগা মরানা ঈশিংদা ত্মাথকুনা ওইরক্পগী মওং ঙ্লোবনি।

মসিদা অহানবদা কোমবোন কংকুপ জগোইনা ওক্ফদে কোংবোন জগোইদগী হৌগনি।

অনিশুবদা কং-জগোই হায়বদি কংকুপ জগোইনা ওক্কনি।

অহুমশুবদা কুংজাউ জগোইনা ওক্কনি। অহুদগী খোঙথাং তপ্না থাংদুনা লাক্লগা খোঙথাং ৩ | ৫ দা মৈ ওক্কনি। ফৌ, থুম, ঙা, শেল, ঙান্থু খোংগাল, মঙা অসিবু লমওক লমগাল্লগা হীরী তিংনা ২ পায়রগা মীওইবনা মতৌ করম্না হৌরক্লগা করম্না তাইবঙ মপুং ফাথিবগে হায়বগী মরমবু শেংনা তাকপবু থন্নায় হাপ্পা হীরী লৌরগা শীংচিনবগী মরম খঙবিয়ো।

পেনানা মীহুননে, মাইবনা মনিলনে, মাইবীনা ঈশিংনে, অস্মুন্না ওল্লিবা অসি মতাং অসিদা ওল্লে। অস্মুন্না লাই হিগারগা কপ্পাল লাংলে। মথংদা তাইবঙ থোক্লকপদা মুংশিংকী খোঙ্গেল, হৈ-লৈগী মনম, মীং প্যাংথোক্লকপদা অমদি য়েংখিবদা অক-মুংঙাই খিবিকপু কৌশিন্দুনা মীৎয়েং তাগে হায়রে।

মথং—অহু নোংগীবু হৈরাং-লৈরাং মশীং ব্রাৎতনা লৈতেং নীংখিববু থৌরাংলে হায়নম্মু তাক্লমলে। অহুগা কোরৌ মুমিং মাদি ইমুং সোইময়াইবু খোমলেন তুমথুন হুনবগীদমক্কবু নাউশুমলে।

মথং—মথং-মথং ওইনা অমুক্তা য়াইফবা করিগুম্বা অশোয়-অঙাম অরান-বগীদমক্তা অনম্ববু কোকপনে।

মথং—লৈহুন কাগনি, লৈহুন হায়বা অসিনা করি কান্নবনো?

মথং—লৈহুনবু করি কৌবগে, হরাওবা মতমদা মুমিং খুদিংগী লৈ হুনলিবা করিগীনো?

মথং—কুমওন চাকলোন কৎপনা, নোংমতা 'ছুমনা করিগীনো ?
মথং—নোংমগী লৈছন কদায়বু কৌবগে, নোংমদা লৈছন অনি ছনবা য়াব করিনো, নোংমদা চহীগী লৈছন ছনবদি কুমওনগী থৌরমনে, কু চন্নবদি কোম্বারোল থাগনি।
মথং—চাকলোন কৎপদি কোনথারোইয়ে, লৈকং কোম্বারোল তৌ-ফরোইয়ে ।

## "লাই হরাওবগী য়াঁবা য়াদবগী মরম"

খুলগী লাই হরাওবা হায়বা অসি খুলদা মীশি মীনা থোক্লিভৈদ হরাওবা ফংতে।

করিগুম্বা হরাওরিভৈ মন্নুংদা মী অমা নত্রগা অমদগী হেন্না শিরক্লবদি মী শিরিভৈ মতম মশা তুমত্রিভৈ অহু লাইথোঙ লোনগনি, লাইশঙদ তাইরেল মনা য়ানগনি।
মথং—ইকুমক্কনা ইকৌবগী থবক্তি হৌখ্রবা মতমদা খুল অহুদা কনাগুম্ব মী অমা শিরকলবদি ইকুম্বা কায়দনা কুমউ। অহুম ছিগারে অহুগা লাইথোঙ লোপ্লো। মশা তুমলগা অনম-অথৌ কোকউ। খুল পুন্নমক অনম্বা কোকউ।
মথং—লাই হরাওরিভৈদা মুমিৎ-থাদা গ্রহন তৌরবদি তাইরেন খল্ল নোংঙানবা নত্রগা গ্রহন অহু থারগা অনম-অথৌ কোকউ। য়ুহ হারবস্সু অস্মুম তৌগনিয়ে।
মথং—থাশি ননবা ফংতে, চহী অমদা অনিরক ইকৌবদি খুল ইফাই চনবনে থঙউ।
মথং—করিগুম্বা লাই তাবা, ওম্বা, তুবা, নত্রগা থাদবনচিংবা অমদি অমাংবগা শম্নরবদি লাইমী ইকৌরো নত্রবদি ঈরু লাইশোন্ন শেংদোকনি। অনম-অথৌ কোকপনা য়াদে, ফি শুরগা কোকউ অহুগা ফৈয়ে।

মথং—লাই লোইবা তুমিং ফংতরবদি তুমিং অতুমী লাইনা চাবা পোংচা নপ্রগা, মানা চাবা চীপ্তাক য়াওনা মায়কৈ ৪গী লুক কংলো।

লাইফি শুনা য়াওনা য়ুমথোঙগী মীশিংগী শেন য়াওনা মাইবনা লাইচা ফংতবা অতুবু থৈদোকপা অহীং মুংখিলগী লাইচা য়েংনা লাই তাইয়ে।

মথং—চহী অমদা লাইপুং অমদা অনিরক হন্না হরাওবা য়াদে মরমদি কুমওন্দনা অনীরক ইকৌবা কৌয়ে।

লৈবাক খ্বাই খুল অতু অঙাং-অহল নাইদনা মীশি তোয়য়ে। হৌনদবনে খঙউ। লাইগীদি য়াই, মীগীদি ফংতে।

মথং—লাই অমদা খুল লৈকাই অনি অহন্না মফম হোংনা হরাওবদি য়াই, লাইবুং অমতদি য়াদে, মাং তাকয়ে, তৌহৈদে হরাওগনু।

## "শাগৈনা হরাওবা লাইগী হৌনবী"

শরাংথেম, লৈশাংথেম, ইবোম, কাংঙবম, কৈশাম, খোইস্নাম, তাইবঙজম, পাঙনম, কাংহুজম, পাঙম্বম, পোংশংবম, ওইনাম, ময়েংবম, লাইশ্রম, কোঞ্জেংবম, য়ুরেম্বম, পোংশংবম, থোংডাম, পুথেম, এলাংবম, লাইরেঞ্জম, কুমাম, মাইস্নাম, অহন্থেম লোংজম, নোংগাবী, অশাংবম, হাওরোকচম, অসিনচিংবা লাইকোক শাগৈশিংনা চাকলোন কুমওন হরাওবনচিংবা লাইগী থৌরম খুদিংমক্তা শাগৈনা য়ুম মাংবা, পোকপা, শিবা তৌরিবৈদা লাইগী মথৌ তৌবা য়াদে।

### শাগৈ লাইগী মরম:-

লাইগী থৌরম হৌখ্রবা মতুংদা শাগৈ য়ুম মাংলবদি লাই শান্নবা লেপকনি। হৈরুক কাবা, লাইমাঙ ফম্বা, পেনানা য়াকৈবা, নাউগুম্বা কায়দনা তৌরগা লাইবৌ শান্নবদি য়াদে। লাই য়ুমশেংলগা লাই অতু লোইশিনগনি। লাই ফিনচিংবা শুদোকনি। লাই অতু অমুক ইকৌগনি। ইকৌবদি লাইমাংদা শেনগী পুখনদগী হীরী অতুনা অতুম কৌগনি। ইকৌরোলদি ফম্মাং ইকৌরোল শোনগনি।

শাগৈগী লাই হরাওরিঙৈদা শাগৈগী মী পোকপা শিবগী মরমদা খেন্নবা মওং অমত্তুং মান্নবগী মওংদি শাগৈগী লাই হরা-রিঙৈগী মত্তুংদা মী শিরবদি হৌনবী থোঙ লোনগনি, তাইরেলনা কোয়গনি। মশা তুম্নগা অনম-অথৌ কোক্কনি। মাইবী-মাইবা পেনা খোংবা কোক তুমগনি। মাইবনা মুংথিল অমা, অহিং শিরগা মুংথিল মশা তুম্বনা মুংথিল অমা মাংগনি। মাইবীনা য়ুম মাংগদবদি শাগৈগী মৌ শিরগা য়ুম মাংগনি মতমদি অমত্তনি।

মুপা শিবনা লাইয়িংথৌদা, মুপী শিবনা লাইরেম্বীদা অনম্বা কোক্কনি। অমুম্না য়ুম মাংবা অসি কায়ফদে। পেনাদি য়ুম মাংফদে, মশা তুম্বা ঈরু শাদেং কোকলু তুম্বনা য়ুম শেংলে হায়না খঙগনি। অমুম্না য়ুম শেংগনি।

অঙাং মৈ চঙদবনা মশা চনখিবা লোইবগা য়ুম শেংউ। ইমুং অহুদি অহীং অমগা মুংথিল অমগা লাইবুং চঙফদে। শাগৈনা শাগৈ পুম্নমক্তি নোংমদা শোকলোইদবনে। নোংমা লেল্লগা য়াই। পোকপা শিবা মান্নে।

## য়ুম মাংবগী মরম :—

শাগৈ অহুনা য়ুমদি মাংনত্রবা, শাগৈদি অমত্তা ওইনা লাইদি পুল্লিবা পুম্না হরাওমিন্নরিবা লাই অহুগী হরাওবদি হৌখ্রগা য়ুম মাংলবদি, পিবা কাংলুপ্না য়ুম মাংলবদি লাই অহু লেপউ। পু-য়াইমা নত্রগা নাউদনা মাংলবদি পু-অহন নত্রগা পিবা কাংলুপ্না থৌগল তৌহুনা লেপতবা য়াই। লাই লোইশিনবদি য়াদে, লোইশিনবা তারবদি লাই পুখিবা হৌবগী ফি শুদোল্লগা অহুনা শেং-ইল্লগা লোইশিল্লু, কয়াদি পাঙদে, য়ুম শেংলগনা ইক-কৈ।

অরাপ্পদা লৈবা শাগৈনা য়ুম মাংলক্লবদি পাউ তাবদগী খুদক্তা মাংগনি। খুদক্তা অনম্বা কোক্কনি। হুথক অমদি লাইথোং লোনগনি।

মুমিং মশীং ১০ নিগী পারগা অমুকস্থ শেংদোক্কনিয়ে, পাউ তাত্রবদি লাইগী লুক হৌবদা চাকতা খুদম তৌগনি।

## চবান চক্কুগী খুদম :—

চেঙ চঙবদি চাবোকপনে, চাক কারবদি অহুল শিন্নবন্নি, নমথিবদি ফংতে, মন্থুংদা চেঙ চঙবদি মৈ চঙদবা অঙাং শিগ্রে খংউ, চবাল চক্কুনা মচেৎ তারবদি শাগে খুলহু কায়রে, চাকনা কামথোন্নকলবদি অন্নাবা থিবিকপু নংজৈয়ে।

চক্কু কায়বা, উয়াল কায়বা, মচেৎ তাবা, কোংপাল চেপ্পা, মৈনা মুংত্রগা চাক্লা শৌদবা, শৌতুনতা লৈবা, পেৎপা–কনবা, নমথিবা, চাক কাবা, মথুলগী খুদম তৌবা, থুম থাক্তবা, থুম য়াকপা, চাক্তা শরু–ঙাক্ল, মৈতান, লশিং, মরোই, উচেৎ-ব্রাচেৎ, মোরোক মপুম, ঙা–শা মকু, ঙা মরুম, য়েরুম, ফিজেং, উচেক মতু, শউন, উনশা. লৈ মনা, হৈ মচেৎ, অখাবা, অথুম্বা, অয়াকপা, চুবা, মুনা, ঙাওনা, ঙৌনা, ব্রাউনা কোং-পোল, তিনথ্রোক মরম, অকুৎ-অতোং চক্কু মপান চাক, চগেমগী চাক, ফৌ অঙাংবা, শাৎকায়বা, শেল, ঙা, শৌদবা, চাক ওন্দবা, তাঙ্গোয়, মনম মুংশিবা, নমথিবা অসি খিবিক্কী মহৈবু শুনা য়েংউ।

কুন অহুগী শাগে নত্রগা খুলগী অফ–ফত্তববু তাকপনে, হৈনা কুপনা য়েংউ। অসি খিবিকপু মরমশুনা য়াওরি লৈরিবনে, হায়বা তাঙনা খঙউ।

## খাবি খিরেলগী ব্রানে :—

শাগেগী লাই হরাওবদা অপোকপগী শরুক তমগনি। হৈকৎ-লৈকৎলু. লাদি উপনা কৎলু। লাইচোই, লাইমাঙ খুন্দা হানববু হৈ-লৈ তম্মু, নোঙ্গাবী লৈরবদি অহুবুস্থ লোয়ননা চরৈ ফিদমউ হল্লানফদেয়ে।

মাইবী হায়বা অসি কনানো, কনাদগী হৌরকপনো হায়রবদি — তমপাক লৈহৌ মাইবীদি তমফা ব্রাঙমলোন পান্থোইবীনে, মহাক্লা

হৌদোকখিবনে, মহাক্তি মপল তাংশকতবী মন্থ-মীৎ-থাদবীজ, মাইবীগী হৌরকপৈগী মতম্ব্ শুগাইনা হায়গে। মাগী খুৎথেক অসি করি-করিনো শুগাইনা হায়গে অমস্থং মাগী লাইরোলনা করি-করিনো হায়বা শন্দোক্ল হায়রকে, কুপনা য়েংউ।

মাইবীবু য়ীপী হায়না কৌই। য়ীপীবু মশক তাঙনা খঙজ্ খাবি থিরেল চকপা লমলাং মাইবো খোমলেন মংজং থৌবীনা মশক হায়রকে, মাগী লাইরোলনা করিনো, মপা-মমাগী মমিং হায়গে, মাগী লৈহুন করিনো, খুৎথেক-শাথেক্লা করি-করিনো? কুপ্পা য়েংউ:—

## চকপা মাইবী:—

মহাক্লা মকোক ওইনা তৌরম্বা থৌ অসিনা করি-করিনো? মহাক লাইতাই চীন্দাইবদা শরীক নোংদম খিঙনা চিনতাইবনে। নীংঙেল লৈহুন তম্বগী লৈরাং লৈপোপ লৈশিং, মায়ওল, মাবু পাউতাক পীবা, কায়দোংবিবা, খোইয়ম-তীনশক-লাংশক, মাগী চাকচা, খাম্বী মৈরৌ, শরীক্কী মওং, মখোয়গী মতৌ, করিনা শরীক ওইখিবা করম্না তিনতাই লাইতাইবগে, লাইরোল শৈশক-শৈথা, লাইথা, ফিজেৎ শারোং-নমথাং, খ্বাংচেৎকী মওং লৈগী মশক মচুশিংবু রাঙম শুদোন তাম্না শোয়দনবব শুগায়না হায়রকে; খাবিশিংনা য়োন্দনা ঙাক-ও লৈতোন খুবৌ চেনফরোইয়ে অসিবু খংজ্রিবা কুরু খনজ্রিবা খাবিশিংবু নীংথিবা ফংচারোইএ। লৈহুং থোংঙারেনগী রারক ফংগদবনে, চকপা য়ীপী লমলাং মাইবীদি খোমলেন মংজংথৌবীনে, মংপোৎ চাদংলুদা থোংইগিদি খাবি মাবু মংজংলোইনে।

খোমলেম মপাউ লৌবীনিনা তাইবঙ নোংউমাং খমন্নং লেলৈরাং রাখংবিনে। তাইপাং পাউচেল থোইবী মালাং মাংবু তৌথংবীনে। অতিয় খোইয়ুম শিন্দবনা খাবি মন্থ পাউজেল-পাউতাকপীনে তাংনা খঙউ হে খাবিশিং-এ।

**খাবি ঃ—**

মাইবীবু খাবি হায়বদি করিগীনো? খাবি লিরেন হৱীদি অমাই শিংখোঙ লেপ্পগী শমলাং তাবুল লৈনা তাইবঙ পাড্রেল পাউঅাকপি, চেংবা খুলোগী মাইবী, শরীক চোমজাউ পাউখোম্লোই, নীংথম ফীজী কাওনা মুংনাং চাল্লারোইদ্রা লৈহন লৈচা খায়না শীংঙেল লৈহনলোই; থম্না লাকোলমুং থরো লেমফু মরুমুংগী লংগুং লিহৌনরকপী ফৈবাক তাবুল লংগুম্না চীংঙ মাগা লিরোলনরকপী কোবৌ মালেম অনিগী গুংদাইরোই ওইরিবী খাবিকোনগা লোয়নরিবী অসিবু কনানো হায়কা মশক শেংনা তাঙনা হায়রকে ঃ—

খাবি নপী খঙনা খোইয়ুম লীতিন মোংদিলনো-ও অসিবু খঙলবদি হে খাবিশিং—ও কোরৌ–মালেমগী গুংদাইবেই তাইবঙগী পাউহংববু মালং লাংওল পাউবু শেংনা হায়বা ওম্বনে ভরেং শেলমিং থৌবনে। শমু খুৎতান খুৎচা থুদিংদা খোইয়ুম লাইনা লৈগদবনে। তাঙনা খঙউ। খোঙকাপ নাওরৈ থাংবদা চীংঙ শাবুম থিনগদবনে। য়াম্না খোনর্কম হায়বদা চীংঙ লাইপাউবু ওইজববনে হায়বা তাঙনা খঙউ।

খাবি থীবেলগী য়াবু খাবি মাইবী চংলে হায়রবদি লাইমাং অশোইনা মীৎকুপ থুদিং য়েৎকনি। নচিল নপুকপু লিনথুপ নাইবনে, নমু মী-থাদ্‌-বনে। খাবি মাদি পুক্লিং লৈনম হুরানবনে, লোম্না মীংয়েং পাম্বনে, চীংঙ লাইরমলেন নমু মীরমলেনসু নমু পুক্লিং ফমহোংবু তোয়বনে। য়ুমপাল-রাপাল নাইদবনে, লাইনা ভোংববুসু মীপোক লম্বীদা ওক্তো-পেন্দা লমচৎনা চম্বনে। পুক্লিং-চাকচা কাম্বনে। ঐগী মীবু থৌওইদে। লৈকাই লৈনম পামগনি। য়াহিপ খোয়দারোই। পোইরৈ অতাম চৎনা খোঙনা চৎন্না ইপোৎ মীরক মীয়ুমনা হাজন, ইকি ইকাইবু পলমাম্না পুন্সি-য়েক্লিং য়োনবনে, অমি খিকিকপু ফাজিরগে লার্কশিল্লা চীংঙ লাইশক শেংনা খোইয়ুম তীনরক তাঙনা তাইবঙ মীরক অখোইনা খাদি অতাওবিবু

চঙজিবনো হায়রবদি চকপা নমলাং মাইবীনা সিংথৌ ·পোংবা অরামক্স খোমজেন চঙ-চঙলুক্লো হায়বগীবু মঙপোৎ চাদং-লূদা থোংনা খোমজেন মঙচঙলুবনে। মঙতাবা হায়বা মঙচঙবা হায়বা অমি অসি থেমে। মঙঅয়না তোপই। মাইবীগী শিনফম অসিদি— খুংজো য়েংবা, চেঙবা হৈবা, চেঙজিং য়েংবা, তরেৎ শেনমিং হুনবা হায়বা অমা, মঙচঙবা হায়বা অমা, মঙদাবা মঙচঙববু লাইমাং ফম্বা কৌই।

তাইবঙ অসিবু তুমদনা চীঙমাইগী লাহোরোল অতুবু অস্থম নীং-শিংহনা চীমা লোলগা লাইগী মরোল হেক লোইরকপদা নাহারোল-য়া তাইবঙ মালংপান, মালং নোংশাপাল, ফঙাম চেংলৌ থুনৌতোন, য়া পানফরিবদি ই-এ-ইং পুংময়োন, খাবি শিলুতোং অমাই.শিংখোং নেৎনা হায়রমমুদা য়া-ইদাইরেম ওইবী. খাবি-ওদা...।

হায়রিবা অগি মাইবী অতুবু লৈত্তোন্. থুরো চেনফমনবা চীংঙ, লাইপাউবু পীরমদোরে হায়বা খঙনরে। অমাইবীনা খঙনা উনা হায়বা রা অমা নৎতে. পুক্লিংদা নীংশিংলকপা রাগী মথে ফগনি-ফরোই অসিবুনি হায়বগী রাফম লৈতনা মথং-মনাওস্থ নাইদনা নীংবা-নীংবা রাবু হায়য়ে মসিবু লাইপাউ চেনবা কৌই।

লাইপাউ চেনবদি মীগী রা তাবা য়াদে, খুৎনা শরীক থীংবা অতু শরীক মখোল হম্বহনবা য়াদে শরীক্লা মখোল হম্বরকপদি লাই অতু শেংত্রবনে খঙঙো। লাইপাউবু শেংনা চেননিংলবদি ফম্লিবা লা উপহৈদে, লা লোংগদবনে, লা অতু লাতোন্দা ফম্বা য়াদে, পুন্সিদে। লাতোন ফমহনা লাইপাউ চেনগদবদি নিংথৌগী লৈপাকী ওইবা অরুবা রাকম লাক্লবদি লাতোন ফমউ।

লাতোম্না লাইদা ওনশিল্লু. লা মহাক্তি নোংপোক ওনবনা অফ-মুংঙাই পাউক্লেলবু খঙবনে, মথা ওনবনা অশিবকী রানে, অরাং ওনবনা মচাক-মরলগী পাউক্লেলনি, নোংচুপ ওনবনা মরল-মথুন মাঙবা, নাবগী পাউক্লেলনি, চিংথে ওনবদি মিং কংপানি পাউক্লেলবু

শোয়দনা ফংগনিয়ে। মৈরম ওনবনা য়েক্ল-তিংখংবু পাউজেলদা অফ-ফত্তবু শেংনা ফংগনিয়ে. শম্বোং ওনবদি মচা-মশুগী য়ানে, কৌক্র ওনবদি তিনয়েং-লাইয়েং খায়বগী য়ানে, অসুম খংউ।

অতুগা মথক ওনবদি লাইপাউদি চুমলে, নহাক চহি অহমদগী হেন্দে তাওনা খঙউ; ফমলুগনো। মথা ওনবা লৈখাদা লাতোন ওনবা লাদি চুমদেয়ে, মীনম্বা পাউজেলনে খঙউ। অসি য়েংনা লাশক খঙনা য়েংনা ফমউ। ফমলিবা লাগী মন্নিংদি লায়োমলাং লানৌবী কৌই।

নওনা অচুম্বা য়াবু য়াবিয়ো হায়না মৈ-ঈশিং-মুংশিং অহুম্না য়াইদা, থরা, চেংগা, য়ুচেং, য়ুহা মরিমক্লা চুক মরিগী মিংবু হায়হনা লাইপক অহুম্নক শোকউ অতুগা খর য়েংনা ফমউ। লাইপাউ শোয়দবনে খঙউ। ইমা মাগী ফিদাদি শরীক থমলিবা লানে অসুম্না থল্লো।

শরীক্লা ময়োল তংলবদি মহাক মাওগনি ফংতেয়ে, লংদা তংপদি মাগী মী শোকই। মপান্দা কায়রবদি পেনা মাইবী-মাইবা পুন্না শোকই। ফংতেয়ে। শরীকা পেনাগা তিম্নবদি লৈমা নিংথৌম্বু পেনা মাইবম্বু মীৎয়েং হোংঙে, খংনা-ওইনম্বু য়াম্মে খঙউ।

মাইবনা ফম্বা ফিদাদি লারেংম্বু লারাকসন তাংবল নংতে তাংমাংলং কৌই। পেনানা ফম্বদি ফকতা ফম্বনা লারাক-তাই লাথকলা কৌই। মুংশংগী তিনকুপনে। পেনা পায়বনা ফম্বদি লাকুৎ ফমচিংলাং ফমচিংকোন কৌই। মুংশং তিনবীনে, মমিং অসিবু খঙনা ফমত্রবদি মশাদা তেনপাল্লে। পেনা শেম্বদা ঈশিং য়াওদবা য়াদবগুম্না মশাদা ঈশিংথোংদা লাইথুংঙে। পেনা শেম্বদা য়াওরিবা ঈশিং অতুবু মশক খঙনা চংকদবনে।

অতুবু খঙনা ফমনৌ-ও, য়েংনা হৈনা শিংনা চংলো।

## ফুরা মাইবীগী লাইহৌরোল:—

হৌনা অা লিরি-লিরি-লিরি এ ইং-এ হুম, নহালনোং মালেম চনীং লৈথেলোন-লৈমুরোন লোন্দি তরুকমক, লৈহৌরোল লোন্দি মঙামক মায়কৈ এ ইং-এ মরিমক।

মালেমদনা চিথেক ৮মক, পোইরৈ-এ-ইং-এ শীংখাই ৬১মক্তগী এ-এ-হুম...।

সনা খুৎলোলোন ক্লাইবী ৫০মক ৩০০দনা য়াইবী মরোলমুং, খোইরা আ-উং-আ, খোইরা লপানুংদগী-এ...।

হৌনা.. অঙ...লিরি-লিরি-লিরি এ...হুম। থমনা লাকোমুং-ইরাংলেন কোরৌ নোংমদোন ৯ মক্তগী বাদা আ...উং আ, লৈখারোল ১৭ মক্তগী এ...।

খোইয়ুমদনা মৈ-ঈশিং-মুংশিং ৩ মক্তা য়াইগা ওইবিবা-ও রাংলেম পুংজা খেন্দোং মুংঙাইবা-ও ..খেলে...এ-ইং-এ নংগী নদাইরেম, মুন্নিৎতনা নংগী নথোইলম।

ইপাল লৈমুং থরুক অশৈবা-ও, থাবানাই ভাংথোমনবনা, অয়ুক য়েন্দা মাঙদা ঈমুংবা শিংথোঙ য়াগা কৈরমমেদো, ইপলদনা মাস্থ মদোমদে ই-এ।

নদাইরেম ওইবা ঐস্থ-ও-উং-ও, ইপনদনগী হৈনা মতুং ইনজরক্লিদো, খাবি ইথৌ থনবু খঙ্গরক্কে-এ-ইং-এ, অমাই ইরাললুম্মু কাজরক্লে-হুম...।

চরৈ ঐবু থাংজ অমনবনা পাউওকনবীগম্মু, মুংনাংদনা কাউবী শ্রী মনা অমনবনা খোইয়ুম ওইনা পাউওকনবীগম্মুনা-ও.. উং...ও।

পলেমদনা ইমা ইবেম্মা, খাবিদনা য়ুরেন-হম্বী অমাই নোংলেল হম্বী-ও...উং . ও।

হিরুদনা ভেমাই লৈনা থীল্লিবী. লোইশঙ কালুপ, চেগপ মরু ইমা ফমফম রায়েন তম্লিবী, পলেম ইমা ইবেম্মগী মদাইরেমনে, পলেমনা খেঙনা নৌনা শাৎলকপনা তম্না ঐবু চাকমাংলোই, থাম্বী ঐবু মৈমাং-লোইনিদো, পলেম ইবেম্মগী কোলোই মপাউ অথুম্ববু, কোক্লৌ নোংদা কাকরোই, মালেম লৈদা তাক্দবনা-আ-উং-আ-।

পলেমগী খোমলাং অনৌববু তোইনরিবী নদাইরেমনি, লৈপাকপু

অহুম্মকতগী তয়ুম্না আ--উংআ-লিরি-লিরি-লিরি এ-ইং-এ...হুম...।

অসিগী মথা তাবদি "মালেম থাবি" হায়না তাথরকপগা লোয়র্নবা লাইপাউ চেল্লগনি।

## শংলেন মাইবীগী লাইহৌরোল :—

হুম...হুম...হুম...লৈহৌরোল লোন মঙাযক লৈমবোলদি-ই লোন তরুকমক, লোইবু খোইরা আ...আ মরু মুংগী, তোংনিংদনা লৈশংপানগী থমনা-লাইব-পান, চমুনা চঙৌপানগী হুপলাং নরান মুংগী হারানা লৈয়েং মুংগী হাউনা আ লিরি-লিরি-লিরি।

মাইবৈদনা মরিমক শীংগাইনা ৬১ মক্তগী খুংলোদনা কাইবী সনা ৩০ মক্তগী হাউনা আ মরু লুক—উ-লুরু-উ।

মালেম লৈথারোল তরেংমক্তগী পলেম ইমা ইবেম্মা তেকথংপীরক্লো-ও, লৈমরোল নিপালমক্তগী মপু ইবুংঙো তেংথাবীরকলো—ও, লৈপাকপু ফা ইমানা হায়না তাইরমগে, নোংথৌবু খুং ইফা হায়না তাইরমগেনা, খুং সোরোন-লৈবোন-নোংলোন অহুম্মক্তগী মপু শিদবনা উং—উং চীংগুনা মারাকচীং অরাংবা, মীরাইমা কনানা কাঙমদনা পোংনাইবনা কাঙমদবা পুংময়োল, থাবিনা ইরা লুক্না কাজরকই, ইপম্না থারুক অশেবা থাবানা ভাংখোম্নরিবা, অয়ুকনা য়েন্দা অঙনবা পেনা থাদা পমলহুনা শামৈ অনি কান্না চৈজিংনা য়েংলোম পান্না ইছুংবা শীংখোং লুক য়াগা কৈরক্লেদো। ইপলদনা মদোম কৈরমদে থাবিনা ঐসু ইপম্না হৈনা নতুং ইঙ্গরকইনা সনাম্না লাংজেং মমৈ রাইজরকই, থোংজিম্না ঐবু নাতৈ কাঙজরকই, চামলোনা ঐবু লা-থারোই, শীংঙেল ঐবু চারা নাপোম শাৎচরকই, থারুল থারাক লৈনা হাইগৎচরকই, নিংথম কৈন্দুপ ফিজিভোন মপল রাইনা কাঙজরকই।

চোম্লাং মনা কাঙ্গবিহনবনা পাউরোকনবীবু শীংঙেল লৈরাং অমনবনা [illegible] শীংখম মৈর [illegible] থাবি ঐদি লাথারোইনে.

পলেম ইবেম্মা লোইশঙ ফালুহুং. হীরুদনা তেংমাই থীল্লিবী, চেগপনা মরু মুংদা ফমফমনা, রায়েনবীরিবী পলেমগী কোলোই ময়াথং অথুব্বু কোরৌ নোংদা কাওমদা, মালেম লৈদা তাওমদবগী তাংজা ঐবু লুদা খোংজরকই, শরেনরোইনা খঙ্গরকইনা, শরীক ঐবু পাওখোল্লোইনে, মুংশিং চরৈ ফিবাল কাওজরকই, কোরৌ ঐবু শুংদাইরোইনে, অহিংনা কাংবী হম্মাইরোইনে, থচিক থকপা নৌনা হঙ্বানা পলেমগী মদাইরেম ঐবু হাওনে তরাদনা ঐবু চাকমাং চারকপীনে, লৈকাইদনা খাম্বী মৈমাং তোয়নরকপীনি, পলেম ইমা ইবেম্মা মালেম লৈরেনহর্ষ়স্থ খোয়দোনা লেমফু মরুমুংদা ফমফম রায়েনবিরো, খাবি লৈয়েংথক্তা ফমফম্নবিরো, তাংজা লৈতোন থুরৌ চেলহনবীগনো।

হা নবুরেল খোইমুম শিদবা ঐবু লৈয়ে, চীংঙু ঐদি (লাই মমিং) তাইবঙ মীরারেল খাইরমগে, হা তাইবঙ ইমুংয়াই...।

## "নোংমাই মাইবীগী লাইরোল"

হুম—উম......উম......উম......উম।

মালেমদনা চনিং লৈথৈরোল বা-দা আ—উং—আ; লৈখারোলদা তরাতরেৎতগী-লৈহৌরোল লোনদি মডামক, লৈমুরোল লোনদি তরুকমক, লোইবুদনা খোইরা লপানমুং হারাদনা লৈয়েংমুংদগী, তৌনিংদনা লৈ-শংলান, থম্না লাকোলমুং চমু চডৌপাল হল্লাংদনা নরানমুং তমুমনা হৌনা ব্রি-ব্রি-ব্রি...হৈয়া...।

মাইকৈদনা মরিমক, শুংদাই নিপালমক, গোংইরে শিংগাই হমফু-মাথোইমক্তগী অরাংদনা কোরৌ নোংমদোল মাপলমক্তগী, তমুমনা হৌনা রু...রু...রু হৈয়া, লৈপাকপু-ফাই ইমা রাগা কৈরক্রে, থুং শোবে মারাদিন হরে লৈরোল মুংলোন অহম্মক্তগী দিললে-দিললেনা হৈয়া

পাইমমদনা মৈ-উমিং-মুংশিং অহম্মক তিল্লক্রে...হৈয়ুব...

অয়ুক্কীনা য়েন্দা-অঙনবদা পেনা থাদা পম, চৈজিং য়েংলোমদা পায, শামৈ অনি কারননরদনা ইমুংবা শিংখোঙ য়াংগা কৈরক্লে।

লোইশঙ ঐগী ফালুমুং চেগপ মরু ইন্না ফমফম য়ায়েল্লকলিবী, কাব ঐদি শুংদাইরোইনি অহিং কাংবী হুমাইরোইনি, শরীক ঐনা পাখোলালোই, মুংথিল ঐনা চরৈ ফীবাল ওইবীনে।

পলেম ইমা ইবেম্মগী থাবি চাম্মা লোন্দশ্মী অমাই চাম্মা শিন্দাক্লকপী পলেম্মগী নদাইবেল ওইবীনি, লাইজ নৌনা ইম্নকপীনি, চার পৌরোল হাংজরক্লে, থোংজিল নাতৈ কাংজবক্লে, থাকল লৈনা কাংজরক্লে।

---

## মাইবীশিংনা খঙজিনগদবা:—

মথক্তা য়াওখ্রিবা লাইরোল অহুম অসে—

১। ফুরা মাইবীনা লোনবা লাইরোল অমা।

২। শঙলেনগী মাইবীনা লোনবা লাইরোল অমা।

৩। নোংমাইগী মাইবীনা লোনবা লাইরোল অমা।

লাইরোল অহুম অসি মৈহৌরোলদগী কায়বা য়ারক্তবা লোন ভাক্তনি। মসিবু ঙসি ফাওবদা, ফুরা, শঙলেন অমসুং নোংমাই হায়না খঙনরিবা অসিনা পানা মরি থায়দোকই। অসি মাওবা য়াক্রবা, মুংপা য়াক্রবা লাইরোলশিং ভাক্তনি। মাইবীশিংগী য়াম্না অরুবা মাতবা তাবা য়াক্রবা শোয়কক্রবা লাইহৌবোলনি।

# চুমশা জগোই

## ময়ায় ওইবা চাংদা খোংগনি

( মাত্র—৬ )

সা — সা। সা পা —। সা — সা। সা সা —।
রে ঽ রে। রি রৈ ঽ। রে ঽ রৈ। রি রে ঽ।

পা পা পা। পা পা রে। সা — পা। গা গরসর—।
রি রে রৈ। রে রৈ রে। রে ঽ রৈ। রে রি রৈ।

সা — সা। সা পা —। সা — সা। সা সা —।
রে ঽ রে। রি রৈ ঽ। রে ঽ রে। রে রে ঽ।

পা — পা। পা পা —। পা — গা। রে গা রে।
রৈ ঽ রৈ। রি রৈ ঽ। রৈ ঽ রে। রৈ রি রে।

গা পা গা। রে গা রে। সা — সা। সা পা —।
রে রৈ রে। রে রি রে। রে ঽ রে। রে রি ঽ।

সা — সা। সা সা —।
রে ঽ রে। রে রে ঽ।

# লাইচিং জগোই

## অতপ্পা খোঙচৎতা

( মাত্র—৮ )

সা – – –। মগ মগ॰মগ॰ – । মপ মগরে – –। মগা মগ॰মগ॰–
রে ঽ ঽ ঽ। রিরৈ রৈরৈ রৈরৈ ঽ। রেরি রে ঽ ঽ ঽ। রিরৈ রৈরৈ রৈরৈ

রেগ মগ॰মগ॰–। রেগ – – –। (লৈপেকপা কাওবা হন্না হন্না খোংগনি)
রেরৈ ঽ ঽ ঽ। রেরৈ ঽ ঽ ঽ। ময়ায় ওইবা খোঙচত্তা

সা – – সা। সা – র্মা ধা। রে – র্মা –। গা – গা –।
রে ঽ ঽ রে। সা ঽ রে রি। রে ঽ রি ঽ। রৈ ঽ রৈ ঽ।

রে – – রে। রে – র্মা ধা। রে – র্মা – । গা – গা – ।
রে ঽ ঽ রে। রে ঽ রে রি। রে ঽ রি ঽ । রৈ ঽ রৈ ঽ ।

র্মা – – ধা । ধ – ধ – । ধ – র্মা – । র্মা – গা – ।
রে ঽ ঽ রি । রি ঽ রি ঽ । রি ঽ রৈ । রৈ ঽ রে ঽ ।

গা – রে – । রে – গা – । গা – রে – । রে – গা – ।
রি রে । রি রৈ । রি রে । রি রৈ ।

র্মা – গা – । র্মা – র্মা ধা । ধা – র্মা – । র্মা – গা – ।
রি রে । রি রে হৈ । রি রে । রি রে ।

গা – রে – । রে – ধা – । ধা – – ধা ! ধা – ধা – ।
রি রে । রি রৈ । রৈ র । রি রৈ ।

ধা – র্মা – । র্মা – গা – । র্মা – ধ – । ধ – ধ – ।
রি রে । রি রে । রে রি । রি রৈ ।

ধা – র্মা – । র্মা – গা – । গা – রে – । রে – গা – ।
রি রৈ । রৈ রে । রি রে । রি রৈ ।

র্মা – র্মা – । র্মা – র্মা ধা । ধা – র্মা – । র্মা – গা – ।
রে রে । রি রে রি । রি রে । রি হৈ ।

সা – – রে । রে – রে – । রে – সা – । ধা – ধা – ।
রৈ রি । রি হৈ । রি রে । রি রৈ ।

সা ধা সা ধা । র্মা – গা রে । র্মা – গা – । রে – র্মা – ।
রে রি রে রি । রে রে ঽ । রি হৈ । রে রি ।

গা – রে । র্মা – গা – । রে – সা । সা – সা – ।
রি রে । রি রে । রে রে । রি রে ।

## থুংতুম জগোই
( অথুবা খোঙচং )

সা প প সা　　সা পা সা সা
রে রৈ রৈ রে　　রে রৈ রে রে

লাইচীং থুংতুম জগোই লোইরে।

## লাইবৌ

লাইবৌ লমইন ( —ঈশৈ য়াওদে— )

তপ্পা-তপ্পা থুবাক থুরগা চৎপদা খোংগদবা

( মাত্র—৮ )

রে – গা – ।　পা – পা – ।　পা - গা – ।　গা - রে - ।
রে ঽ রে ঽ ।　রি ঽ রৈ ঽ ।　রি ঽ রে ঽ ।　রি ঽ রৈ ঽ ।

গা - - গা ।　গা গা রে - ।　রে - সা - ।　ধা - পা - ।
রে ঽ ঽ রে ।　রি রি রে ঽ ।　রি ঽ রে ঽ ।　রি ঽ রৈ ঽ ।

সা - রে - ।　রে - সা - ।　সা - রে - ।　রে - সা - ঃ
রে ঽ রৈ ঽ ।　রৈ ঽ রে ঽ ।　রে ঽ রৈ ঽ ।　রৈ ঽ রে ঽ ।

ধা — — — ।　পা — — — ।
রি ঽ ঽ ঽ ।　রৈ ঽ ঽ ঽ ।

লাইবৌ লমইন খুৎকোই অহুম শুরে, মতাং অসিদা হোইরৌ-হয় লাওগনি।

মথাগী অসিনা খয়োম জগোইগী পেনা মরোলনি। অসিদা খুৎকো অহুম কোয়গনি।

রে সা গা — ।　গা রে সা — ।
রে রি ঽ ।　রি রৈ রে ঽ ।

## ঈশিংদা কোনয়াই হুনবা

হোলো ইমাদোম্বু ইমাহল্লো, ইমারোল তরুকমক, ইঙৌরোল মঙামক, ইথাম্বী ইরাম্বী অপোক চম্বু, খংঙোই য়াংঙোইবী, তম্পাক ইস্নুক ইসোই য়াম্বী, নদাইরেম নখুল খুলবুকলেন অচংবনা, চীঙঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ য়োইবু খোইমোম লাইরেম্বীগী, হরাউ শকশেন তমজগে থৌথোক কুম্মে শান্নজগে হায়বগী, লাইজ ঈরোনমুংদা কোরৌ নোং লুপা অঙৌবনা লুপা কোনগচন মালেম লৈম্না অঙাংবনা মনা য়াইগাচন, লাইজ ঈরোনমুংদগী চীঙঙু নক্কা ফবিরো। মালেম লৈথারোল তরেৎমক্তগীসু কোরৌ নোংথৌবোল মাপলমক্তগীসু, মনা শঙ্গাই মুংঙাইবদা কারসে, হৌই ফৌ।

## খয়োম লাকপা

হে কুরু ঈরাই লৈমনা য়াইদা লৈ, ঈখে নিংথৌনা খাদা লৈ, ইতোন নিংথৌনা থক্তা লৈ, ইরেপপুংদা লেম্নীয়ু, ইতা পুদা তাবিম্মু, য়ারা কুরুসিদবা সনা নফম লাংদা তরা চয়োম খয়োম কংচরিয়ে, নদাইরেম নখুন খুনবুকলেন অচংবনা চীংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ, য়োইবু খোইমোম লাইরেম্বীগী হরাউ শকশেনতম থৌথোক কুম্মে শান্নজগে, চীংঙু নকক্া ফাবিয়ো হায়বগী তরা চয়োম কংচরিয়ে হে কুরু।

## লৈকংদা কোনয়াই হুনবা

কংলৈদা হুনবদা :—

হৌ লো কংলৈবু লম্মহল্লো, লমনেমবু অনি থোকউ, তুনেম্বু অহুম থোকউ, লৈমুরোল তরুকমক লৈহাউরোল লোল মংঙামক, খোম্বী লৈরাম্বী অপোক চম্বু খংঙোই য়াংঙোইবী, তম্পাক লৈম্নুক লৈশোই য়াম্বী ও/ নদাইরেম নশু হেবুংথৌ, হেবেম্মানা মপাথোই মপুথোই, কবোলাক, ময়াংলাক মিরেংবানগা মিয়াইরেনগা তোং পুনসি মনোংসাংনা পানজম্মে-

হায়বগী নদাইয়েম নখুন খুনবুকলেন অচংবনা চীংঙ, স্না নখোং খাদা কোয়ৌ লুপা অঙৌবনা লুপা কোনগচন, মালেম লৈস্না অঙাংবনা স্না য়াইগা চনজবিয়ে হৌ ই ফৌ।

( শাগৈগী ওইরগা, শাগৈ নয়েকচা নছু নপাচা হায়গনি। )

## কোম্বারোল

১। চঙাঙ্গৈদগী নম্বোল, লৈত্রাম, মোইদাংপোক, পাংশোই, তাওবুংখোক, লমশাং, অসিমখৈবু — লনলোই

২। লোকপচীংদগী ওইনাম, লম্মাংদোং ফাওবা — খুরোই

৩। নিংথৌখোংদগী মোইরাং ফাওবা — ঙাংঙোই

৪। তুরেল ব্রাংমগী মথৈ — কেগে

৫। নিংঙোম্বমদগী হিয়াংথাং, ব্রাবগাই কৈরক ফাওবা — লাংলোই

৬। লিলোংদগী থৌবাল ফাওবা — লাল্লোই

৭। ফৌগাকচাওদগী অরোং, শুগ্নু ফাওবা — থারৈ

৮। শুগ্নু মথানা — লেমলৈ

৯। ব্রাংখৈগী মমাংদা — রাইরং

১০। নোংমাইচীং ব্রাংমদা — শেল্লোই

১১। ইম্ফালগী অব্রাংদা — থাংবাই

১২। লমদেং, কমেং, কদাংবন, পনখা, অখাম, ময়াংলাংজিং খুরুখুন, কৌব্রুক, অব্রাং শেকমাই, কংলা অতোংবী — লাইবু

অস্রুম্না হায়গনি।

# মাইবীশিংনা ঈশা লৈমরেল শিদবীদা
## লৈনুংখুনুং লোন নিবা

ও গুরু ঈমা ঈবেম্মা—আ, ঈমা নরোল খণ্ডদে ঈমা নরোল পীয়ো ও-ও-ও-ও-ও। ঈপা নরোল খণ্ডদেয়ে ঈপা নরোল পীয়ো—ও ও—ও—ও—ও। গুরু ঈমা ঈবেম্মা।

ঈমা সনা নরোল খণ্ডদেয়ে, ঈমা সনা নরোল পীয়ো, ঈপা লুপা নরোল খণ্ডদেয়ে, ঈপা লুপা নরোল পীয়ো, গুরু ঈমা ঈবেম্মা।

লৈনুংখুনুং নরোল খণ্ডদেয়ে এ-এ-এ-এ—এ, লৈনুং খুনুং নরোল পীয়ো গুরু ঈমা ঈবেম্মা, খুনুংদনা মানথক থয়ায়রোল—নরোন খণ্ডদেয়ে-এ-এ খুনুং মানথক থয়াইরোল নরোল পীয়ো—ও-ও-ও-ও—ও গুরু ঈমা ঈবেম্মা।

ককচেংদনা খোইয়া নরোল খণ্ডদে—এ ককচেং ঐবু খোইয়া নরোল পীয়ো, রাহিদনা মোনমু মরোল খণ্ডদববু, রাহি মোনমু মরোল পীয়ো। গুরু ঈমা ঈবেম্মা।

শেকপী শেমবাং মরোল খণ্ডদে-এ শেকপী শেমবাং মরোল পীয়ো ও—ও—ও—ও—ও। য়োংমুদনা য়োংশেন মরোল খণ্ডদববু, য়োংমু ঐবু য়োংশেন মরোল পীয়ো, গুরু ঈমা ঈবেম্মা।

মরিবোপ খুলেন মরোল খণ্ডদেয়ে, মরিবোপ ঐবু খুলেন মরোল পীয়ো, গুরু ঈমা ঈবেম্মা।

অনান্দনা নানফৌ মরোল খণ্ডদে, অনান ঐবু নানফৌ মরোল পীয়ো ও-ও-ও-ও-ও। অরা পাইখু মরোল খণ্ডদে, অরা পাইখু মরোল পীয়ো গুরু ঈমা ঈবেম্মা।

লোইবী চীংশাং নাপোম মরোল খণ্ডদেয়ে, লোইবী ঐবু চীংশাং নাপোম মরোল পীয়ো, কবো শোংগ্রি মরোল খণ্ডদববু, কবো শোংগ্রি মরোল পীয়ো গুরু ঈমা ঈবেম্মা।

তরেৎতনা শেনমীৎ মরোল খণ্ডলে, তরেৎ.এৰু শেনমীৎ মরোল পীরো, চেংবা খুৎলৌ মরোল খণ্ডবৰু, চেংবা খুৎলৌ মরোল পীরো. ওক ঈমা ঊবেম্মা।

য়াংকোক্তনা পামেল মরোল খণ্ডলে, য়াংকোক পামেল মরোল পীরো-ও, হুইত্রিদনা পাদম মরোল খণ্ডবৰু, হুইত্রি এৰু পাদম মরোল পীরো ওক ঈমা ঊবেম্মা।

কহু হুংশি-হুংশি, কবা হুংশিনিনা ও হৌনা হুংশিনিনা। খাবিদনা করি হুন্না চুংবরো-ও. অমাই নত্তবু করি শোংগাংগনো, ও-ও-ও-ও-ও কহু ঈমা লাকর্ল-নে, কবা ঈপা লৈয়ে। ও মরেম মুবী নরোল লোললো।

## অরোইবা হংখংপা

হুইত্রি পাদম মরোল খণ্ডবদো, হুইত্রি পদম নরোল পিবগে-এ, য়াংকোক পামেল মরোল খণ্ডবৰু, য়াংকোক পামেল নরোল পীবগেএ মালেম খাবি নরোল পীগে।

চেংবা খুৎলৌ মরোল খণ্ডবৰু, চেংবা খুৎলৌ নরোল পীরগে, তরেৎ শেনমীৎ নরোল খণ্ডবৰু, তরেৎ শেনমীৎ নরোল পীরগে। মালেম খাবি নরোল লোললো।

কবো শোংথ্রি মরোল খণ্ডবৰু কবো শোংথ্রি নরোল পীবগে, লোইবী চীংশাং নাপোম মরোল খণ্ডবৰু লোইবী চীংশাং নাপোম মরোল পীরগে, মালেম খাবি মরোল লোললো।

অরা পাইথু মরোল খণ্ডবৰু অরা পাইথু মরোল পীরগে, অনান্দনা নানকৌ মরোল খণ্ডবৰু অনান-নানকৌ নরোল পীরগে, মালেম খাবি নরোল পীরগে।